[illegible]

# "থম্মোয় অমগী পাওদম"




অইবী :-

**শগোলশেম তরুনী লৈমা**

শগোলবন্দ মবুখৌ মন্ত্রি লৈকাই, ইম্ফাল।

মোবাইল : ৯৮৫৬১৬৪৪৪৫





ভারতীয়া দলিত সাহিত্য একাদেমী

স্টেট অফিস :— য়াদা কমপ্লেক্স, বাংজিং-৭৯৫১৪৮

"থম্মোয় অমগী পাওদম"

অইবী : শগোলশেম তরুনী লৈমা
শগোলবন্দ [illegible] মন্ত্রি লৈকাই, ইম্ফাল
মোবাইল : ৯৮৬৫১৬৪৪৪৫




[illegible] : ভাবতীয়া দলিত সাহিত্য একাদেমী
ষ্টেট অফিস—য়াদা কমপ্লেক্স, ৰাংজিং-৭৯৫১৪৮



অহানবা ফোঙবা : ২০০৬

মশীং : ১০০০

ফংফম থোকপা : অইবী

মখুম যেকপা : জয়চন্দ্র

মখুম দিজাই তৌবা: কেঃ ইহিলেন খা-ঙানবা

মমল : লুপা ১০০/-

নম্ফম : থৌজাল হৈবা প্রেস, রিমস রোড, লম্ফেল।

# কচ্চবা



**শগোলসেম নিঙোল সোইবম ওংবী বিনোদিনী**

মীওইবগী শিন্থা পাঙবদা চোকথবা লৈখিদ্রবা অদুগীসু মথক্তা শান্নবগী লমদা ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা চংদুনা শান্নবুংদা হনবা লৈতনা শরুক য়ারকখ্রবী, অরোইবা মীকুপ ফাওবদা শান্নবুংদা পুন্সি লোমখ্রবী ঐগী হেক ইরেমখাক অদুবু ইমান্নবীদৌনা লোইনরকখিবী ইনাও নুপী শগোলসেম নিঙোল সোইবম ওংবী বিনোদিনীগী মফমদা নুংশিনা খুদোলজবা নচেগী থম্মোয় অমগী পাউদম লৎনবা লৈতনা লৌশিলবিয়ুকো !

— শগোলসেম তরুনী

# ৱাহৈ খরা ফোঙদোকচবা

নিংথীজনা শেমগৎ-শাগৎলবা নোভেলনি। থৌদোক থোকখিবা ৱারীনা মপুংনি। থৌদোকশিং থোকখিবশিংগী পরিং সেম্বদা অইবগী হৈশিংবা ৱাখল্লোন লৈ। খণ্ডনিংবশিংগীদমক্তা চাওরবা থাজবা অমনা থৌদোক অমগী মথংদা অমা অসুম ৱারী শীশাংশিং তাঙক নাইনা পুখৎলকুনা নোভেল অসিদা মরিক চুম্না শিজিন্নরি। মীপুম খুদিংমকপু খণ্ডহন্নীংবগী তাঙক তাঙক উৎথোক্লি। ইমাগী "খম্নোয় অমগী পাওদম" না মীপুম্বু ইতিহাসকী তাঙকসিং মথং মনাও নাইনা অইবনা ফোংদোক্লি।

থৌদোক ৱাথোক্কী পরিংশিং সেম্বদা মওং মরিন তাই। ১৯৪২ দগী ২০০৬ ফাওবা মণিপুরদা থোকখিবা থৌদোক কয়ামরুম মরম চানা চানা অহোবা লৈতনা লাক্লি। নোভেলগী মওংশিং থল্লিবা মওং মতৌ অদু পাবা মীওইনা অদুম লাইনা খংবদা মতেং পাংই। থৌদোক অসি মপুং ফাই। হেণ্ডম্না লৈশি-লৈথোনবা ওইদে। অদুবু মনুংগী মচাকশিংদি অসুকী মতিক পরিং নাই। ৱারী (নোভেল) অসিগী ৱাখল পুন্নমক অইবনা মশানা উজররুগা মীয়ামদা পাওতমজবনি। নাক-য়েৎ পুন্নমক চহি ১২ শুরকপদগী ২০০৬ ফাওবগী মৈত্রেবাক্কী ৱাফম অসিমকনী অইবীনা ইরীবা অসি।

প্রিন্স তাঙজা
মহারাজ ওফ কছার।

# ৱাহৈ খরা

মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা নুপী অইবীশিংগী মফমদা ঙসি ফাওবা য়াম্না তাংনা থোক্লি। খাইদেম প্রমোদিনী (কাকৈথেল : ১৯২৪) না অহৌবা ওইরগা থোইবী দেবী (১৯২০-১৯৯৬) অমদি এম কে বিনোদীনি (১৯২২) নচিংবনা ইং ১৯৫০ গী মতুংদা মণিপুরী সাহিত্যদা খোঙদারক্লুনা নুপী অইবীশিংগী মফম কয়া কন্নবা হোৎনরকখি। অসুম্না লাকখিবা সাহিত্যগী খোঙচৎ অসিদা ইং ১৯৮০ গী মতুংদদি শক্লাইরবী অইবী কয়া অমসু থোরকখি। সঞ্জেনবম ভানুমতি (১৯৪৮), অরাম্বম ওংবী মেমচৌবী (১৯৫৫), ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী (১৯৫৭), মোইরাংথেম বরকন্যা (১৯৫৮) নচিংবনা মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা থৌদাঙ অমা য়াদুনা নুপা অইবশিংগা লাম্বা পাদুনা চংশিল্লকপদা নত্তনা ফেমিনিজমগী ঈহৌ অমা শাগৎলকখি। অসিগুম্বা চিরবা মতম অসিদা অহল- ওইরবী থৌনাদি লৈবী সমাজ সেবিকা অমা ওইনদি লৈবাক্লা শকখঙনরক্লবী— শগোলশেম তরুনী (থাংমৈবন্দ ১৯৩৪-হৌজিক্লা শগোলবন্দ)— আশা অমদি শীংনবগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদা কখোকপা অমা য়াওনা চোংথোরক্লি। সাহিত্যগী সেবাদা মাইপুননা থৌদাঙ য়াবগা লোয়ননা ৱারেং, শৈরেং অমদি উপন্যাস-নচিংবা লাইরিক কয়া ফোঙদুনা অইবী অমা ওইনা শক্তাক্লি। অমব ওইদুনা লৈহৌরগদবা সাহিত্যগী তাইবঙদা অচৌবা দান কয়া তৌদুনা লাক্লি।

সাহিত্যগী কলাদা শৈরেং অমদি ৱারিমচাগী লাইরিক্লা মণিপুরী সাহিত্যগী লুকমাইদা হাদুনা থেল্লবা মতমসিদা সাহিত্যগী খ্বায়দগী তাংলবা

মচনসু ওইরিবা উপন্যাসকী কলা অসিদা অইবী অমা ওইনসু নৌহৈননা চংশিন্নকপা অসিমক অচৌবা থৌদাং অমনি, দান অমনি। থম্মোয়গী অমনী পাউনম (২০০৬) হায়বা উপন্যাস অসি অইবীগী অহানবা খুৎথা লাইরিক ওইরবসু— উপন্যাস অমা ওইবগী মচনদি শুনা য়াওরি। মণিপুরী সাহিত্যগী ত্রেদিসনেল নোভেলিষ্ট— ডাঃ কমল (১৯০০-১৯৩৪), কবি চাওবা (১৮৯৬-১৯৫০), রা. কু. শীতলজিৎ (১৯১৩) অমদি হিজম অঙাংহল্ (১৮৯২-১৯৪৩) নচিংবগী পরিংদা তরুনীগী মফম শোয়দনা লৈরমনি। নুপী নোভেলিষ্ট— প্রমোদিনী অমদি নৌনা শকুন্তলাশিং সুখদনী, বরকন্যা, দেবলানচিংবগী কাওলুপ্তসু অচৌবা মফম অমা ফংদুনা লৈরগনি। তরুনীগী উপন্যাস অসিমক্তি ত্রেদিসনেল খুৎই অমদি মথোংদোক্তা শাগংপা ৱেল মেদ নোভেল্ অমগী মশক্তি। পুক্লিংগী ঈহলনা মপুং ওইরগা-রোমান্তিক নোভেল অমা ওইনা পুথোরকপনি। অহৌবা, ময়াই অমদি অরোয়বা নাইবা উপন্যাসকী য়ারী পরিংদা ফিদম অমগী মঙ মঙবনি। অবা কোলোয় ওইবা ট্রেজেদি নত্তে; নুংঙাই পোলোয়না মপুং ওইরগা- থুংনবনি। মাধবী (১৯৩১), লবঙ্গলতা (১৯৩৪), থাদোকপা (১৯৪২) অমদি জহেরা (১৯৬৪)নচিংবগী ত্রেজিক এন্দিংদু নত্তে। ওহ্নোক্লা ফজনা শাগংলক্লবা সল্লাইমিটি অমসু য়াওরবা— ফিদম অমনসু লৈতেংলবা— ওরিজিনেল্ কৃয়েটিভ আর্ট ওইনা পুথোরক্লবা অইবীগী মষ্টর পিছ অমনি হায়নিংই। লাইরিক অসিনা নোংমদি অইবীগী মফম অমা মণিপুরী সাহিত্যদা শোয়দনা কনবা ওল্লগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি।

মঙ্গলাশিৰ্ব্বাদ পীজরি।

ডাঃ শরতচন্দ্র লোঙজোম্বা
সেক্রেটরি,
দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর

২২.৭.২০০৬

# ফোওদোকচনিংবা

হেক উহ্শিনখিবদগী মথং মথং উরবই— অহাংবা সংবান্নরবা অত্তিয়াদা মনিং অয়া পাখ্রিরিবা চেক্লা কয়া— অমুকসু লেপ্লরি ইমাদদা মুশুক মুবা চিংজাও কয়া অমা— অঙকপনি হে তহিবং মালেম— উখিবা পুন্নমক অমুক চেংথোরক্লে— অদুবু তপ্না তপ্না অমুকসু লোৎকদবগী ঙাইহ্রিবা মমি-শামি মাংখিনবগী থৌরাং তৌবিমাল্লে—ও! ওহ্লোকপা হায়বদুনি অঙকপশিংগী মনুংদা অঙকপা অমা অমুক হায়বা অরবদি মশিদগী হেনবদি করিনি হায়গনি— হংবা য়াবা বাহংনি অমুত্তা হংহৌখিগে ও...!!! ওহ্লোকপনিদা— তপ্না অমুক পাংথোরকপদা— "... লাইরা পোনগী চেক্লা— লৈরুরো নিংথৌকোন্দা— লাইর কাইদোংনা নেক্সনা চেক্লা— সনাগী পোন্দা লৈনিংলবোইরে— তত্তনা কাইদোং হোৎলবা চেক্লা- অসুম অসুম কপ্পাওনরক্কনিকে ..." ফেংদোক্তনা নুংশিবা— নঙগী শক্তি অঙকপনি— হেন্না থোইনা বানা খাংবমখৈ খাংখিবনি ঙসি ফাওবা- অদুবু ঙসিদি নিংশিংবত্তনা থম্মোয় লাইমন ওইরললবা ঐগী পুন্সিগী অতেন-অতেনবা থৌদোক কয়াবু নৌহৌননা অমুক ফেংদোকচরি **"থম্মোয়গী পাউজম অমা"**—

মালেমগী মফম কয়াদা— পুন্সি লমজেন অন্নদুনতা লাক্লিবী—সনা-লুপা অমদি শেঞ্জেংগী মেদল কয়াগী মপু ওইহ্রিবী— পুন্নমক্লা শকখঙনরবী 'ইমা তরুনি' গী লেপ্তুনা চেহ্রবক্লিবা ইচেন্দা— পাক্লবা মালেমগী তেল্লবা খোঙচত্তা মাং থারিবী ইমানা দলিত সাহিত্য লৈকোন্দা তমজরিবা খুদোল অসিগীদমক্তা খাই পুন্নমক্কী মফমদা নোল্লুকচবগা লোয়ননা অহেনবা পুক্রিং চিংশিজরি।

**শ্রীবাই মহেন্দ্রকুমার সিংহ**

২৩.৮.২০০৬ নেসনেল এন্দ ইন্তরনেসনেল এবার্দি ষ্টেট প্রসিদেন্ট

ভারতীয়া দলিত সাহিত্য একাদেমী, মণিপুর।

# ঙাইঙমদবনা হৌবা লাইহৌ

লাইহৌসি মখল য়াম্না লৈ হায় ডাক্তরনা। লায়না মখল ময়ামদু লোইনা হায়জরয়োই, অমখক্তং হায়জগে। ঙাইঙমদবা, পাখংপনা হৌবা লাইহৌ। ফনা য়াম্নসু মশাগী হৈনবী অশোইবদা শেমদোকউ য়ান্ত্রবদি করিদি তৌনিঙাই লৈ। লৈবাক্কী অঙম-অথৌ, হিরম কয়াদা লৈরীবা মীওই অমদা পাউতাক পীবা হায়বসি বাদুনা তোক্লবা বাফমনি। মসিমক ঐঙোন্দা থোকই। চহি খরসিদা মীয়াম্না হেন্না শকখঙ-মায়খঙনরবী অইবী, শান্নরোই, সোসিঅল বার্কর ইমা তরুনীবু মরুপ অমা ওইনা হেক ফংজবদগী মমল নাইদ্রবা পাউতাক, লম্মিং তুম্মিং মরাং কাইনা ফংঙী, খঙঙী অদুবু বারী বাত্তাই শান্নবদদি নাতংপি হায়বা পাউরৌদু হেক ওই। মীনা হায়বদা তাই অদুগা য়াগী অপাম্বদা অচুম-অরান থোইদোক্লা য়েংদনা চুমদ্রিংনা চংখিবা অসিনা লোয়নজরিবা মীনা ইকায়বা নংবসু য়াওদবা কাদি নত্তে। লাইরিক কয়া'মা ফোঙম্রে, পাউ-চে চেফোঙ কয়াগীসু কলমলিষ্টসু ওইরিবী, মালেমগী তোঙান তোঙানবা লমদা চংলূরবী ইমা অসিনা চহিনা নমবো পোরবা মতমসিদা ইবগী লম্বীদা খুমাং চাউশিল্লক্লি। মসিমক থাগৎতবা ঙমলোই।

হৌখিবা দিসেম্বর ২০০৫ মহারাষ্ট্রগী রালেগাউনদা চংপা খোঙচং অমদা ইমানা কোইবা চংলুবা মফম কয়ামগী বারী লিরকই। অদুদা ঐনা ইশিনহৌবা লৈরবদি ট্রেভেলোক্কী বারীদা মুক্ষম ওইবা নোভেল অমা ইমু হায়রুবদগী মণিপুরদা হল্লকপগা নুমিৎ তরানিগী মতুংদা লাইরিক

ইবা লোইরে প্রেসতা শিরন্নবনি হায়দুনা হায়রে। করম্বা মতমদা ইখিবনো খঙহৌদে খৌ চিন্নীবা খুৎচিন্দুদা। ঐনা য়েংগে চৎলুবদদি মওং মরিল খরা তাবা ৱাৎপদগী ওজাশিংদা শেমদোক্ শেমজিন খরা তৌহনগে হায়রুবদা শোইজসনু ঐগী ইফম থোকপা ইরগা লোইরে, শোইদবা লান্দবা কনাসু লৈরমলোই হায়দুনা শিখাঙ্ হেক্তা খাংউী। ঐনা ওজাশিংদা শেমদোক শেমজিন তৌহনগে খন্দুনা ঐগী খুৎতা নুমীৎ খরনি থন্নুবদগী ইমানা ওজাশিংদা শিরুগে হায়ন পুন্নগা প্রেসতা নম্বা লোইশিনবীরো হায়না শিরম্বদগী মখা তানা অচুম-অরান য়েংবগী খুদোংচাবা নংজহৌদে। নীংথ্রবদা তৌদবা লৈতব ইমানি মাগী অখাঙ কনবা, হোন্নবা কনবগী মমি কয়াদি তুংগী মীরোলনা শোন্দুনা লৈহৌরগনি। লাইরিক অসিগী মপুং ওইবা ৱারী ত্রেজেদিনি, হোৎনবা কনবা ৱিল অমনা পম্বুং য়ৌনবা চংশিনবা, লাইবক্কী মহে ঙাইদবা নুংশিবগী মরিচৎনি। ইঙাওদা ঙাওশিন্নবা মথোং কারকপী তোম্বীমচাবু জাতিশ্বরনা থানুং য়ৌনা নুংশিজবা। পুম্নমক তোম্বীমচানা খঙুদবা, ইচম চম্না থন্নুবা। অদুগা নাকল অমরোমদনা চিনবান থোক্লা ফোংদোকপা ঙমদ্রবসু তোম্বীমচাগী থোঙফম খুদিং নুংশিনা চেকশিন্না য়েংজবা। জাতিশ্বরগী মমা-মপানদি মচাগী মমৌ ওইনা রুহিনীবু লুহোংবীবা, য়ুম্বাল্লোনগী মচৎ লৈত্রবদা মরম থিরকপা— মপুরোইবা থাদোক্লম চৎখিবা— জাতিশ্বরনা থোইনা খল্লুদবা। মাগী ৱাখলদা তোম্বীমচাগী লেংদ্রবা শক্তম অমা লৈরকপা। পুম্নমকসি খঙলকপদগী তোম্বীমচানা অয়ৌবী থাক্তা জাতিশ্বরদা নুংশিবা থন্নকপা। পুন্সিগী থাজদবা মীকুপ্তা লায়েংবা চৎলুবা অমগা অনাবা য়েংলুব ডাক্তর অমগা পুন্সি লিপুন ওইখিবগী ৱারীনা মপুংনি।

নোভেল হায়বা খুৎইসিদা ৱাহে লিক্লা শিজিন্নবা, ৱাখলদগী থবক্লা হেক হান্দোকখিবা, কম্প্যুটরগী চহি ওইবনা খুমাং চাউশিনবা লাইরিক

অসিগী অনৌবা মহাওনি। ব্বারী পরিংদা মণিপুরগা দেল্লিগগী লম্বীসি তেনশিনবা, দেল্লিগা বোম্বেগসু চৎকে হেক খল্লকপা য়ৌবা মতাং য়াওই। মালেমগী অমদি কংলৈপাক্কী মীয়াম্না খঙবদা ব্বারবা ব্বারী কয়াদি লাইরিক অসিদা থেংনবীগনি। চহিগী মতাংসিদা ইনিংবগী ইফুৎ অমা থোরক্লিবা অসিবুদি করম্না থাগৎলোইদগে। মতম কুইনা ইনিংবগী ইফুৎ থোক্তুনা পুক্লিং লেপ্তুনা কৈথেল নংবী নৎতবা লাইরিক কয়া মখা তানা খুদোল তৌবা ঙম্বা ওইসনু হায়না থৌনিজরি।

খুন্দোংবম ইহিলেন খা ঙানবা
২৪ জুলাই, ২০০৬ ফাউন্দর সেক্রেটরি
ইম্ফাল। কংলৈপাক লোয়নশিল্লোন অপুনবা মরুপ (কলম)
রিমস রোড, ইম্ফাল।

# এস, বিনোদিনীগী

## শল্লমা পুন্সি য়ারী

শগোলসেম নিংঙোল সোইবম ওংবী বীনোদিনী ইং কুমজা ১৯৩৬ কী সেপ্তেম্বর ১০, শগোলশেন নুমিংতা থাংমৈবন্দ সিনাম লৈকাইদা পোকখি । মাবু পোকপী পলেমগী মিংনা করাম নিংঙোল শগোলসেম ওংবী গন্তীনি অদুগা মাবু পোকপা পম্বৌগী মিংনা শগোলসেম ইন্দ্রমনি কৌই ।

বিনোদিনী, মচিন-মনাও তরেৎকী মনুংদা য়াইমনি । মসিনা মরম ওইদুনা মহাকপু মাগী পলেম অমদি মচে-মনেমশিংনা "য়াইমা" হায়নসু নুংশিনা কৌবী । মহাক শিশক পীক্রিৈঙদগী হৌনা মশা খীংনা হৌরকই । মাবু পোকপা পম্বৌনা মণিপুর হায়রিবা লমদমসিদা শান্ন-খোংনবগী লমদা অহোংবা কয়া পুরকুনা চিংমী তম্মী নহারোলশিংবু মালেমগী থাক্তা (International Level) দা শরুক য়ারুবা ঙম্নবা হোৎনরকখিবা মতুংদুদগী হৌরদুনা পীক্রিবী বীনোদিনি চুম্নগী থব্বায় য়াওবতা নত্তনা ইভেন্ট কয়াদা শরুক য়াদুনা মনা কয়া লৌখিবীনি । ইং কুমজা ১৯৫১ দা মাবু পোকপা মপাবুংনা শীনবা মণিপুর পুস্বগী ওইবা মশক ফজবী (মিস মণিপুর) খনবা থৌরমদা মহাক্কা য়াওমিন্নরিবশিংদগী পুমহেন হেনখি । অদুবু মপাবুংনা শীনবা থৌরমদা মচানা মিস মণিপুর তাই হায়নখিনি হায়বদগী ক্রাউন্দি মঙোন্দা উম্নীখিদে । মাগী হেক ঙমথংদা লৈবী মশক মতৌ ফজবী মীতৈ নিংঙোল অমদা মহাক মশানা য়ানা পীখি। অসুম্না নৌরিবী চহি মতাং স্নায়দগী হৌনা বীনোদিনীনা কংখোকপগী গুন অমা হাপচিনবা

হৌগ্রবনি । মশাগীতা ওইবা ব্রাখল থাদোক্নুনা মীয়ামগী ওইবা ব্রাখল হায়বসিনা মাগী থবক থৌরম খুদিংদা লমজিংবা হৌখি । মাংজিল থাদুনা থবক তৌবা অমদি থবক অমা তৌবদা মায় পাক্লবা তৌবা হায়বসি মাগী হৈনবী ওইরকখি । থোইদোক হেন্দোক্লা হৈথোই শিংথোইবী অমা ওইবনসু মাবু থবক তৌমিন্নরীবশিংগী ব্রা তান্নফম ওইখি । মীনুংশি অমদি মী পুন্নমকপু মীচান-মীরায় খায়দনা নুংশিবা ঙম্বগী গুন অমা মঙোন্দা চেনখি ।

ইং কুমজা ১৯৫১ দগী ১৯৫৪ ফাওবা লেপ্তুনা চহি খুদিংগী মিষ্টর মণিপুর মিংথোল ফংখিবা সোইবম মেঘচন্দ্রদা ইং কুমজা ১৯৫৪ দা লুহোংদুনা য়ুম পানবগী লম্বীদা খোঙদাখি । মচানুপা নুপী পুন্না ৮ গা লোয়ননা নুংঙাই য়াইফনা পাল্লবদা ইখঙ খঙহৌদনা ইং কুমজা ১৯৮১ দা মাগী মপুরোইবা লৈখিদে । পু-পাং শুদে খনখীনি হায়বগী ব্রাজদুনা কদায়দা ব্রাৎপগে, কদায়দা শোয়খিগদগে হায়দুনা পীক্লিবা মচাশিংবু চেকশিন্না ব্রারক ব্রাতেমদুনা লাইরিক লাইশু তমহল্লকখি অমদি সরকারগী লোয়শঙশিংদা থবক ইনখাং থিবিখি । মপুরোইবনা লৈখিদ্রবদা চহি ১৬ লোমসি মচা-মশু শেম্বতা নত্তনা লৈবাক মীয়ামগী ওইবা থবক থৌরম কয়াদসু মায়রোং য়ানা শরুক য়ারকখি। BAHAI Faith কী মালেম অসি অমখক্তনি, মীওইবা ফুরুপ হায়বসি অমখক্তনি, তাইবঙসু শেম্বীবা মপুসু অমখক্তনি, লাইনিং পুন্নমক পুনশিনগদবনি হায়বনচিংবা ব্রাহম্লোক লৈরবা ব্রাহৈশিংদা চেৎনা থাজদুনা মালেমদা ইংনা চিক্লা লৈনবা/থম্মবা পুরক্লবা খোঙজং কয়াদা শরুক য়াবা হৌরকখি। লোয়ননা মাগী পুন্সিগী অরোইবা তাঙ্কক্তদি Rajyog Brahmakumaris Ishwariya Vishwa Vidyalaya হায়বা লুপ অসিদা পুক্লিং লুপ্পা হৌখি অমসুং কলচরেল সেক্রেটরি ওইদুনা মণিপুরদা অহানবা ওইনা ইউনিভর্সিটি অসিনা এপ্রুভ তৌরগা লাইশোল [illegible]

২৭ খকসু ভোল্যুম ১, ২ অমদি ৩ খায়াদোক্তুনা ওদিও কেসেট ওইনা ফোঙখি। ১৯৯৬ গী দিসেম্বর তাং ২৩ দগী মাউন্ট অবুদা ইউনিভর্সিটি অসিগী অখন্ননা পাংথোকখিবা থৌরম অমদা শরুক য়ারুনবা চৎখিবদগী জানুবারিগী তাং ১০ গী নুমিদাংবাইরমদা য়ুমদা থুংলখিবনি।

ঈশৈ নোংমাইদা থবায় লুপচবী বিনোদিনীনা গীট গোবিন্দগী পালা লিংখৎতুনা লাইনিং লাইশোন থৌরম কয়াদা মপুগী মিংখৈ তত্তনা শকচ-শোঙ্গদুনা থৌগল ফংজবা ঙমজখি। মণিপুরী মতম ঈশৈবুসু নুংশিজবী অমা ওইবতা নত্তনা এ: আই: আর: ইম্ফালনা শকখঙলবী ঈশৈ ময়েক ইবী অমসু ওইখি। মহাক্না ইজবা ঈশৈ ময়েক্তা মহাক মশামক্না পুথোকচদুনা "লিরি হুম্বা মালংবা" হায়না মিংথোনবা ওদিও কেসেট ভোল্যুম অমা ইং কুমজা ১৯৯৪ গী আগষ্টকী তাং ৩০ ফোঙদোকখি। কেসেট অসিদা য়াওরিবা ঈশৈশিংসি মহাক মশানা ইজবা বারি অমখক্তা য়ুম্ফম ওইরগা নমগদবা বিগ স্ক্রিন ফিল্ম অমখক্কী শরুক্তি। মসিদা নত্তনা "Haley Comet" হায়না মিংথোনগদবা ওদিও কেসেট অমগীসু ঈশৈ মরি-মঙাখক ষ্টুদিওদা রেকোর্দিং তৌরম্লে। লোয়ন-লোয়ননা "পোষ্টমেন" হায়না মিংথোনবা ফিল্ম স্ক্রীপ অমা অতৈ অতৈ শৈরেং কয়ামরুম অমা ড্রামা ওইনা ইথোক্লবা ভোল্যুম খরসু থম্লীরমই। ড্রামাশিংসিগী মরক্তগী খরদি এ: আই: আর: ইম্ফালনা রেডিও ড্রামা ওইনা শান্নদুনা শন্দোকপ্রবনি।

মপুরোইবনা লৈখিদবগী তুংদা খুন্নাইগী মীৎয়েংদা শাগল নাম্মা তেক্লবী বিনোদিনী অবাৎপা পুম্নমক মেনখৎলদুনা মচা-মশুশিংবু অফবা পাওতাক য়াওবা বারি কয়া লীবীদুনা অমদি অফবা মায়কৈদা পুবা ঙম্নবা বারক-বাতেমদুনা চহি তরাগা তরুক লোমসি লেপ্লমখি। হায়রিবা পুন্সি তাঙ্কক অদুগী মনুংদা মহাক্না তৌগ্রবা থোইদোক হেন্দোক্না শীংথাবা

য়াবশিংগী মনুংদা অমদি শান্ন-হোংনবগী লমসিনি । মশাগী চহিনা য়াসজরবসু ভেটরান এথলেট অমা ওইনা অতেনবা অমদি ময়ায় ওইরপ শাংবা লমজেলদা নেসনেল অমদি ইন্টরনেসনেল লেভেলদা গোল্ড, সিলভর অমদি ব্রোঞ্জ মেদল কয়ামরুম লৌরকখি । ১৯৯২ গী জুন থাদা সিঙ্গাপুরদা পাংথোকখিবা ৭ শুবা এসিয়ান এথলেটিক চেম্পিয়নসিপ্তা শরুক য়ারুবগা লোয়ননা গোল্ড মেদল লৌরকখি ।

মহাক্না ফংজরকপা মেদলশিংদু য়েংবখক্তনা মাগী অহেনবা হায়বদু ওইরমদে । তুংগী মণিপুরগীদমক্তা খন্দুনা মশা-মউ ফবা, মাখল লৈবা, মরীংজেল-মথৌনা লৈবা নহারোল পরেং পরেং শেমগৎপা হায়বসি মহাক্নীদি ফেমিলি এজুকেসনদা অদুম্মক য়াওজরক্লবনি । মাবু পোকপা লৈখিদ্রবা ওজা ইন্দ্রমনি অমদি মাগী মপুরোইবা লৈখিদ্রবা ওজা মেঘচন্দ্রা অনিনা মগুলম্বা মণিপুরগী নহারোল শেমগৎপগী মগুলানশিংদুগী মরক্তগী মহাক্না ওমগদবা অনি-অহুমদং লৌখৎচরগা মদুবু মপুং ফাহন্নবগী মায়কৈদা চংশিনবা হৌরকখি । অহানবদা ওজা মেঘচন্দ্রগী মিংদা জিম্নাসিয়ম অমা লিংখৎতুনা নহা ওইরিবা নুপামচা অমদি নুপীমচা কয়া খোমজিন্দুনা হকচাং শাজেল তৌহনবা হৌরম্লে । অনিসুবদা ওজা ইন্দ্রমনিগী মিংদা মমা মপা অমদি কনা লৈজদবা লৈজদবীশিংগীদমক ওর্ফানেজ অমা লিংখৎপা হৌরম্লে । মসিগী মখা তাবদা ইং কুমজা ১৯৯৭ কী মে থাদা ষ্টেট লেভেলদা পাংথোক্কদবা মিস মণিপুর অমদি মিষ্টর মণিপুর খনবগী অখন্নবা থৌরম অমগীদমক শেম-শাবা হৌরম্লবনি । অফা-অকুম তৌবা তাইবঙ পুম্নিদা বিনোদিনী ক্লব প্রেসরুমা পুম্নিদা অয়েংপা পীরকখি অমদি ইং কুমজা ১৯৯৭ গী জানুবারী তাং ১১ থাংজ-নুমিৎকী অয়ুক পুং ১০.৩০ রোম তাবা মতমদা অকয়েলগী সাই কমপ্লেক্সতা নেসনেল ভেটরান মিট ১৯৯৭ গীদমক ট্রাইএল সেলেক্সন তৌবদা অহানবদা ১০০ মিটর গী লমজেন্দা ফার্ষ্ট

তারবা মতুংদা ২০০ মিটরগী লমজেন অমসু তনচেন চেনশিল্লুবদা মদুদসু ফার্ষ্ট তারবা মতুংদা ২০০ মিটর গী লমজেলগী ব্রেক ময়াইমক্তদা লায়কন্নবা নংহৌদনা অরোয়বা য়াহিপ তানখি।

নুমিৎ অদুদা শান্নবা য়াওবা অমদি য়েংবা লাকপশিংগী মরক্তা পুমণ্ডৌ ফনেক তুদুনা অরোয়বা য়াহিপ তানগ্লবতুংদদি পুমণ্ডৌ ফনেক শেংপী নুপীদু উবা ফংখিদে হায়নৈ। মহাক্না করিগুম্বা লৈখিদ্রবীগী থবায়বু ওকপা লাকপা ওইরম্লবদি, মপু মাগী মফমদা নীংথিনা লেংগোন্দুনা পুবীবা ওইসনু!



# হায়জনিংবা ৱাহৈ খরদং

মমাঙদা শক্লগে তারো ঈশৈ হায়বা ঈশৈ ময়েক ১০০ ইরুবদগী ইনিংবসি অসুম লৈখরে। ইবা হৌববুদি তম্ফাম্না হাইস্কুলদা ক্লাস ফাইভ তল্লিঙৈদগী মেগাজিন্দা অদুম ইবা হৌরকই । হৌজিক্লা লোয়নসিল্লোন (সাহিত্য) দা মচল ওইহনবা হায়দুনা খর-খরসুম তমখৎচরকপনি । ইবা অসি ঐগী অপাম্বনি। চুম্বা-চুমদবা, লানবা লান্দবা থোইনা খল্লুদে হেক্তা ইসিল্লি । ঐগী ওজা প্রমোদিনীনা হায় "**তরুনী ইদা ইরম্মু থমদা থনম্মু**" হায়বা ৱাহৈ অসিদগী ঐনা ইবগী মরমদা থৱায় য়াওনা ইজবনী । ঐনা হন্দক ইজরিবা ***থম্মোয় অমগী পাওদম*** হায়বসি, উজরুবা, থেংনজরকপা, খঙজরকপশিং অদু পাওদমজবনী । অশোয়-অঙাম পুম্নমক পাবিরিবা খুদিংমক্লা ঙাকপিগনি নীংজৈ ।

ঐনা মণিপুরগী মপাল লমদা থেংনজরকপশিং ৱাখলনা শাগৎচদুনা লোয়নসিল্লোনগী মচল অমা ওইবা য়াগদ্রা খন্দুনা নোবেল হায়বা কলা অসিদা পানশিন্দুনা য়েংবা অহানবা চাংয়েংনী । চাংয়েং অসিনা মীয়াম্বু মীকুপ অমা পোথাহনবা ঙম্নবদি হোৎনজমন মায় পাক্লে হায়না লৌজগদৌরিবনি ।

পুম্নমক অসিবু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা লাইরিক অসিগী মপুং ওইবা থৌদাং লৌবিখিবা নহা ওইরিবা মীয়াম্না শকখঙনরবা ইচা ইবুংঙো ওকেন্দ্রো খুন্দোংবমগী চাওরবা শিন্থা য়াওরমদ্রবদি ঙম্নমদবসু য়াই । ইবুংঙো অসিগী শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে । অহিং নুংথিল নাইদনা নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবশিংবুসু থাগৎচবা ফোঙদোকচরি। অমুক্তং য়েংমিন্নসি অনৌবা চাংয়েংগী মহাও ওইনা ***থম্মোয় অমগী পাউদম!***

অইবী

# অহানবা পন্দুপ

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও লোইহিল্লকপা মতাংনি, মতাং অসিগী [illegible] খুদিংমক নে-না তানরক্লবা মতমনি। মীওইগী পুন্সিদি ইথক ইচেলদা ইরাক্লবা কয়ানী। মথোং কারকপা মতমদদি খোয়মুনা কোইত্তুনা তান্নবদা থেক্লা-খোইনা চেনবদা তিংখং য়ুবদা খোং সেক্লা সেক্লা চেনবদুনা কয়া য়াওরিবনি। ঐগী কাদা হিপ্লা হিপ্লা আমেরিকা, লণ্ডন য়ৌরকপা মথোং [illegible]দুনা লম্মুক্লবা কোইনা চৎলুবা, করিগী পন্থৌগী বাহে বাতা অদুনা। অঙাকপনি মীওইবা জৌবনগী পুন্সি মতমসি। কানবা য়াদেকো মতমসে। [illegible] পুন্সিগী নোক্লীংবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংদুনা কমুং মথক্তা ঐদি তুমদনা অংদিনা [illegible] মংই। অফাওবা মীশক অমনা হাযখিবা বাফম অমা লৈ "তুমদনা অংদিনা [illegible]" হায়বসে মসিমক মংদ্রবদি মীওইবগী অফবা কয়ামরুম পুথোরক্লবসি ওইরক্লোই। জৌবনগী মতম আসদনা হেন্না মং মংবরা হায়না খল্লি। পুং ৮ তারকপা অয়ুক্কী মতমদা ইনাও নুপী বিমোলানা ইচে-হায়না কৌরকই। করিনো হায়না ঐনা য়েংথোকলুবদা মখুৎতা ইনভেলপ অমা পাইরদুনা চংশিল্লকই ইনাক্তা অদুগা চিঠি অমা পীরম্মী হায়দুনা পীবল্লগা বিমোলা চৎখিগদৌবে। ঐনা ওাইখো নও অমুক্তা পারমখো হায়না খামলম্মী, মখা তানা কনানা পীরকপনো? কবি মরমগীনো হংবদা।

বিমোলাঃ জাতিশ্বরনা পীবকপনি মহাক য়াম্না নুংঙাইহৌদে, মাদি ইচে নঙবুতা নীংজবান মসি পীরকপদসু কনা অমত্তা খঙইনগনু তম্লকই।

তোম্বীমচাঃ নচিন থিগনু নঙ ঐদি মাবু নুংশিবা ঙম্লোই।

বিমোলাঃ ইচে নঙনা জাতিশ্বরবু থওইদবা তৌবীনুকো, মাদি, নঙবুতনি খঙবা, তশেংনা মপুকসু ফবনিকো নহাল তামচাগী মরুপ আর কে ম্লাতোম্বগা ঐখোয় ময়াম তামোচাগা ভান তোংলগা চৎপদো ম্নাইখৌ চীংগোলদা কোইরুবদো, ঙা ময়াম অমা লৈরকপদো, মদুগী নুমিৎ অদুদগী জাতিশ্বরদো মথবাই অদুম নুংঙাইতবা অমা ওইখরে। মহাক্কী ইচম চমজবা মীশক অমনি।

তোম্বীমচাঃ বিমোলা নঙনা মাগীদমক অসুক য়াম্না ম্নাবীরিবা করিগীনো ? পুম্নমক অসি মথোং কারকপা অমদি কারকপি পুম্নমক্তা লোইনা খোক্কদবনী, চহি মতাং অসিদি নুংশি নুংওন্দা তাউদুনা অদুম লৈগনি, নুংশিবা হায়বা অসিদি অঙকপা তাইবঙ অমনি কনাগুম্বা অমনা থিংবা ঙম্বরোইদবনি। লৈরাং অমা শাংপা মতমদা খোয়মুশিংনা অদুম মিতাদুনা লৈরগদবা হৌনশানি, মসিদা করিসু খঙজদ্রিবী ঐনা মহাক্কী মনিংথুংহনবা ঙম্বা হৌনদে। ঐ মতম ম্নাংলি পম্বৌগী নিংবা থুংহনখিগনি।

মীকুপ অসিগা ইকান কান্নদনা কদোমদগীচংলকখিবনো খঙহৌদনা জাতিশ্বরনা তপ্পা চংলকখি। চংলকপগা ইপন পন্দনা-

জাতিশ্বরঃ করি পম্বৌগী নিংবা থুংহনগনি হায়বা !

জাতিশ্বরগী খোঞ্জেল তাবদা তোম্বীমচাগী থব্বায় হকচাং পুম্বা তপথদুনা য়াম্না নুংশিনা য়েংলম্মী।

জাতিশ্বরঃ ইবেম্মা তোম্বীমচা ঐদি নঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা হায়গে হায়দুনা লাকপনি।

তোম্বীমচাঃ লৎনবা লৈতনা হায়বিরকউ।

জাতিশ্বরঃ (নোকফেং তৌরগা) বারুনী মহাদেব খুরুমলুশি, ঐখোয় ময়াম চৎমিন্নসি।

তোম্বীমচাঃ বারুনী মহাদেবদা করি হায়রুদৌরীবা ? মহাক্না লাক্‌উ হায়না হায়রকপরা ?

বিমোলানা হৌনা নোক্রকই।

শাবি-শানৌ নুংশিনবা অমদি মতম অদুগী ঙাংনা শক্লরিবা পুম্নমক অসি অতাবা মীনা য়াম্না নোক্লীংলমগনি ঙক্রসু থোক্লমগনি । করিসু খঙজদ্রিবা শাবি-শানৌদি নৌজরীবা মখোয়গী মশা পুম্নমক থোৎচ-নৌজরীবা ঙাক্তনী । পৃথিবী অসি করিনো, মীওইবা হায়বসিনা করিনো হায়বা অদু খঙজদ্রিবী নৌজরীবী ঙাক্তনী, অদুবু নৌজরীবা নৌজরীবীশিংদদি নুংশি নুংওনগী ইরাং অমা হেক্তা লাকপসিদি মতম মতমদুগী হেক্তা হাপচনবীরকখিবরা হায়বসিমদি ঐসু খঙদে ।

হায়নখিবগী মতুংইন্না য়াইফরবা মথংগী নুমীৎতা চৎমীন্নরে। অঙম্বা চীংশাং বারুনী তম্না কাবদা অব্বাবা কয়া থেংনরবসু অদুম কিবা লৈতনা চৎলি লমশাংদো অঙকপনিকো তাইবঙগী লিলাসে ।

উরিদা কন্না পাইরগা কাখৎলু ইবেম্মা তোম্বীমচা, হায়না জাতিশ্বরনা হায়রম্মী, ইবেম্মা নঙনা চিংনদ্রবদি ঐগী খুৎ অসিদা পাইরকউ। ঐ চিংখৎকে লাকও।

য়াম্না হংগোয়না জাতিশ্বরগী খুদাং পাইদুনা মহাদেব য়ৌনবা কাখৎমিন্নে ।

জাতিশ্বরঃ করি ববদি নিবকপগে ইবেম্মা ?

তোম্বীমচাঃ ঐদি বর নিগদৌবদো করিনো খঙদদুনা অমত্তা নিরকতরে।

কা—জাতিশ্বরঃ ঐদি নীরকই বরসু পীরকই।

তোম্বীমচাঃ তামো করি করি হায়না নিরকপগে করিনো হায়য়ুনে, আনিংলেসে হায়রোনে।

জাতিশ্বরঃ অদুবুরো ঐনা নিংবা থুংজগে হায়না খুরুম্বনিদা।

তোম্বীমচাঃ তামোনা নিরক্লীবদো করিনো, বিলাটতা লাইরিক তম্বা চৎকে হায়রিবরা নত্রগা মীওইবগী অমদি সমাজগী চাওখৎনবা সেবা তৌগে হায়না নিরক্লীবরা করিনো হায়য়ুনে ?

জাতিশ্বরঃ নিংবা থুংজগে হায়বা অসিদি থবক খুদিংমক লোয়না নিংবা থুংলগদবনি । ঐনা নিংজবা অমা লৈয়ে মদুতবুনি, ঐনা নিজরকলিবদো।

মহৌশা চহি ৫০-৬০গী মমাঙদা নুংশি নুংওনগী ৱারী শাবা অসি য়াম্না ব্যাহারগা লোয়ননা শান্নরম্মী, হায়নিংই হায়দুনা হেক্তা শৎ-শৎ হায়দোকপা ইকাইনরম্মী, য়াম্না হংগোয়না তৌনরম্মী, ইংগীৎতা করিদা খঙনরম্মী। শারি শানৌগী নুংশিনবদো হায়দোকপা ঙম্নদদুনা থম্মোয়নুংদা মৈচাক ওইনা চাক্লুনা লৈ ।

———

# অনীশুবা পন্দুপ

নুংথিল পুং ৩ খরা হেলক্লবগী মতমনি । মীতৈ যুমজাও ওইরবসু অনৌবা যুমশারোনগী চাওখৎপা মওংনি । তোপ্নীমচা মাগী কাদা মঙলান কয়াদা তাওদুনা লৈরীঙৈ বিমোলা চংলক্তুনা হায়বকই, "ইচে জাতিশ্বরনা চিঠি অমা পীরকই পাউসে, করি হায়রিবনো"

নঙগী চিঠি অসি অরোইবা নাইদেদকো কদায়সে পারক্লোসে বিমোলানা চেদো ফাক্তোক্লুনা পারকই,

থম্মোয় পোনগী চেক্লা
পাইখরো নিংথৌকোন্দা
লাইরা কাইদোংনা নেম্বনা চেক্লা
লৈনিংলবোইদা স্নাগী পোন্দা
হল্লক্লনু চেক্লা লাইর কাইদোংদা
লৈজরুরো স্নাগী পোন্দা
তত্তনা কাইদোং হোংলগা চেক্লা
অসুম অসুম কণ্ডাওনরক্কনীকো
থম্মোয় পোনগী চেক্লা
পাইখরো নিংথৌকোন্দা

চিঠি অসিদি য়াম্না মরৌ লৈনা, ঐদি খণ্ডবু খণ্ডদে, খনসু খল্লুদে, নিংসু নিংলুদে, মাগী ব্রাখল য়াম্না ব্রাংই । হৌজিক্তদা খৎলকপনি।

তোম্বীমচাঃ ঐখোয় তামচাগী মমান্নবা য়াম্না লুনা তিন্নজবা ম্নাতেম্বাদো, ঐখোয় ময়ামগা লোয়ননা ইচম-চম্না তামচানা পুবিদুনা চৎপনি, খওবু খওদেনে তামচাগী মমান্নবদো নিংথৌ শাগেনী হায়বা। চীং, তুরেল ফজবশিং অদু য়েংবা চৎলুবনি, করিসু খংজদ্রিবী নৌজরীবীনি, অদুবু মহাক্কী থম্মোয় অদুদদি মৈরি থোকনা চাকপা হৌরক্লবোইরে, বাইথৌ চীংগোলগী থেক্লা খোয়না চীংগী নাপোম, লোইরোই লোইরোই তুমখৎখিবা চীংদোল, চীংগী ওমথরকপা থম্বালগী মওং মানবা য়েংবদা কয়াদা থম্মোয় নৌথোরকপা, অমুক নেমথ অমুক বাংখৎ তৌরীবা মহৌশাগী ফজবা চীংগী হায়-হুম্না নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরীবা উপাম্বী মশা মরেং কয়াদুনা ঐখোয়বু লাক্লীবরা হায়দুনা মীপুম খুদিংমকপু তরাম্না পুকচেল তিংনা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা ইংনা তপ্ন া কৌরকপদো নীংশিংদবা ওমদে মতম অসিদা। নীংথিজশ্রবা সিংথাবদা লোইবা নাইররোইদবা ফজপ্রবা মহৌশাগী লাইরেম্বীগী লৈফম ওইরিবা ইমা লৈবাক্কী শীংথাফমনী লমদমদো। অমরোমদা বাইথৌ পাৎ মচাদুনা ওা ফাজরীবী ঈমা ঈবেলশিং অদুনা ইন অদু হেক চীংখৎপা মতমদা য়াউরক্লীবা ওা ময়াম আদু য়েংবদা নৌজরীবী ঐগী থম্মোয়সিদা খনবা হৌরকই - মফম অসিদি উম্থোক্লা ফজপ্রেদকো। য়াম্নুং ম্নাতোম্বনা ইন অদু চিংখৎপা মতমদা মীয়াম্না বা-বা লাউনা নোকপা, মীয়াম্না হায় ওা অমত্তা য়াউরক্তে, অমনা হায়রকই নিংথৌমচানা ইন চিংবদা ওা য়াওবা হৌনদে, ওানা কিদুনা চেনখরে মতমদুদা খনখিবদো ও নিংথৌমচাদি ইন চিংবা য়াদবোইরে ওানা কিদুনা চেনখিবোইরে”।

অমচাঃ “তোম্বীমচা নও বারবরা, চৎলসি গাড়ী তোংখৎলসি”। গাড়ী তোংখৎলো হায়রনপ্লগা গাড়ী তপ্না তপ্না থৌবা হৌরে অদুদে মখা তানা হেন্দল পাইনা পাইনা হুংলকই।

— ইবেম্মা তোম্বীমচা নও নহা বারুনী কাদুনা মহাদেব খুরমজবগো করি বয় নিরকই ?

— তামচা ঐদিনে নিকম খংদদুনা অমাহেক্তা নিসল্লকলে।

— অদুবু করি বয়নো হায়বানে ?

— অদুবুয়ো ঐনা নিয়কপদি মালেমগী মকম খুদিং চৎভুনা শান্ন-খোৎনবদা মীথোই মীহেনজগে হায়না খুরুমলকই।

সনাতোম্বাঃ য়াম্মা ফৈকো অদুদি মীওইবনা তাম্নরিবনী।

— য়াম্বুং ঐগী ইপানা তোম্বীমচাদি আমেরিকাদা লাইরিক তম্বা থাগনি হায়য়ে অদুদগীনি, ঐনা আমেরিকা চৎনিংদুনা, শান্নবদা ওইনা চৎকে খনখিবনিদা।

মারী শাদুনা তপ্পা তপ্পা লাকপনা কোম্বোং ময়া য়ৌশিল্লকপা খওহৌয়ে। গাড়ী থৌরিবা ভামচাদুসু ইচেগী মাখলদয়া নত্রগা তৌগে য়াওনা তৌরিবয়া খংদে। কোম্বোং মপা হেন্দোকখিদৌয়ে খন্দুনা ইবেমপিশক্না কুমহৌরগে হায়রকপদা ম্নাতোম্বানা ব্রেক খওকা ফাই।

— সনাতোম্বা হয়েং লাকউকো !

মাখল খওলাক লাক্লুনা ইকায়রপ তৌনা ম্নাতোম্বনা "লাকচগে সোইদনা" হায়রল্লগা তপ্পা তপ্পা গাড়ী থৌখরে।

মথংগী নুমীৎনি, পুং ৬ তারফাওবা হৌগৎত্রবদুদদি মপা ইবুংঙো-ইন্দ্রঃ ইবেম্মা তোম্বীমচা, বিমোলা হৌগৎলো হৌগৎলো, য়েংঙোয় মালেমদা ফাওরীবা মীয়াম পুম্নমক পুং অহুমদা হৌগৎপা ঙাক্তনী, হৌগৎলো লাইরিক পারো, মীওইবা ওইনা পোক্লবদি থবক অফবা খরা

তৌরম্মু, অদুগা নওগী নতুংদা মী ইলহল্লু, অফবা থবক অদুগীনি হায়দুনা ঐখোয় পুম্নগী অমত্তা ঙাইরবা ঈশ্বর অদুনা থারকপনি, পারো পারো লাইরিক পারো, অফবা থবক খরা তৌরম্লবা।

তোম্বীমচা পাবুংনা লাইরিক পাও হায়দুনা হৌদোকপসে নোংমত্তা হেক কাংদেদকো, নোংমতা হৌদোকপা তোকত্রবনিনা, ঐ নুতিগী পাবুংনা হৌদোক্লক্ত্রিঙেদা হৌগৎলগে হায়না ৱাখলদা খন্বা হৌখ্রে নুমিত্তুদগী।

ঐগী ইপা ইন্দ্রনা ইচিন-ইনাও ৭ (তরেৎ) অসিদা নোংমগী ওইনা তেন্তক তেন্তক তৌবা ৱারী মচা মচা লিবীবা ৱারী মচা অদুদি মীওইবনা হিংবদা কান্নবা, পুন্সিগী হিংবদা কান্নগদবা ফৎতবনা মাংলকপা, অফবনা পুম্নমক্তা অফবা পিবা থৌদোকশিং মালেমগী ওইবা ৱারী কয়া কয়া লিখিবা অদুনা ঐখোয় ইচিন-ইনাও পুম্নমক লৌশিং হাপ্লীরম্মী, লৈমিন্নরিবা মীপুম খুদিংবু মাদি ফবনি মচা-য়োকপা হৈবনি, মাদি ফবনি নখোয় পুম্নবু লুনা চান্না তৌরিবা অদুনি । অসুম্না তত্তনা ঐখোয়দা ঙাংই । চৈরক অসিদা কালিমোহোন্না পোৎয়োম অমা পুরগা মাংদা থারিবা টেবল অদুগী মথক্তা থনম্মী খুৎ লোন্নদুনা খুরুম্মী ।

পুরক্লীবা পোৎয়োমদু করিনো খঙদ্রদুনা ইন্দ্রনা হংলকই—
ইন্দ্রঃ ময়োমদো করিনো ?

কালিমোহোনঃ অথুম অহাওনিদা, ওজাগীদমক পুজরকপনিদা।

ইন্দ্রঃ ফরে ফরে থম্মু থম্মু নমাদা লৌসলহল্লগে, হয়েংদি কালিমোহোন ঐগা নচননুপী তোম্বীমচাগা কলকটাদা চৎপা তারে টিকেট কৎ্লে।

কালিমোহোনঃ ওজা করি মরমগীনো ?

ইন্দ্রঃ হেয়া নচনসে মাগী লায়নাসে অহৈবা ডাক্তরনা য়েংদ্রবদি য়াদ্রে।

কালিমোহোনঃ "ফরে ওজা, ওজা ঐ থোরক্লগা অমুক লাক্চগে" হায়রম্লগা কালিমোহোন অদুমক চৎখ্রে ।

ইন্দকী জাপান লান অদুদা, লানচেনবদা মী কয়া অমা শিবা, কয়া অমনা নাবা, খুদোং য়াম্না থিবা মতাংনীকো। মতম অসিদা মী অয়াম্বা ইম্ফালদা হাইগৎনরক্লে। শোক ১৯৪৬ তা কলকটাগীদমক্তা ইম্ফাল থাদোক্নুনা হব্রা গাড়ী তোংলে। ডিমাপুর য়ৌরে, ডিমাপুরদগী ট্রেন অচৌবা অমা তোংলগা চৎলি পম্লুং য়ৌনবা। গৌহাটি ফাওবা তোংলকপা ট্রেন অসিদি য়াম্না নুংশি। নাকল য়েং-ওই অনিমক্তা লমহাং ঙাক্তা ঙাই, ইহাং হাংই। অদুগা লবুক লমহাংশিং অদু অদুকী মতিক য়াম্না নুংশি, ফজখ্রবা হৈ পাম্বী অমদি উপাল বাপাল ময়াম অদুনা সৎ সৎ তুংলোমদা লৈথদুনা লৈহৌবদো কয়াগী মতিক ফজে।

গৌহাটি য়ৌরকপা মতম অদুদা অমুক্কা হেন্না নুংশিখরে ব্রহ্মপুত্র থোং লানগদৌরে হায়দুনা তুরেল মপান্দা ফম থারম্মী। ঐখোয়না তোংগদৌবা হি অনি খক লৈরম্মী থোং অমত্তসু শারমদে, পুমলং লংবা ইপাক অদু য়েংবদা নুংশিবা অমদি কিজবসু পোকই। চাং চপ মান্ননা তপ্লপ্ তপ্লপ্না ইথক ইপোম নেমতক নেমতক্লা পরিং চুম্না লৈরিবা ইচেল তপ্পবা ইথক অদুনা হি মচা অদু নৌ অনিনা হোন-হোন্দুনা তোর্বান্দ যৌনবা থৌরকপা মতমদা ঐগী খুৎনা ঈশিং অদু খরা লৌখৎলগা কোক মথক্তা, লবাইদা হাপ্লম্মী। ফজখ্রেকো হে ব্রহ্মপুত্র নঙগুম্বা তুবেল ইংবা তপ্পা নঙোন্দগী হেনবা তুরেল অমা লৈবমলবোইদ্রা হায়না খন্দবা ঙমদে।

মচাগী তথকপা লাংতক্লবা কয়াদু উরগা মপা ইন্দ্রনা অসুম্না হায়, ইবেম্মা তোম্বীমচা লাকলো কাখৎলক্লো। হায়রদুনা মখুৎ পাইদুনা চীংখৎপীরম্মী।

তোম্বীমচানা মপাবুংদা তুরেল অসি য়াম্না চাউইকো মসি নৎতবা তুরেলশিং অদু অমুক্তা হায়বিরকউ হায়না মথং-মথং হংবদা মপানা মথং মথং হায়রকই-মহানদি, কবেরি, তাপতী, নাবামদা অসিনচিংবা তুরেলশিং অসি ফজথ্রজাৎনি। অদু পুম্নমক অদু য়েংনবা নোংমা ইপানা পুবিগনি। য়ৌগদৌবা অসি কয়া ব্রাৎলিবগে। কলকটা য়ৌরনীদা খরা থৌরগদি কলকটা ষ্টেসন লৈরম্লে।

— পাবুং কুমথরকপা অসিদি কোক ঙাউইদা।

— করিসু তৌরোইদা মরাইনা ফজখিনী লাবার চিপুরোং ৯৩ নম্বরদা থুংলনি, য়াম্না নুংঙাইদা কলকটা হায়বা ষ্টেটসে।

তাঞ্জা অসি মীতৈ মচা মানবা নুপা অমা মখোয়না লৈরীবা অদোমদা চংলকপা উবদা তোম্বীমচানা— পাবুং মীতৈ নুপা মানবা অমা লাক্লে।

ইন্দ্রঃ হায় তোম্বা ঐখোয় য়ৌরক্লে, নং নুংঙাইরীদনা?

তোম্বাঃ "নুংঙাইরী, লাক্লো চংলসি"। থাক থাক কামিন্নে কা মনুং অদু য়াম্না চাওই লৈমাই অদুদা ফিদা পাক্লা থারম্মী, ঐখোয় অহুম ফমিন্নে। তাঞ্জা চানা ময়াং কংতক তৌবা রাসি লৈবা মীতৈ নুপা অমা চংলক্লে। পাবুংনা হৌগৎলগা তরাম-তরাম তৌদুনা ফমহল্লে। মফম অদুদা চানা থক্লবা পুথোক্লুনা চামিন্নরে। ব্রারী কয়ামরুম শান্নমিন্নরে। ঐনা তাবদা শান্নরিবা ব্রারীদো মণিপুর সনা লৈবাক্কী ওইনা তৌই, চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী নীংতম্না লৈজরম্বা ইরৈবাক অসি নম্ফুদা খংলৌ লৌসনখিবা

মতৌ করম্না তৌরগা অমুক হন্না নীংতম্বা পুরক্লবনি হায়বগী মরম কয়ামরুম শান্নবা তাবা ফংই। মতম খরা ৱারী শান্নরে, লোইরমাল্লে নুপাদো চংখ্রে। ঐগী ইপানা ঐঙোন্দা হায়রকই।

— "ইবেন্মা তোম্বীমচা নঙ হৌজিক্তী নুপাদো খঙলবরা ? ইরাবত হায়বা মণিপুর য়াম্না নুংশিজবা, মণিপুর মাংখিনি হায়না পাখৎচবা মরৈবাক নীংবা নুপা অদুনি। মহাক্না ঙসি মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা কোইলোং লোংতুনা লৈরীবনি। মহাক্তী য়াম্না ফবা মীশক অমনি (নোকফেং নোকফেং তৌদুনা হায়রকলম্মী।) ইরাবতনা মণিপুরদা হেক পোক্লকপদগী মাগী ঈদা ময়া লৈবাকপু নুংশিবগী গুন অমা য়াওরক্লবনি, মহাক্না বঙ্গদেশতা লাইরিক তমলুরবসু মরৈবাক মণিপুরগী অৱাবা থোক্লীবা থৌদোকশিং অদুগী কোক্ল নব হায়দুনা শিবা কিদবমখৈ হোৎনদুনা লৈরকপা মীশক অমনি"।

তোম্বীমচাঃ পাবুং ঐ হৌজিক নাবা ফরে, কলকটাগী ডাক্টরসিদি অনাবা য়েংবা য়াম্না হৈকো, নাবসু ফরবনিনা চৎলসি য়ুমদা ইমাখোয় ইনাওশিং ইপ্বাশিং ৱানরম্নগনি ঐখোয়বু ঙাইরম্নগনি চৎলসি। পাবুং ঐখোয়না মফমসিদা লৈরীঙৈদা মাংজৌননা চিঠি অমা ইরগা থাখিসিরা ?

মচানুপীগী অপাম্বদু ফংনবা মপানা য়ারবদা খুদক্তা চিঠি অমা ইদুনা থাখিনবা হোৎনরম্মী, ৱারোলদি অসিনি কলকটা হায়বা সহর অসিদি অহিং অসি সুকতুম তুমদে ইমা নুমিদাং পুং ২/৩ তাবদগী লম্বী সেম্বগী নিল-খোংবা অদুগা গাড়ী ময়াম অমা চৎপগী মখোল অদুম তাদুনা লৈ। নোংঙালদ্রিঙৈদা মীনা লম্বী সোরোক্তা পিক হেক্তা থল্লি, থবক হেক্তা তৌবা হৌই, ঐনা তুম্লিঙৈদা মখোয় ময়াম অদুনা লাংবা থবক তৌবা হৌই। পোৎ য়োনবশিং অদুনা পংলাউদা লাউই - জুরাদা একনা জুরাদা একনা হায়দুনা। ঐখোয় হল্লক্লগনি করিসু ৱাবীরুনু।

— চিঠিদো থাবীগ্নগে পীরক্লো।

— ঐখোয় য়ুম য়ৌদ্রীঙৈদা চিঠিদো ইমানা ফংগদ্রা পাবুং।

— ঐখোয়না য়ৌদ্রিঙৈদা অদুম য়ৌরনি।

ফজ-ফজবা কলকটাগী ফেক্তরী অদু উরুবদা ঐখোয় মণিপুরসু অসিগুম্বা মখল-মথেলগী মশিংসুবা ফেক্তরী অসি অনি অহুমদং ওইরবসু থম্বা ঙম্লবদি ওস্লোক্লা চাওখৎকনীদকো। কলকটাদি হৌজিক ইন্দষ্ট্রিগী ষ্টেট কৌরে, মখোয়গী ষ্টেট অসিদা থুংদা নমদবা মীওই অমা লৈরমগনি হায়বা থাজদে মরমদি ইন্দষ্ট্রি অসিগী থবক লোইনা চংবা শোইদ্রবনি। ঐখোয় মণিপুরদা অসিগুম্বা ইন্দষ্ট্রি অসি লৈবা তারবদি থবক ফংদদুনা অব্বাবা তারিবা মীওই লাক্ষ ১০ মুক্কীদি ফজনা থবক ফংজরগনিদকো অদু ওইরবদি অব্বাবসি ওইররোইদো । অসুম্না থল্লিঙৈদা তামো তোম্বা ঐগী নাক্তা চংলকই অদুদগী ঐগী খুৎ পাইদুনা ইবেম্মা য়ুমদা চৎলসি লাক্লো হায়দুনা খুৎনা পাইরগা ইন্দষ্ট্রি মনাক্তগী চিংবীদুনা শম্বীদুনা য়ুমদা হল্লক্লবা শেম শাবা লোইরে।

— ইবেম্মা তোম্বীমচা চাক চারসি হায়ব্রা, লাক্লো ।

— তামো তল্লীদা নখোয়গী চাকতো চাবা ভিটামিন য়াওরমগনি থাজদে।

— য়েংঙোয় ঐখোয় পাবুংনা হায়রিবা উচেক অনিখক তোঙান-তোঙানবা পোন অমমমদা য়োকপা অদুগনে উচেক অমনা চেং চোয়দবা পিজবা অদুগা উচেক অমনা তামোখোয়গী চেং চোয়থোকপা অদু পিজবা মতম খরগী মতুংদা অনি অদু থাদোকখিবা মতমদা চেং চোয়দবা চাবা উচেক অদুনা ফরং পাইবা ঙম্মী, উচেক চেং চোয়থোকতবা চাবা অদুনা পাইবা ঙমদদুনা অদুম লৈয়ে, মহাক্কী তপ্না তপ্না চৎকনী হায় । ঐগী মণিপুরগী চেংদি ভিটামিন ঙাক্তনী। মতম খরদি মতাংনা য়াদদুনা লৈরবনিনা তামোখোয়গী চেংসে চাবা তাবনীকো । ঐখোয় পাবুং লাক্লে,

— ইবেম্মা ত্রেন টিকেট কক্লক্লে, তাং ১৫ গী অয়ুক পুং ১০ দা ত্রেন তোংবা তারে।

তোম্বীমচাঃ তামো তোম্বদি লৈহৌবা তারেদো, হয়েং য়ুমদা লাইরিক তম্বা লোইরগা থোরকপদা ঐখোয় য়ুমদা লাকউকো, ঐগী য়ুমগা নখোয়গী য়াইস্কুলগা থোইনা থাপ্লদ্রে।

তোম্বাঃ লাক্কনিদা ঐ সোইদনা লাক্কনী নংনবু ঐবু কাওবীদ্রবদি।

তোম্বীমচাঃ ঐদি তামোসে ঐগা হেক পোকমিন্নবা ইবুং অমনি খল্লি, ঐখোয়গী তামচাগুম্না নুংশিদা। তামো ঐগা পোকমিন্নবা ইবুং অনি লৈ ঐনা নুংশি মখোয় নসু ঐবু য়াম্না নুংশিনা তৌই। ইবুং অহল ডিমাপুরদা সরকারগী গাড়ী থৌই, ইবুং অতোনবা অদুনা এস,ও, ওই।

তোম্বাঃ ইবেম্মা তোম্বীমচা নঙনা হায়রিবদো য়াম্না চুম্বা ঙাক্তনী ঐসু ইচল অমগুম্না নুংশিদা। থৌদোক খুদিংমক অদুম তাক্লসিকো।

তোম্বীমচাঃ তামো ঐখোয় পাবুংনা আমেরিকাদা লাইরিক তমহনগনি হায়, আমেরিকাদা চৎপা ঙমগদ্রা ঙম্মোইদ্রা খঙদে ? আমেরিকাসে কয়াম্না লাপ্লগে ?

তোম্বাঃ আমেরিকাদি য়াম্না লাপ্লিবো এরোপ্লেন তোংলগা চৎকদৌরিবনি, পুং ১২ মুক থৌগদৌরিবনি।

তোম্বীমচাঃ তামো এরোপ্লেন হায়বু নহাল বোম থাদবদা পাইরকপা অদুরো ?

— মানি মদুগী প্লেন অদু তোংগদৌরিবনি, মদুদগী কুমথরগা আমেরিকাগী মফম অদুদা তমলুগদৌরীবনী।

তোম্বীমচাঃ ঐ তোঙবা কিজেবো, ইথন্তকা তোঙবা ঙম্লোই"। ঐ চৎলরোই আমেরিকাদা অদুবু তামো, পাবুংনা ইমানা হায়বা অদুম ইল্লগা লাকই, পাবুংনা হায়বদো, সোইদনা অফবা ওইগনি, কিরবসু কিনা ঐ চৎলগে, ঐনা জ্ঞান হেক তারকপদগী ইমাগা ইপাগনা হায়বা অদুম ইন্দুনা লাকই, মখোয়না হায়বা ইন্দবা য়াউদে, ইমা ইপাদি মিৎনা উবা লাইনি হায়না ঐখোয়গী লাইরিক্তা য়াওই।

— ফরে তোম্বীমচা, নঙনা নীংবদো অদুম থুংলো লাইরিক য়াম্না হৈবা ওইরো।

ইন্দ্রঃ তোম্বা ঐখোয় চৎপা তারে পুং তাশিল্লক্লে, ইবেম্মা চৎলসি। তোম্বা ঐখোয় চৎলে নঙ লাইরিক তম্বদা পুক্রিং চংগদবনি। থরাই য়াওনা হোৎনৌকো! করম তৌরগা মীমান্নবা ঙমগনি হায়দুনা কন্না হোৎনবা তাবনিকো তোম্বা ইপা চৎলগে।

তোম্বীমচানা খুৎ হায়রম্মী তোম্বা সুকথনা খাঙহৌই। মীনুংশিগী থম্মোয় অদুনা মণিপুর য়ৌরক্লবা মতমদা মমানা চৎলুরীবা খোঙচৎ অদুগী অবা নুংঙাই কমদৌই হায়না য়াম্না কুপ্না হংই অদুগা মচাগী চিথিদুগী মতাংদা অসুম্না হায়, ইবেম্মা নঙনা চিঠি অমা থারকপদো ফংলে য়াম্না নুংঙাই কলকটা হায়বদো করম তৌবগে হায়য়ুনে ইমা ভাগেনে।

— ইমা অঙকপনি সহর অদো, চাওরবা ফজরবা ফুরা দোলানশিং অসিনা মিৎ অসি পুমথক থকখিদুনা কয়াদা ফজে, ব্রাংখরেদা দলানশিংদো, কাখৎপসু ব্রাদে অদুম লেপ্পগা মথক্তা কাখৎলি। ফুরা দলানশিং অদু উরুবদগী ঐহাক নুঙাইরীঙে মতমদুদা চাক্লীবা ময়াম অমনা ফৎতবা ছুংে দাক্লীবা কোম অদুদগী চাননবা তল, আলুশিং অদু খুল্লগা চাররি, লাইর-অনং ফিভম কাইরবা মীওইশিং অদুনা তৌরিবা অদু ঐ য়াম্না ঙক্লে, উহৈদ্রবা

য়েংহৈদ্রবা বিকার ঙাক্তনী, কনা অমনা অহোবা দ্রম মনুং অদুদা, সেগাইরবা ফি থোংদ্রবা কয়া, ফিজেৎ ফিগাই শেৎপশিং অদুনা হুই হৌদোংনা ফাওবা চংবা তুকচরবা চিঞ্জাক্তো খুন্দুনা পুক্সিগী লানফমদা লাম্থেংনরি অঙকপনি। তৌরিবা মতৌদু উবদা ঐগী থম্মোয় লৈবা ঙমদদুনা মীয়ামগী সেবা তৌগে হায়না খনবা হৌখি। মাইকৈ অমরোমদা মখোং তেকপা, চোং-চোংদুনা চৎলগা পোৎ নিবা, চাবা-ফংদবা ময়াম অদো ইমা ঐখোয় মণিপুরদদি লৈবা উদেকো। মখোয়গী লমদো পুমলাং লাংবনি। লাইরিকপাবদসু খরা ঘানা থোক্কনীকো। অদুবু ইমা ঐ না বাফদুনা ইম্ ফালদাহল্লকপসিদিয়াফৈকো।’

মমাঃ ফরে ফরে ইবেম্মা ইচা চাক লাম্লল্লগনি চাক চানবা তৌরসি নচিন ননাও পুমমক লোইনা চাক চানবা তৌশ্রে লাকও লাকও।

----

# ৩ শুবা পন্দুপ

ইন্দ্রঃ কালিমোহোন চংলকউ- চংলকউ, নঙ এক্সরসাইজ নুতিগী তৌরীকো।

কালিমোহোনঃ তৌজরি ওজা, নোংমতং তৌহৌদ্রবদি হকচাং অসি নুংঙাইবা খরা খ্বাংলি ।

ইন্দ্রঃ য়েংঙোয় কালিমোহোন ঐখোয়গী হকচাংসে এক্সরসাইজ তৌদ্রবদিনে লেং ওৎত্রবদি হকচাংসে ফংসন তৌরোইদৌরীবনী। লেং ওৎলবদি হকচাং অসি ফহনবা ঙম্মী, মতম শাংনা পুক্সি হিংবসু য়াম্না নুংঙাইনা হিংবা ঙম্মী ।

কালিমোহোনঃ ওজা ঐখোয় মীওইবগী পুক্সি অসি কয়াম শাংবগে, হৌজিক্তী নৌনা নৌনা হেক্তা শি, পুক্সীগী মমলসে ইয়াওবু য়াউদ্রেদা!

ইন্দ্রঃ অদুবুরো মীওইবসে ঈশ্বরনা সারেপ ফারকপা অদুগুম্বা মঙা পুক্সিয়ু হায়না থারকপনি, মীওইবনা হৈত্তবদগী নৌনা শিবনি । শারেপ ফাবা হায়বদি চহি ২৫ (কুনমঙা) অসি মীওইবগী শারেপ ফারকপনী মদুনা ২৫ x ৫ = ১২৫ পুক্সিবা তাবনি । মসিনা তাকপদি ঐখোয়না তৌফম থোকপা অফবা থবক তৌবা তাই, মতম নাইনা চাবা তাই, অফবা চিঙাক চাবা তাই, মতম চানা তুম্বা তাই, নিয়ম চুম্না চৎপা তারবদি চহি ১২৫ নি পুক্সিবা তাই, মতম কুইনা পুক্সিবা হায়বসে মীয়ামগী কান্নবা থবক কয়া তৌরম্বা ঙমগদৌরীবনি । লমখাংদা লোইখিবা তারবদি'থবক অমত্তা তৌরম্লরোই পোকপগী কান্নদরে।




থম্মোয় অমগী পাওজেল

কালিমোহোনঃ ওজা, ওজাগী পাউতাক অসি তাবদা ঐ খম্নাং নুংঙাই, অদুননি ঐনা নহাল ওজানা কলকটাদা চৎলম্লবা মায়দা লাকচরম্মীবদো, ঐ হয়েংদগী বোক্সিং তম্বা লাক্লগে হায়দুনা লাকচরীবনী। অদুদি চৎচরগে ওজা (মখুৎ লোম্নবা)।

ইন্দ্রঃ ফরে ফরে চৎলো নমান্নবা খরসু অদুম হৌরকউ। বিমোলানা চংলক্লগা "হয়েং নৎত্রনে বিউটি কন্তেষ্ট তৌগনি হায়বদো" ?

ইন্দ্রঃ নত্তে ঙসিনিনে কাংজৈবুংদনি মণিপুরগী ওইনা মসিগী অসিনা ইহান হানবা বিউটি কন্তেষ্টনী।

বিমোলাঃ অদু ওইরবদি ইচেনে ঐনে, ইচে মৈপাকপীনে, ইচে গুনবতিনে, ঐখোয় মরি য়েংলুরসি।

মৈপাকপীঃ চৎলুসি আদা পুং কয়াদনো ? চাক থোংদোকলুরগে, অদো নহালমুক্কী চহিদা শোক ১৯৫২ দা মিষ্টর মণিপুর তাখিবদো কনানো ?

তোম্বীমচাঃ মেঘচন্দ্রনী মহাক য়াম্না মশা ফবনি মহাক্না মসল পুথোকপা অদুদি কয়ামক ফজে পোজ তৌবদো ফজেকো, মথবাক অমদি মপাম্বোমদা মতুম মতুম পুথোরকপদা অদুগা খিনবদো অঙকপনি, হে বিমোলা নঙ উহৌবা নৎতরা ?

মৈপাকপীঃ অদুনিনে ঐনা কল্লক্কুনা য়েংলীবদো, মহাক্কী মশা ফবা মশা শেংবা অদুতবুনীনে মীওইবনা তান্নরীবসে।

তোম্বীমচাঃ নহানমুক্কী চহিদা মিষ্ট মণিপুর তাখিবদো মতৌ লৈবী হায়বদুনীকো, ফজেকো মতৌলৈবীদো। মহাক্কী তিংদা য়াংদা ওম্বোক্না ফজখ্রেদকো তমজনীংঙাইনীকো মঙোন্দা পীখিবা ফার্ষ্ট তাবগী প্রাইজদো

মখোম শুম্বী মনবী অমা প্রাইজ ওইনা ফংজে। মনগী সঙ্গোম নুতিগী থক্লবা হায়দুনা পীরিবনী, মশক্তো অমুক হেন্না ফজনবা হায়দুনা মথংগী মিস মণিপুর খনবদা বিমোলা নংসু য়াউসল্লো।

— 'মতমদুদা ঐসু খল্লিবনি ইবেম্মা' হায়না বীমোলানা খুল্লম্মী।

শখিতোম্বীঃ তোম্বীমচা নংগী ননাওনুপী বিমোলাদো মিস মণিপুর তাখিকো কনানো মাগা লুহোংনী হায়বিদো?

তোম্বীমচাঃ অদুবুরো মিষ্টর মণিপুর তাখিবা অদুদনি ।

শখিতোম্বীঃ মেঘাচন্দ্রদনিনে য়াম্না ফজেকো ব্রাংলদুনা মহাক্লা তৌথোকপা ঙাংথোরকপা লোইনা ফজেকো নখোয়গী মাগুব অদুদা বোক্সিং ব্রেটলিপটিং, পেরেলবার, বারবেল, দমবেল, হেন্দফ্রি রেষ্টলিং, চেঞ্জ এক্সন, তম্বা লাক্লিবা মণিপুরগী মশা ফবা ময়াম অমদো মখোয়না তৌরীবা এক্সনশিংদো য়েংবদা ঐদি য়াম্না নুংঙাইবা অমা পোকই, মখোয়না মপাম্বোমদা থাংগৎপদ কয়াদি ফজবা, মশা- ফবা হায়বসে ফজেকো, মশা ফৎতবা তিঞ্জং কাইজংবা ওইরবদি ঐখোয়না য়েংনিংঙোই।

— খঙদে ঐদি মখোয়শিংদো লোইনা নুংশিবা অমা পোকই।

শখিতোম্বীঃ মখোয়দো থকসি খাসি লৈকো ।

তোম্বীমচাঃ মখোয়না তৌরীবদো মওং তানা পাবুংনা তম্বীরগা খুঙ্গং খুঙ্গং খুদিংদা সো উৎপা চৎলিবনী।

— মদুনা করি কান্নরিবা ? শখিতোম্বীনা হংলকই ।

তোম্বীমচাঃ খুঙ্গং খুঙ্গংদা চৎতুনা সো উৎলবদি হুকচাং ফবা হায়বদো করিনো, করম তৌরগা হুকচাং ফরকই, ইন্দিয়াগী মফম

খুদিংমক্তা কম্পিটিসন তৌরুবদা মাই পাক্লা লাক্লুবদি ফার্ষ্ট তারক্লবদি ফরিবনীদা।

শখিতোম্বীঃ ইরোম লৈখেন্দ্রো হায়বা অমা য়াওবদো মদুনা মিষ্টর মণিপুর টাইটল ফংখিবদো শোক কয়াদনো ?

তোম্বীমচাঃ মহাক্লা ফংখিবদো শোক ১৯৪৯, ৫০, ৫১, ৫২ চহি মরি চুপ্না মণিপুরগী টাইটল ফংখিবনী।

শখিতোম্বীঃ মসি করম্না হৌদোকখিবনো ?

তোম্বীমচাঃ ইউরোপ অমদি আমেরিকা য়াওনা মপাল লমগী মশা মউ ফবা লেভেল কয়াদা টাইটল ফংখ্রবা মীওই কয়াগীফোটো য়াওবা লাইরিক চেন্দুনা থবক ময়াম অসি তৌখিবনী। মীওইবসি মতম কুইনা হিংদুনা অমদি মীওইবগী সেবা তৌগে হায়রবদি হকচাং অসি মনুং-মপান পুম্নমক ফহন্দবা য়াদে, হায়বিবা মখল মথেলগী পোখোক কয়া অমা পুথোরক্লিবা লৈবাক খুদিংমক্তা শন্দোক্লুনা, মণিপুর হায়রিবা ইরমদম অসিদা শোক ১৯৪৮দগী হৌদোক্লুনা মশা ফবমখৈ খনগৎতুনা মীয়ামদা অসিনী হায়দুনা উৎথোক্লবা হোৎনরিবা অমদি মীয়াম্বু থৌনা লিংজেল হাপ্লিবা পুম্বা অসিবু কনানা থাগৎতবা ঙমগনি।

শখিতোম্বীঃ চাওখৎপা হায়না লাক্লিবা অসি মণিপুরগী ওইনা করম্বা চহিদগীনো?

তোম্বীমচাঃ মসি সেকেন্দ ৱার্ল্ড ৱারগী মতুংদগীনি।

শখিতোম্বীঃ মসি চুম্মী হায়না খল্লি ঐসু, লাল অসিদি তৌদ্রবা য়াদ্রবনি, ঐখোয়না খাম্বা য়ারবোই মতম মতমগী অদুম তৌবদবনি।

তোম্বীমচাঃ চাওখৎলকপগী মতুংইন্না ঙসি মণিপুরদা শান্ন-খোংনবগী মরমদা হকচাং ফনবগী মরম কয়ামুক পুথোক্লক্লিবা অসিনীনে, শান্নবা খোংনবা হায়বসে কান্নখ্রবনি।

শখিতোম্বীঃ তোম্বীমচা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না নখোয়গী মাওঙবতা এক্সরসাইজ তৌবা লাক্লিবা মীশিংদো কদায়দগীনো মমিংশিংদো হায়রকউনে।

তোম্বীমচাঃ মখোয়গী মমিংদি থিয়াম মনি, ইরোম রাবৈ, মোইরাংথেম কুঞ্জ, লোখোন, মোহোবী, মৈস্নাম অচৌ, লাইময়ুম নেত্র, খাঙেম্বম বাপু, রাজবাপু শর্ম্মা, লৈখেন্দ্রো, সুনিল শর্ম্মা, মেঘাচন্দ্র, ময়ামসিংসে অদুম নুংতিগী ওইনা এক্সরসাইজ তৌবা লাকই।

শখিতোম্বীঃ তোম্বীমচা ঐদি মশা ফবা অসি য়াম্না দরকার ওই। মীওইবা ওইনা পোক্লবদি মী ওইনা হিংবা তঙাইফদে অদুনা এক্সরসাইজ তৌবা তারে।

তোম্বীমচাঃ তৌসি তৌসি হকচাং নাদা য়েক্তুনা লৈনবা এক্সরসাইজ তৌসি অদুম খরা খরা লাকউকো।

-----

# ৪ শুবা পন্দুপ

ওকেন্দ্রোঃ ইচে নংদি জাপান লান্দো উহৌবনিনা নঙনা খঙবা খরা হায়বিরকউ, লাইরিকতবুদি পারে অদুবু উহৌবদু খঙনিংই।

তোম্বীমচাঃ ইং শোক ১৯৪১ দা নোংপোকলোমদা নৌনা হৌগৎলক্লিবা জাপান হায়বা ঐখোয় মীতৈগা হায়রপ মান্নবা অদুনা খুৎলাই চাংয়েং তৌরীবনি হায়দুনা আমেরিকাগী প্যার্ল বন্দরদা বোম থাদরুবদগী জাপানগী প্রসিদেন্টদা লান তৌসিরা তৌগুমসিরা হায়না পাওমীনা হংবদা জাপানগী প্রসিদেন্টনা জাপান মরোলদা "মুকুজসো" হায়না খুমলম্মী। মসিগী মরোল অসিদি ৰাহস্থোক অনি শুই, নো কমেন্ট নো এগনোর হায়বা অমা। মসিদা নো কমেন্ট হায়না ইথোরকপদগী জাপান্দা বৃটেন অমদি আমেরিকানা লান্দারক্লে, বৃটেনগী লানগী জাহাজ প্রিন্স ওফ ওয়েলস, রিপসল অনিমক সমুদ্রদা ইরাই লায়না লুপহনখ্রে, ইং কুমজা ১৯৪২ দা ব্রহ্মাগী কোনুং রেঙ্গুলদা বোম থাদরে, শিঙ্গাপুর জাপাননিজশিংনা লৌশিনখরে। ইংরেজশিংগী ইজ্জৎ মাংলে। মদুদগী জাপান্দা লিটল বোই কৌবা বোম থাদদুনা মাং তাকহল্লে আমেরিকানা"।

ওকেন্দ্রোঃ ইচে ঐখোয় মণিপুরদদি কমদৌই ?

তোম্বীমচাঃ মণিপুরদা প্লেন ময়াম অমা পাইরক্লগা ১৯৪২ লোইরবদা বোম দ্রং দ্রং হায়দুনা লৈবাককসি থক থক নিক্লুনা সগাইদগী পোৎ থম্বশিংদো লৈমাইদা তারকই।

ওকেন্দ্রোঃ অদুদগীদি করম তৌবা ?

তোম্বীমচাঃ নুমিৎতো নোংমাইজিংনী অয়ুক পুং ১০ মুক অবা মতমনি, ইমানা নচে বিমোলাগা ঐখোয় অনি পুথ্রিদা ইরুজরিঙৈদো এরোপ্লেন পাইবা মখোল অথি, অদুদগী ঙসাইগী ঐনা হায়বদো দ্রং দ্রং হায়দুনা পুমনিল নিল্লি। ইম্ফালদা বোম য়াম্না তারক্লে, লাইহিরিকয়েংবম লৈকাইদা মাণ্ডব অমদা মী ময়াম অমা লৈরিঙৈদো বোম তারক্লুনা লোইনা তুম্না শি হায়বা পাউ অমা তাই।

ওকেন্দ্রোঃ বোম মরক অদুদা অদুম লৈরবরা?

তোম্বীমচাঃ অদুগী মতুংদা চীরাং হায়বা মফম অদুদা ঐখোয় লোয়না লান চেল্লে।

ওকেন্দ্রোঃ অদুদগীদি করম তৌরে ?

তোম্বীমচাঃ চীরাং অদুদা মীশি মিনা য়াম্না থোক্লে ইম্ফালদা অমুক ঐখোয় লোয়না কারক্লে ইম্ফালদা কোম চাওনা তৌরগা মথক্তা ফোপ হারগা থম্লে, এরোপ্লেন হেক তারকপগা কোমদা লোয়না চংই, চাকসু মনুংদা পুসল্লি অমুক দ্রং দ্রং তৌরকই কোম মনুংদা। মতম খরা লৈরগা লানমী ময়াম লৈরম্মী মখোয়গী চানবা থক্লবা চেং-চাক ঙাকৌতা, চিনী ময়াম অমা এরোপ্লেন্দগী থাদরকপা ওইরমগনী মখোয়গী গাড়ী অদুদা পুরগা ঐখোয়গী কোট অদুদা হাপচল্লি, ঐখোয়দসু চাও হায়দুনা ঙা কৌতাদো পী। ঐখোয়না লোইনা চায়, য়াম্না হাওই। লাম্মীশিং অদুনা মখোয়না ঐখোয়গী সুমাংদা তিনগী য়ুম অকোনবা অনি শাদুনা লৈরম্মী, তিনগী অকোনবা য়ুম অদুগী তিন অদু শিদোক্লগা পাবুংনা লিংখৎপা স্কুল অদুদা কুপ্লিবনি। ঐখোয় ইম্ফালদা জাপান য়াম্না লৈরম্মী। মখোয়গী মোংফম নোংপোকলোমদা মীনুথোংলোমদা লৈরিবনি, মখোয় জাপান্না অমুক অমুক চহি খুদিংগী লাক্কুনা হৈ-লৈ কৎপা লাকপনি।

ওকেন্দ্রোঃ ইচে লোইরবরা ?

তোম্বীমচাঃ লোইরে কলকটাদদি বোম অমতা থাদদে হায়, মখোয় ময়াম্না চেকসন্না বোম থাদরে হায়না অদুম তাবা ফংখি। হন্দক আমেরিকানা ইরাকতা বোম থাদরুবদা অচৌ অচৌবা হোস্পিটাল, ৱায়েলশং মীওইবগী হিংনবগী মচাক লোয়না থুগাইরুবদা, অমুক শাগৎনবা শেল থাদদবা য়াদবনিনা জাপান্দগী আমেবিকানা শেল নিরুবদা জাপানগী প্রসিদেন্টনা য়াম্না হরাও হবাওনা লুপা মিলিয়ন কয়া পীরক্লুনা মতেং পাংখি হায়নৈ।

ওকেন্দ্রোঃ জাপান্দি হৌখ্রবগী খন্দে, হৌজিক হৌজিক্কী খন্দুনা ঙসি জাপান্না খ্বাইদগী চাওখৎপা থাক্তা লাক্লিবা অসিনী, ইন্দ্র চংলকই।

ইন্দ্রঃ ওকেন্দ্রো নখোয়গী পরিক্ষা কৈদৌঙৈ হায়দোক্কনী হায়?

ওকেন্দ্রোঃ মরি মঙানিসিদা হায়দোক্কদৌবা মাল্লি।

ইন্দ্রঃ নঙ ঙমগদবা মানবরা?

ওকেন্দ্রোঃ ঐদি পোজিসনগী ৱাখন্নী পাবুং।

ইন্দ্রঃ অদুদি নঙ বি.এ.সি. তম্বদো কর্নাটকাদা তম্বা চৎপা তারে।

ওকেন্দ্রোঃ পাবুং ইতোমতা চৎপা তারে ?

ইন্দ্রঃ উরিপোক্তগী উকিল অমগী মচানুপাগা।

ওকেন্দ্রোঃ ফরে ফরে মী অনি শুরবদি ফৈ।

শখিঃ চাক লোইরে ইবুংঙো, নখোয় পাবুংসু ইরুজ মাইথনবা তৌরো হায়য়ু।

চাক চানা চানা কৈদৌঙৈনো ওকেন্দ্রোনা লাইরিক তম্বা চৎকদৌরীবসে মাই পাবুং হায়না শখিনা হংলকপদা নিংথৌকাবা নুমিৎ অসিদা চৎহল্লসি হায়না খুম্মী ।

শখিঃ পোৎচৈ য়োমসন্নবা তয়ারি তৌরো ঐদি মহৌশাদগী কোন্না তৌগে হায়বা থবক লৈতে, থুনা- হেক্তা লোয়সল্লি ।

ইন্দ্রঃ নমানা হায়রিবসি ফরবনি চাক চাবা লোইরগা লোইসল্লো নফি-নরোল সার্টিফিকেটকদো চিখদনবা তৌকো ইবুংঙো।

-----

# ৫ শুবা পন্দুপ

কর্নাটকাগী খোঙচৎকী হৌনবা লোইরদুনা উকিলগী মচাগা ওকেন্দ্রোগা কর্নাটকাদা থুংখরে । লাইরিক তম্বা হৌখরে ।

নোংমা শখিনা কোন ফেংলীডেদা চিঠি অমা পোষ্টমেন্না পুদুনা লাকই, শখিদা খুবি সোই তৌহল্লগা পীরম্মী । ইবেম্মা নপাগী চিঠি অমা পীরম্মী তোম্বীমচানা কদায় ইমা হায়দুনা লৌরগা অসিদি ইপ্পা ওকেনর্গিনিদনা । মচাগীনি হায়বদুদা তানিংবনা মমানা পারো পাবো তারগে হায়রকই ।

তোম্বীমচা চিঠি পারকই ।

ইমা, পাবুং, ইচে, লাপ্পা নচানা খুরুমজরী । ঐহাক হৌজিক য়াম্না নুংঙাইনা লাইরিক তম্বা হৌরে । ওজাশিং অদুসু য়াম্না ফৈ, অদুক ফবা ওজা ঐদি থেংনদ্রি। ইমা ইপাগা চপ্ মান্নে । হান্না নুংশিং, অহিং অসিসু মণিপুরগা মান্নে । থোইনসু সাদে থোইনসু ইংদে লৈবা য়াম্না নুংঙাই। ফুরিৎ অথাবা লিংলে য়াই অপাবা লিংলে য়াই নুংঙাই-ইমা পাবুং। নোংমা ঐগী ইমান্নবা খরনা চাওবগা ঐগা লম অদুগী হৈকোল লৈকোল য়েংলুসি হায়দুনা য়েংবা চৎলি । য়াম্না নুংঙাই য়েংবদা য়াম্না ফজে, মখোয়গীদি য়েংবা য়াবা ফজবা ঙাক্তা ওইনা তৌই । ঐখোয়না লৈরিবা অদুদগী তেম্না অমা তোংলগা চৎপদা সাইবাবা হায়বা লাইদো।

ঈশৈদি মতমদুদা তেপ অমা থাদুনা তাহল্লি, তেপ্তো ধর্ম্ম পুন্নমক্কী ঈশৈ পুন্না শকপা ঈশৈ থাই । য়াম্না ফজে। ফোরেন্নরসু য়াম্না লাকই। ফম্বসু নুপী নুপা সাইদ সাইদ ফম্মী য়াম্না ফজে। য়াম্না চাওই মাগী হোলদো ইমা ঐখোয়না কোইরিবসে পংকোই কোইবা নত্তে, নোংমাইজিং সুতিদা চৎপনিকো । নোংমা নুমিৎ নীনী সুতি থাবা মতমদা মহিশুরদা চৎথোকউসি হায়দুনা চৎলম্মী । চাউখ্রবা মহিশুরগী লৈমাইদুদা নুমিদাংদা মৈ থানবা অদুদি য়াম্না ফজে, মৈয়ামদুনা জগোয় শারিবদো য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই। ঈশিং ইপাক অমদা মৈশিং অদুনা জগোয় শাবা মীয়াম্না ঙক্তনিঙাই লৈতে। মী অয়াম্বা মৈ য়েংবা য়াম্না লাকনৈ । ইমা থোইনা চিংনগনু ঙাইহাক শংবদা য়েংবা চৎপনি। মতম পুম্বদা চাওবা ইবান্নী লাইরিক পাদুনতা লৈ।

ইবা লোয়শিনজরগে ।

নখোয়গী ওকেন্দ্রো

শখিঃ করিনো ইচাদুবু লাইরিক্কা থৌওইদ্রবা জাৎলা?

ইন্দ্রঃ পারমগনিদা মাদি নম্বর ব্বাংনা ব্বাংনা ফংলিবদুদি মণিপুরদসু ফার্ষ্টতা তাদুনা লাকইবদুদি । থোইনা নুংশা থিরুনুদা মমা ।

তোম্বীমচাদু চিঠিদু পাবা লোইবদা মশাগী থবক তৌনবা অমুক চংখ্রে । তাঞ্জা অদুদা উকিল অদু ওজা ঐ লাকচরিয়ে হায়দুনা চংলক্লম্মী।

ইন্দ্রঃ ইবোচৌ নঙ লাক্লিবরা ?

ইবোচৌঃ ওজা টেলিফোন হেক লাকপগা ঐ ওজাগীদা লাকচরীবনি।

ইন্দ্রঃ কৈদৌরে, ইবোচৌবা নঙনা হোভে হোভে লাক্লিবসিবো।

ইবোচৌঃ ইচানুপা চাওবনা টেলিফোনদা হায়রকই, বাবা পৈশা লুপা লিশিং ১৫ থারক্তবা য়াদ্রে মরমদি ময়াং মচাশিং অদুনা ওকেন্দ্রোগা ঐগা হাংকনি হায়দুনা কোইশনখরে, ঐখোয়গী ওজাশিংনা ঐখোয়বু থিন্দোকপিরগে হায়রক্লে মখোয় প্লেন টিকেট কল্লগা লাক্লগে হায়রক্লে।

ইন্দ্রঃ করি তৌরুবগীনো ইবোচৌবা ?

ইবোচৌঃ ঐগী ইচানুপা চাওবগা মখোয়শিং অদুগা মরৈ য়েংনরুবদগীনি হায়। ওকেন্দ্রোবুদি করিসু তৌদে হায় অদুবু মবান্নিমক থোবক্লসনু ওজা।

ইন্দ্রঃ ফরে ফরে পৈশাদো হৌজিক থাবীখ্রো।

তোম্বীমচাঃ পাবুং থুনা থোরক্লগনি অদু কুরুখেত্রদা ইপ্পাদো অদুম চৎহনখ্রসি, মতোমতা মী য়াওরবদি খুদোংথীনিংঙাইনি। কুরুখেত্রদো য়াম্না নুংঙাইবনী ঐখোয়না চৎলুবদুদা খঙলকই। দেল্লিদগী খরা চৎলগা লৈবনি, মখোয়গী দেল্লিদগী কুরুখেত্র য়ৌবা ফাওবা বস তোংবদো য়াম্নসু নুংঙাই লম্বীদো পাক্লদনা লাম্থোক-লাক্লিন তৌবদসু য়াম্না খুদোং চাই, বিল্ডিং অদু য়াম্নসু ৱাংই য়াম্না নুংঙাইবা মফমনি, মফম অদুদা তমহনসি পাবুং হায়দুনা মপানসু ফরে ফরে মফম অদুদা থারসি হায়দুনা য়ান্নরে। ঙসিদি থুংলদ্রবসু হংচিংতি সোইদনা থোরক্লগনি। পাবুং নহাল তোংখিবা প্লেন তাফম অদুদা অমুক থুংলগদবনীনা লাকপরা য়েংবা হয়েং হংচিং অদুম চৎলগা য়েংসি।

ইন্দ্রঃ টেলিফোন তৌরক্কনীদা ৱারুগনুদা নংনা নৌপ্পাগী ৱাবসে ৱাখরে।

তোম্বীমচাঃ পাবুংনদি ইচিল-ইনাও নুংশিননবা হায়দুনা মতম পুম্বদা ইবেম্মা নৌপ্বানা নংগীদমক্তা ৱাবনি হেক হায়, ইপ্বা ওকেন্দ্রনা নচেশিংনা নংগীদমক মতম পুম্বদা ৱাবনি হেক হায়বিবা, ননাও বিমোলাদি নংগী য়াম্লা খনবনি হেক হায় । অসুম্না পাবুংনা ইচিন -ইনাওশিং অসি য়াম্লা নুংশিননা লৈমিন্নরিবনী । মসি ইমা ইপাগী মওংনা ইচিল-ইনাও অমত্তা ওইনা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবা ফংলিবনী ।

-----

# ৬ শুবা পন্দুপ

কর্নাটকাদগী থোরকপদা ঙাইরিবা মতমনা খুয়ৌনখিবনা মক্নপ-মপাং অমত্তা উন্নরমদনা পাবুংগী হায়বা ইন্দুনা কুরুখেত্রা য়ৌনবা খোংশান্দোরক্নে। ৱাহৈ অমত্তা ফাওবা ইমা ইপাদা তমলমদনা মফমদু থাদোক্নুনা খোংশাল্লকপা অসিমক ঐহাক্কী লাইবক ফবা হায়গদ্রা ঐ খংবা খরা ৱাবে ফুংবংনবে থম্মোয়সে । পাবুংনদি নতোমতা চৎলু লাইবিক তম্বা লোইথোকউ । অপনবা অমা লাক্লবদি মদুদগী নাম্থোক্ল বা হোংনগদবনী হায়বী, মহৌশাদি গাড়ী তোংবা শাংনা চৎলকপা লৈরক্নে অদুবু দিমাপুরগী থেক্লা কোইনা লৈথোক-লৈশিন তৌদুনা অমুক থেক অমুক থেকচিন তৌদুনা য়াম্না ৱানা দিমাপুর য়ৌশিল্লক্নে । কনাগুম্বা মীওই অমগা খোংবু ওইমিন্নবা লৈরক্নে । নহানমুক্কী খোংচৎতি চাওবা য়াউইদো অদুসু মথক্তা চৎপনিদো । হৌজিক করম তৌবা ইথস্তা। ঐগা গাড়ী তোংমিন্নরকপশিং অদো মানা-মানা চৎকদৌবা মফমদুদা কুমথহৌরে, ত্রেন টিকেট কক্লগা লাক্নদবা ত্রেন ঙাইদুনা ঙাইহাক ঙাইদুনা লৈরে ।

ঙাইহাক ঙাইরবা মতুংদা ত্রেন অমা ফৎ ফৎ দং দং হায়বা খোম্থোক্তা তপ্লা ইমাংলোমদা থৌজল্লক্নে, মীয়াম লৈরিবা অদুগী মনাক্তা ত্রেন গাড়ী অদুদা কাখৎলি । ঐগী পোৎচৈ অদু থাংগৎলে । মহৈ-মহৈ পোৎ পুশিল্লকপগী লাংনবা মতম অদুদা ত্রেনদো থৌবা হৌরে । ফৎ ফৎ দং দং হায়দুনা থৌবা হৌরে । মীওইবগী পুন্সি অসিদি লানফমনী হায়বদো খঙবা ঙম্লে । নহানমুক্কী মপোক কর্নাটকা, হন্দকমুক্কী মপোকনা কুরুখেত্রগী খোঙচৎনি । ত্রেন অসিসু

য়াম্না শাংই । মীওইবগী পুন্সি অসিগী খোঙচৎতা অৱাবা কয়া থেংনদুনা লাক্লবদি চৎপা তারে । যুমদা লৈরিঙৈগী মতমদা নুংঙাইবা ঙাইহাক্তা ইমা-ইপানা অহাওবা থোংদুনা পিজবা নোংমতা অৱাবা থবক অমত্তা তৌরক্তবা, অদু লৈবিয়ু আদা লৈবিয়ু হায়দুনা হায়জদুনদা লৈরকপা অৱাবা মশক খংলক্তবা ঐনা ঙসিগী পুন্সি খোঙচৎ অসিদা কয়া ৱাখল চমন্নরিবনো ? মীতৈ মচা অমত্তা য়াওদনা ঐদা তোংদুনা চৎপা অসিনী হায়ফম খংদনা ৱারিবসে । চৎমিন্নরিবা মীওইশিং অদুসু ত্রেন হেক থাম্বগা হেক্তা কুমথহৌই । অমুক্সু অনৌবা খরা অমুক কাখৎলকই । ত্রেন মনুংদা চাক পুশিল্লকই, তলসু পুসল্লকই, চান-থক্লবা মথেল শুনা পুশিল্লকই । চাক চারগে হায়দুনা পুরক্লিবা চাকতো চাগে হায়দুনা লৌরে, ঐনা হান্না হস্যরুদ্রবসু মী অদুনা চাক মশিং হেন্না পুরকপা ওইরম্লে অদু লৌরে ।

চাবা লোইরগা লুপা ২০ দং পীরকউ হায়দুনা পীখি । য়াম্না নুংঙাইবা হায়গদ্রা ৱাবা হায়গদ্রা ত্রেন তোংদুনা লাপ্লা লাকপদো ঐগী লাইরিক তম্ফম মফম অদু য়ৌরক্লে ।

কুমথদুনা লৈরিঙৈদা তেক্সী অমনা কদায়দনো হংলক্লে। কুরুখেত্রগী ইউনিভর্সিটি অদুদা থৌরো হায়দুনা থৌহল্লে । মফম অদুদা থুংলে। হোটেল অমদা লৈনবা তেক্সি দ্রাইভর অদুনা শিন্নবিদুনা হোটেল অদুগী চংফম অদুদা ঐগী পোৎ-চৈ লৌথবীরে, মী অমা থোরক্লগা ঐবু ওকপিরে, গাড়ী ভারা পিথোক্লে । চংলে হোটেল মনুংদা হোটেল অদুনা বোই অমা পুথোরক্লগা অহল-লমন অমদি ঐগী লৈফম ইয়ু হায়দুনা ইহল্লে, ঐগী সোই তৌসল্লে, অদুগা কা অহাংবা সোমদা চংলক্লো হায়না তাকপিদুনা পোৎ-চৈ পুদুনা চংলে ।

ঐগী নাক্তা ঙসাই লাকপা নুপাদুনা ঐ হোটেল অসিগী মেনেজরনী নংনা অপাম্বা পুম্বা হায়বা য়াগনি হায়রম্লগা চাগা অচাপোৎ

খরগা পুথোরক্লগা থম্বিররে । ব্বারি ব্বাতাইদি বীলাট মরোন্না লোইনা শান্নবে ।

করি তৌবা লাকপীবনো ? হংবদা ঐহাক্না লাইরিক তম্বা লাকপনি খুম্লে।

"ঐ মিং চনবা খোৎপা পুম্নমক শিঞ্জগে" হায়রে । অদুগী কা অমদুদা চংলগা ইরুজ-মায়থবা লোইবে । ফি-রোল অহনবা হোংদোক্লে। নোংঙাম্বগা ঐগী কাদুদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা মশক খংদবা মীওই অমনা ঐবু কাদা চংলক্লগা মিং চন্নবা চৎলসি সিট ফংহৌদদুনা তোক্কনী হায়রে, ফরে হায়দুনা ইউনিভর্সিটি অদুদা মি চনবীরে, শকখঙদবা নুপা অদুনা, নুপা অদু কনা ওইরমদবে হোটেল মেনেজরগী মচানুপা ওইরম্লে, মহাকসু ইউনিভর্সিটি অদুদা তম্বা । করি সবজেক্টনো হংবদা এজুকেসন লৌবা তারে হায়দুনা এজুকেসন সবজেক্ট লৌরে ।

"পুক্নি অসি অঙকপনি, ডাক্তব তমগে হায়দুনা বি.এ.সি. তম্বা চৎলগা খুদোংথিরবনিনা ঙসিদি সবজেক্ট অমা ঐনা অপাম্বা অমা লৌসল্লগে হায়দুনা এজুকেসন হেক্তা লৌশল্লে"।

মতম অসি অসুম হৌখিদুনা ফাইনেল এক্সাম য়ৌশল্লক্লে । পরিক্ষা থাবা চৎলে, হংলকপা কোইসন পুম্বা লোইনা খুম্লে, কোইসন অদু য়াম্না নুংঙাইরে । অহংবা পুম্নমক খুম্লে । মণিপুরদা থোক্লবা মতম য়ৌরক্লবদা চিঠি ইদুনা পাউ খঙহনখি ।

পাবুং, নুংশিরবা ইমা,

নচানা ইমা পাবুংবু অমদি ইচে অনিবু খুরুমজরি, ইমা-ইপাগী কৃপাদগী ঙসি নচা ঐহাক এম.এ ফার্স্ট ক্লাসতা পাস তৌরে। ঐ থোরক্লগে।

চিঠি হেক পাবগা মপানা হে মমা ইচাদো পরিক্ষা ফার্ষ্ট ক্লাস ওইরে হায়রে। ফরে মানা হেক থোরকপগা দি.এম কলেজদা ওজা হাপ্পবা তৌবীরগে।

শখিঃ ফরে ফবে মাই পাবুংনা ওজাদো ওইহন্নবা তৌরো। ইচাদো লেকচরর ওইননবা হায়নবিরুরো।

তোম্বীমচাঃ তো ফরেদা ইপ্বানা এম.এ. ফাষ্ট ক্লাস ওইরকপসে। মসি পুম্নমক অসি ইপা- ইমাগী ম ওংতনা যোকপীরকপদগীনী। নোংমতা, ফুদে চৈদে, পাওতাক কয়া মতম মতমগী ওইনা পীবদগীনী। ইমা -ইপানা ঐখোয়বু মরুপ অমা লোইনবদৌনা ব্যাবহারগা লোয়ননা যোকপী। মদুনা ঐখোয় মীরক তিনবা ঙমজরিবনী।

— — — — —

# ৭ শুবা পন্দুপ

ইম্ফাল য়ৌরবা মতমদা য়ুমগী মীওই পুম্নমক্কা নুংঙাইনা ব্বারি ব্বাতাই শান্নদুনা নুংঙাইমীন্নরে । মোমোন মোমোন নোকচদুনা কয়াদা নুংঙাইজবা, তোম্বীমচাগা মনাও বিমোলাগা তম্ফান্না স্কুলদা ইন্দ্রনা মবানি মিং চনবীরে, লাইরিক তম্বা কাহল্লে । মতম অদুদদি খোঙনা চৎলি, ছাত্রি ৫/১০ হৌরগা পুন্না চৎমিন্নৈ, কোনুংগী মমাং অদু তান্না য়াম্না লাপ্না চৎলগা তম্মী । মতম অদু অব্বাবা লৈতে খোঙনা চৎপগী, নুংশি মতমদে য়াম্না নুংঙাইরম্মী ।

বিমোলাঃ একাশিনী য়েংঙোয় মসিদা স্কুল মমাংদা লেপ্লিবা নুপাশিং অসিনি লক্করবগী ঙাইদুনা লৈরিবসে ।

একাসিনীঃ লক্করবসু খুম্বীদ্রগা লোইরে, ঐনা চৎকদৌবা অদুম চৎপ্রগা লোইরে। তাঞ্জাসিদা নুপা অদুনা ঐখোয়দা মুন্না য়েংলকই ঐনা শেম-শাননবা সে বিমোলা ঐগী লাইরিকসি অমুক্তা পাইয়ু, ঐ ফি ইনগেসে ফি অসি ইনবদা য়েৎলোমদা অমুক ওইরোমদা অমুক হায়গৎত্রবদি লৈশাবী ঐখোয়দি মপান থোকপা য়াদবনীনা য়াম্না ব্বাই, মসি ফাজন্নবা লাক্লবদা লাইরিক অসিসু খাওদা হাপ্লা চৎনদেদো অদুনা রুমান অমনা পুনশল্লগা পুরিবনীদো । "খরা থুনা চৎলসি থেংলবদি হেড মাষ্টরনা চৈগনি ।

বিমোলাঃ ঐখোয়গী হেড মাষ্টর অসি য়াম্না ফৈকো। ঐদি মাবু কিজ্জৈ মহাক্কী অচুম্বা তৌই হেড অমগী ওইবা চপ-চাবা নিতি নিয়ম চৎলি।

তোম্বীমচাঃ রুহিনি ঙরাংনে স্কুল কুমখিবদনে কংলা পার্ক য়ৌরকপা অদুদা ছাত্র অমনা পরপ-পরপ তান্নরক্লে অদুগা লাইরিক অমা পীরম্লে, করি লাইরিক্লো হায়দুনা ফাক্তোক্লুনা য়েংবদা মনুংদা চিঠি অমা য়াওরম্লে, নুংশিবী ইবেম্মা হায়না ইরম্লে।

রুহিনিঃ তোম্বীমচা নংদি চিঠিদো কদায়দা থমখ্রে?

তোম্বীমচাঃ য়ুম য়ৌরগা, অদুম সেগাইখ্রে।

বিমোলাঃ রুহিনী ঙরাং নং স্কুল কারক্তে। য়াম্না কিবা ৱাথোক অমা ঙাংনখি। ঐখোয় লোয়না য়েংবা চৎলি।

রুহিনিঃ করি ৱাথোকনো তম্মুনে।

বিমোলাঃ য়েংঙোয় ঐখোয়গী স্কুলগী ক্লাস নাইন তম্বা তম্বী ইন্দ্রানিদো চেল্লে হায়য়ে নুপা অমদা নুপা অদুনা নমদুনা লৌবীরে হায়য়ে, অদুগা ময়ুম য়ৌরগনে মকুবোক অদুননে থোংনা চপখাইদুনা হাৎতোক্লে অদুগা মখোয়গী থংনবা পুখি অদুদা থাদরম্লে হায়দুনা মী ময়াম য়েংবা চৎনৈ। মশাদা উ মচা অমসু পুনশিল্লম্মী হায়নৈ।

রুহিনিঃ তাউখৎলক্তনবা তৌরিবরা অদুদি পুম্মনিকো পুথ্রিদো।

বিমোলাঃ কাংশি য়ৈরে চেনসল্লসি ওজানা ফুরনী।

শখিঃ ইবেম্মা তোম্বীমচা নঙ কলেজ কাগদৌবা নত্রা,লাক্লোদনা চাক চাথোক্লরো। নঙগী কলেজ ফীদু পুখ্রো।

তাম্বীমচাঃ পীরম্লো ইমা ঙসি পীথোক্লম্লগে, ঙসিদগী হেনবা য়ারোই হায়বনি।

শখিঃ ফরে ফরে থেংগ্রনি চৎলো চৎলো।

তোম্বীমচাঃ চৎলগে ভোটসু য়াম্না কন্না খোম্নরি।

শখিঃ করিগী ভোটনোনে হৌজিকপো ?

তোম্বীমচাঃ ইরেংবম তোম্পোক হায়বা পাখংদো মাদি বি.এ. তম্লিয়ে অদুগা জেনেরেল সেক্রেটরি লেপকনী হায়দুনা, মাগী ভোটতো ঐখোয়না খরা খোমলিবা।

শখিঃ কয়াম ফবা ছাত্রনোনে অদুবো?

তোম্বীমচাঃ ইমা তোম্পোক হায়রিবা ছাত্রদো, উম্হোক্লা ফম্ববা জাৎনী, মাদিনে ইমা ঐখোয়গী চাওখ্রবা দি এম কলেজদো অদুদা তম্লিবা ছাত্র-ছাত্রি পুম্নমক লোয়না মহাক্কী মরুপ ওই, য়াম্না ফৈদা, মীওইবা খুদিংমক মহাক্লা লোয়না নুংশিবা ঙম্মী, মচিন্দসুনে মীসে নুংশি লোয়না হায়, মী পুম্নমকসে মহাক্লা নুংশিদে হায়বা তাবা ফংদে । মহাকসে ইমা ভোট কাদৌবা মাল্লি । মহাক্কী মীয়ামগীনি, মাগুম্বা ছাত্রদি খরা তাংই ইমা দি. এম. কলেজদা তম্লিবা শখিতোম্বী, পুইন্যবতি, রুপবতি হায়রিবা ছাত্রিশিং অসিদি মাগী কন্না ভোট খোম্লি । ঐনা অমুক হেন্না খোমলিবনিদা ইমা।

————

# ৮ শুবা পন্দুপ

শখিঃ ঙাইখো তোম্বীমচা নঙনা পুং ৪ হেক তাবদা অয়ুক্তা চৎলিবদো কদায়দনো ?

তোম্বীমচাঃ অদুবুরা ইমা ঐ হকচাং ফনিংদুনা ফ্রি হেন্দ এক্সরসাইজ তৌবা চৎলিবনিদা।

শখিঃ চৎলো, হকচাং শাজেলবু য়ুমদা তৌবা য়াবদুবো করিগী অমুক মীগী ময়ুম চৎলিবদুবো।

তোম্বীমচাঃ ঐখোয়বু এক্সরসাইজ তম্বীরিবা ওজা অদুনা হায়রিবা এক্সরসাইজমুক কান্নবা লৈতে হায়।

শখিঃ ইবেম্মা পুং তাপ্রনি চৎলো চৎলো।

হকচাং ফনা মতম কুইনা পুন্সিদুনা মীওইবা খুদিংমক্কী কান্নবা হোৎনবদা অসুক্কী মতিক কান্নবা পীবা ঙম্মী। নুত্তিগী ওইনা অয়ুক অমদি নুমিদাংবাইরমদা ফ্রি হেন্দ এক্সরসাইজ তৌবা তোকপা য়াদে, মসিনা মীওইবদা অসুক্কী মতিক কান্নবা পীবা ঙম্মী। লেং ওৎত্রবদি হকচাং অসি অনাবা মখল মথেল কয়ানা লান্দারকপা ঙম্মী । অদুতা নৎতনা শিংলি কয়া অসি অনোপ-অতিংদা খরা খুদোংচাদবা থোক্লকই। য়ারিবমখৈ ঐখোয় মীওইবনা হকচাং করম্না ফহনগনি হায়বসে হোৎনবা তাবনি, হকচাং ফবা প্রজা ঙাক্তা ঙাইরবদি লৈবাক অমদি ষ্টেট কয়াদা নুংঙাইনা শান্ন-খোৎনদুনা লৈমিন্নবা ঙমগনি, হকচাং ফৎত্রবদি ব্রাখলসু অফবা খনবা ঙমদে মশা-ফৎতবা মীওই অমনা অহিং নোংশোইবা তুম্বা য়াদদুনা লৈবদা ঈশ্বরবুসু চৈরকই-ঈশ্বর নংসে

ফংতেদকো, ঐবু অসুক কবিগী ব্রাহল্লিবনো? মশা ফবা মীওই অমনা ঈশ্বব নং অসি যৈন্দকো নংনা ঐবু শেম্বীরক্লিবসে, অদুনা অনি অসিনা তাকপদি হকচাং নাদ য়েক্তনা থম্বা হায়বসে মীওইবগী দরকাবনি ।

শখিতোম্বীঃ কলেজ চৎলসি ঐ থুনা লাক্লবানি থেংগ্রে হায়দুনা ।

তোম্বীমচাঃ চৎলসি ঐ লোইবে ।

শখিতোম্বীঃ (চৎন-চৎনা) নুংশিদরা য়েংউনে, তু য়েৎলোমদা স্কুল অমা লৈবিবসে, মতম অমদা তিংখং তুম্বৌনা ঙাক্তা হৌবম্মী, মী চংবকা ঙমপোৎ নৎতেদা, জঙ্গল ওইনা লৈবম্মী, মদু পুম্নমক অদু য়াম্থংলগা তেমখাইরগা এ বি সি গোদাউন অমদি স্কুল শাখবে, কয়াদা নুংশিপ্রবনো।

শখিতোম্বীঃ তোম্বীমচা কনানা তেমথোক্লিবনো ?

তোম্বীমচাঃ প্রজাগী সেবা য়াম্না তৌজনিংবা অমা লৈ মদুগী য়াথংদগী তেমথোকপনি ।

শখিতোম্বীঃ ঙরাংগী ভোটতো তোমপোক্লা কাপ্লেকো ।

তোম্বীমচাঃ ফরে মানা কাবদো ফরিবনি, মহাক্তী মীয়ামগীনি, মহাক্কী ছাত্রশিংগী ফনবা অদুম তৌবক্লগদবনি।

শখিতোম্বীঃ তোম্বীমচা ঐনা নংঙোন্দা ব্রা অমা হায়বদো নিংশিংলিবরা ?

তোম্বীমচাঃ ঐদি নিংশিংদুনা অদুমলৈনা ঐদি মীনা হায়খিবশিংসে কাওগন্দে ।

শখিতোম্বীঃ অদুদি মাগা লোইনদুনা যেংলুবসিবা?

তোম্বীমচাঃ ঙসিদি থাংজনি য়েংলুরসিবা ?

শখিতোম্বীঃ ছুতি নুমিৎ অমদা য়েংলূরসি ।

তোম্বীমচাঃ চুম্মী নঙ হায়রিবদো ছুতি নুমিৎ নৎত্রবদি করম্না মোইরাংদগী হল্লকপা নংগনি।

শখিতোম্বীঃ তোম্বীমচা জাতিশ্বরদো য়াম্না লেম্মীকো মগুনসু লৈকো ঝাঙাং সঙাংনা ফজরিবা লোক্তাক্তা হি তোংমিন্নরুরসিকো।

তোম্বীমচাঃ য়াম্না লেম্বনীদা থবক খুদিং তহা তহাদবনীদা মবুকসু ফবা মান্দরা ?

শখিতোম্বীঃ মখোয়গী ইমুং-মনুং পুম্নমক লোইনা থৌগল্লোন ফজেকো ।

তোম্বীমচ.ঃ শখি ঐনা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা লৈরে ।

শখিতোম্বীঃ করিগীনো নংনা মাগী মরমদা নুংঙাইত্রিবা অদুবু ?

তোম্বীমচাঃ মহাক ডাক্তর তম্বা চৎলনি হায়নে।

শখিতোম্বীঃ হৈম্মা করি লমদনি হায়বগে ?

তোম্বীমচাঃ মানদি দেল্লিদনি হায়।

শখিতোম্বীঃ অদু ওইরবদি নোংমাইজিং অসিদা য়েংলূরসিদনা, হি অমুক্তং তোংহল্লসি মা চৎত্রিঙৈদা।

তোম্বীমচাঃ অদু ওইরবদি নং চিঠি অসি মাঙোন্দা পিরো মরোল পুম্নমক ইরবনি, অয়ুক পুং ১০ দগী চৎলসি।

---

# ৯ শুবা পন্দুপ

জাতিশ্বরঃ তোংলুরাও হায়না কৌরক্লিবা হি অসিদা তোংলসি ঐখোয় মরি কাখৎলসি, হেমন্ত নংনা মতাইদা ফল্লো মখোয় অনি ময়াইদা ফমলসনু ।

তোম্বীমচাঃ তামো ঐখোয় লোক্তাক অসি ঐখোয় লৈবাক্কী পুককৈনী হায়রিবা অসি ফজেকো।

জাতিশ্বরঃ করি হায়বা ঐখোয়গী লোক্তাক অসি ঐখোয়গী পুক্কৈনি হায়রিবা, হায়য়ুনে ঐখোয় তাগেনে, নংনা খংবমখে ।

তোম্বীমচাঃ য়েংঙোই ঐখোয় পাবুংনা হায়য়ে, লোক্তাক অসিদা চীন্দুইন তুরেলদগী কারক্কুনা পেংবা থারাক হায়না ঐখোয়না চারিবা ঙা অসিতা নত্তনা মখল মথেল কয়াগী লোক্তাক্তা চেনশিল্লকপদগী লোক্তাক্তা লৈরিবা ঙা মখল কয়া অসে ফারগা অসুক য়াম্না মীওইশিং হিংজরিবনী অসিতা নংতনা চেং লৈতবা মতমদা হৈকক অসিনা ফুংলগা জিব ময়াম অমা হিংনরিবনী। হৈকক য়েল্লি অসিনা ইনশাং ওইনা চাবা চিঙ্গাক্লি, লোক্তাক অসি মণিপুরগী পুক্কৈনী, লোক্তাক লৈরম্বসে মণিপুরগী য়াইফবনি, মনি মতুমনী লোক্তাক অসে মতম অমদদি করম তৌরক্কনী খঙবা ঙমদে, অদুবু অহোংবা লাক্কবা য়াদবনিনা ফুমদিনা ফুমশল্লকদ্রা নিংই।

জাতিশ্বরঃ ফজেদকো লোক্তাক নংসে, ইবেম্মা লোক্তাক্কী ফজবা অদুদা নংসু য়াওখরে, লোক্তাক্কী লাইরেন্বী ওইখরে নং অসুক ফজবা লৈতরে।

শখিতোম্বীঃ মাইকৈ মরি অসিদা ঈশিংগী ফজবা অমোংপা অমত্তা তাদবা নাপি মকা অমত্তা উদবমখৈ ইরং লংনা লৈবিবসে, কয়াদা ফজশ্রবা লোক্তাক্কো!

হেমন্তাঃ য়েংবীয়ু ময়াম পুন্নমক অসুক ফজবা লোক্তাকসে করম্না লাইনা শেন্নম্বনো, মতম খরগী মতুংদদি লোক্তাক্কী ফজরীবসে মাংখিগদ্রা খনবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইতবা অমা পোকই।

তোম্বীমচাঃ মতমগী মতুংইন্না অহোংবা লাকই, জগৎকী মপু ফাওবা চহি লিশিং ৬/৬ খুদিংগী হোংলকই, অবতার অমমম লীশিং ৬ শুবগা অমা থারকই, চহি লিশিং ৬ হেন্নবদি এক্সিপিয়ারি ওইরে। অমত্তা ঙাইবা নুমিৎকুম্বা ঈশ্বর অদুনা মতম মতমগী অবতার থারকপনি, অহোংবা হায়বসে অদুমখৈ ফজশ্রবা লোক্তাকসে নোংমদি ফুমদিনা থনখিবা খ্বাই। চহি ৫০ গী মতুংদদি করি ওইরকপা খংবা ঙমদে।

জাতিশ্বরঃ কন্না পাইজৌহে তাজহৌনীনে হিহোল্লীবা মী অসি ভাব অমা তৌরক্লে, কুইনা হোনবদা য়ারমালে, নত্রগা চাক লান্নবজাংলা খংদ্রে।

হিহোম্বাঃ হিহোনবদি ঙাওরবদি হি করম্না হোনগনি ? অসুক পাক চাওরবা ইপাক অসিদা করম্না নখোয় ময়াম অমা পুদুনা চংকনী ?

জাতিশ্বরঃ চুম্মী চুম্মী, তাদা নংনা হায়রিবদো।

তোম্বীমচাঃ অমো ঐনা অরিবসি চুম্বরা ? অমোবু ডাক্তর তম্বা চংলনি হায়নে ?জাতিশ্বরঃ হন্দক্কী ফেব্রুয়ারি অং ২১ দা দেল্লিগী টিকেট ককথরে ববানা।

তোম্বীমচাঃ ফরে ফরে মরক মরক্তা চিঠি থারকউ।

ঐখোয়না কাউদনবা পাখঙ-নৈশাবী ওইবগী নুংশি ব্বরীনা পোখায়রবা তুংদা যুম যুমদা হল্লক্করে । বাই বাই তৌনরবা মতুংদা যুম যুমদা চংনরে।

— — — —

## ১০ শুবা পন্দুপ

শখিঃ ইবেন্ম তোম্বীমচা চিঠি অমা লাকপনিহে নংগী নমিং ইরগা পোষ্টমেন অমনা থিল্লক্লবনি।

তোম্বীঃ  ইমা কদায় য়েংগে।

শখিঃ  সে সে সিদা লৈরেসে।

তোম্বীমচাঃ ইমা তামো জাতিশ্বরদো জনুৱারি থাদা থোরক্লনি হায়রে।

শখিঃ নখোয়গী ডাক্তর তম্বা হায়বসে ওম্বোক্লা কুইশ্রেদকো, অসুক কুইনা লৈবসি নোংমতা থেরক্তেনে, মতম কুইবসি কন্না হোৎনরগ মাই পাক্লবাতম্লগা হৌজিক থোরক্লনী হায়রিবা ফরে ফয়ে (তাল্লক অসিদা শখিতোম্বী চংলকপা)

শখিতোম্বীঃ ইমা ঐ লাকচরিয়ে, ঐ ভাইহাক কোইথোক্লুগে হায়দুনা লাকচরিবা।

শখিঃ  ফম্মু ফম্মু নখোয় ইমানা হন্দক ট্রেনিং অমা চৎলুই হায়বদো কদায়দা চৎপনো ? শখিনা হংলকই অমুক্তা নমাদো উন্ননিংই ঐ নোংমা লাক্লে তৌরিবনি ।

শখিতোম্বীঃ ঐখোয় ইমাদো সেল্ফ হেল্ফ ওর্গনাইজেসন মণিপুর চেপ্তরগী এডভাইজর অমা ওইরদুনা মখোয়গী প্রসিদেন্ট মেঘাগা লোয়নদুনা চৎলুবনি অদুবু হল্লক্লে।

শখিঃ করি লমদনো মখোয় চৎলুবদো ? মীনা কয়া চৎলিবা ?

শখিতোম্বীঃ অদুবুরো মণিপুরদগী মুসলিম, মীতৈ, অংখুল, কুকি ৫/৫ মখোয় ২০ চৎলি, মীওই ময়াম অদো মশানা মশাগী থবক পীজবা হায়বা অদুগী ট্রেনিংনি, ইশাগী শেন্থোক লৈনবা ইশানা মতেং পাংজনবা ধুব শাবা, হৈ-রানা অচার শাবা মখল মখেলগী থবক অমদি বেঙ্ককী মরম খঙনবা বেঙ্ক করম্না লিংখৎকদবগে হায়বনচিংবা তমলুবনি হায়দুনা ইমানা হায়।

শখিঃ বেঙ্ক করম্না লিংখৎকনী হায়বদো করম্না তৌবগে হায়বদো খঙনিংই।

শখিতোম্বীঃ ঐখোয় ইমাননে হায়রীবা মখোয়গী খুঙ্গং-খুঙ্গংগী মীওইশিং অদুদগী মী অমমমগী ওইনা লুপা ১০ দং ওইরবসু ১০০ দং ওইরবসু খাইগৎনরগা পুনশল্লগা মদুগী শেনদুনা লুপা লাক্ষ কয়ামুক তারনী, ওফিস অমা লিংখৎলগা মদুগী শেনশিং অদুনা ঐখোয় মশেল পুথোক্লগা শেন্দোয় কানরবদি থাগী ওইনা শেনদো অসুম হেনগৎলক্কনী। অদু ওইরবদি সহরগী বেঙ্কতা কাইবা শেন, লাকপা মতমদা নংহৌদ্রদুনা হনবা তারবদি ভারা তিংগনি, য়ুমদা অমুক হল্লকনী নোংঙাল্লগা অমুক চৎকনী মদুগী অৱাবদো লৈররোই হায়না ইমানা ঐখোয়দা তাকপি ইনদোমচা ।

শখিঃ ইবেম্মা শখিতোম্বী মদুগী ওর্গনাইজেসন অদুদি য়াম্না ফবা জাৎনিনা। মণিপুর হায়রিবা ইরমদম অসি ইশানা ইশাবু থবক পীজবা হায়বা অসি ফগ্রবা জাৎনীনা, লাইরবা লৈররোই থুনা চাওখৎপা লাক্লনি। থবক লোইনা শুনীংলনি।

শখিতোম্বীঃ ভারত্তা ষ্টেট য়াম্না লৈ লাইরবসু য়াম্না লৈ অদুবু মসিনা মওং তানা হিংজবা মীমান্নবা ঙল্লিবনি হায়দুনা ইমানা হায়। মণিপুরগী

খুঙ্গং খুঙ্গং চৎলগা ট্রেনিং তম্বীবা তাং ৫ দগী হৌরনিসু ইমানা হায়।

শখিঃ করি লমদনি হায়বগে?

শখিতোম্বীঃ নোংপোক সেকমাইদনি হায়, ইম্ফালদা মিতিং অমা তৌরগা মী খরনা ট্রেনিং অদু তৌহন্নীংবনা দরখাষ্ট অমা থারম্বা অদুগী মফম অদুদা চৎলগা তৌগদবনী হায় ট্রেনিংদো।

শখিঃ নখোয় ইমানা চৎলুরীবা অসিনা অহানবরা ?

শখিতোম্বীঃ নৎতে মমাংদা ইমাদো অহমেদবাদতা চৎলুরে।

শখিঃ নখোয় আদা তম্বীরক্লিবশিংদো মণিপুরদা অমুক্তা লাক্তবরা?

শখিতোম্বীঃ অদুবুরো ২০০০ দা মখোয়না অহমেদবাদতগী লাক্লগা, য়েংবা লাকই ওফিস অদুদা। অদুগনে ইমানা হায়রিবা ফজনা থবক তৌবা উবা অদুদা মখোয়না য়াম্মা থাগৎলম্মী হায় মেচিন, বেক শানবা লিমোনকসু পুরকই হায়।

শখিঃ ফৈ ফৈ অদুম্মা তৌরবদি তলব চাদবা থবক ফংদ্রিবা মীওই ময়াম অমা লৈরিবসে য়াগনি। মণিপুরগী মীওই লাক্ষ ২৪ অসি লিশিংদা নৎতনা লাক্ষ কয়ামরুম থবক তৌফম খঙদনা লৈরিবনীদো ঐখোয়সু ভারতনা পুখোরক্লিবা ইশানা ইশাগী থবক শুজবা হায়বসে য়াম্মা ফগ্রবজাৎনিদা ইবেম্মা।

শখিতোম্বীঃ সরকারগী তলব চাবা থবক লোইনা ঙম্বা নৎতে। তলব চাদবা খরসু হিংনবা ইশানা ইশাগী থবক পিজবদি খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা থবক্লি। ঐদি মদুবু থাগৎনিংই।

— — — —

# ১১ শুবা পন্দুপ

প্রমোদিনীঃ ইমা ঐখোয় তামো লুহোংবদো তাং কয়াদনো ? করি থাদনো ?

কামিনীঃ  নখোয় পাবুংনদি মার্চ থাদনী হায়।

প্রমোদিনীঃ ইমা ঐখোয় তামোনা লুহোংসি য়াদ্রিবদো অদুগী মরম ঐদি খঙই কবিগীনো? অদুবুরো শরাংথেম তোম্বীমচা সোসিয়েল ব্রার্ক তৌবদো অদুগনে তামোনা লুহোংনিংলীবদো ।

কামিনীঃ ঐনসু পামদে নপানসু পামদে।

প্রমোদিনীঃ করিগীনো ইমানা পামদ্রিবনা ?

কামিনীঃ  মহাক্তী য়ুমকোইগদবী নুপী নংতে, মীয়ামগী সেবানী মতম পুম্বদা হায়দুনা তৌদুনা লৈবদো অদুনা ঐখোয়না পামদবনী।

প্রমোদিনীঃ সোসিয়েল ব্রার্কর হায়বা অসিদি য়াম্না কান্নবনিদা, ইমা ঐদি ইনম্মা ওইনিংইবো।

কামিনীঃ  খঙদে নখোয় পাবুংনা য়ারমলবদি ঐসু য়ারমগদবনী।

প্রমোদিনীঃ  ইমা তোম্বীমচাদি য়াম্না ফবা মীশক অমনি। মপা মপুসু লোইনা ফবনি মমা শখিদো কয়াম ফৈ মঙোন্দা কবিগুম্বা অশোয়বা অমত্তা থেংনদে। অদুগনে ব্রা ঙাংবা মতমদা ফৎতবা অমত্তা ঙাংদে। মী খোঞ্জবা, মী নুংশিবা, পাওতাক পীবা, মী অসি ফৈ হায়বা নংতনা ফৎতবা অমত্তা ঙাংবা তাদে, মমা ফববদি মচা ফৈ হাযনবদাইনে?

কামিনীঃ খংদেনে নখোয় পাবুংশিনা করিনো সুকয়া য়াদে।

প্রমোদিনীঃ ফরে ববানা নিঙবা তৌরসনু ঐখোয়না হায়বা য়াদ্রবনীনা।

কামিনীঃ নখোয় ববাসে মীনা হায়বা কয়া তাদে মানা নিংবদুদনি, তুংদা অফ-ফংত করি লাক্কনী হায়বা খংবা ঙমদে ।

মপান্দগী ফনানোমা চংলকই হায়দুনা য়েংখোক্লবদা মপা ইবুংঙো বাবু চংলকপা উবদগী প্রমোদিনীনা মমাদা হায়।

প্রমোদিনীঃ বাবা লাক্লে ইমা।

কামিনীঃ নঙ পাবুংগী চান-থক্লবা তৌরুরো।

বাবুঃ করি ইনশাং থোংলে ?

প্রমোদিনীঃ য়োংচাক্কা আলুগা ইরোললে বাবা।

বাবুঃ ফরে ফরে চারগে । নখোয় তামোদি ?

কামিনীঃ খংদ্রে ঙাংবা শকপসু খুমদে চাক চারো লোইরে হায়বসু তাদে করিনো খংদেদা। পংচৎ চৎলি হল্লক্লবসু শেনে মাইনে তানবা য়াদে।

বাবুঃ জাতিশ্বরগী আর.এম.সি.দা থবক চংনবা তৌবদো, য়ারে, মাই পাক্লে হায়নে। নিংথৌকাবা নুমিৎতগী থবক হৌরনি হায়নে।

কামিনীঃ নুংঙাইরেদা মতম কুইনা ইচানা হোৎনজমন মহৈ য়াল্লেদনা।

প্রমোদিনীঃ ইমা ঐখোয় তামোদো তাজরবদি নুংঙাইজরনীদা।

কামিনীঃ খংদেনে কদায়দা চৎখ্রিবনো ?

বাবুঃ নঙগী নচানুপানা য়ুমগী মখাদা ঙাইহাক ফাওবা লৈত্রিবসি করিগীনো?

কামিনীঃ খঙজদে ঐখোয়দি তৌরো তৌরো মখোয় বাবাগী নিংবা! নচা নুপাদি নোংমতা ঙাংবা শকপা খুমখিদ্রে ।

বাবুঃ ঐখোয়না লুহোংবগী ব্রা হায়নবদা মানা করি হায়বগে ?

কামিনীঃ মাদি লুহোংখিরোই হায়দুনা সুকয়া য়াদে।

বাবুঃ লাইরিক লাইশু তম্বা লোইরে, মীওইবগী হৌনবী থবক্তা মেদিকেললোমদসু মাই পাক্লে, মতুং তারকপদা লুহোং-খোংদোংবা হায়বসে হৌনশানী মানা খল্লিবা অদুবু করিনো ? ঐখোয়নবু মাগী ফত্তনবা তৌগদ্রা ?

কামিনীঃ মাই পাবুংগী ঐনা তৌবনা চুম্লে, ঐ তৌবনা মফরে হায়বা বাবাগী ব্রাখলদো খম্বা খরা ব্রাংলিদা।

বাবুঃ করিনো নঙনা হায়রিবসিবো ? তাঞ্জা অদুমক্তদা জাতিশ্বরসু চংলকখি।

কামিনীঃ ইবুংঙো লাও ঐখোয় পুন্না অমুক্তা ফমমিন্নসি নঙগা শান্নগদৌবা ব্রারী য়াম লৈ।

জাতিশ্বরঃ করি ব্রারীনো ?

কামিনীঃ মার্চ থাদা লুহোংলনি হায়না লেপ্লরে।

জাতিশ্বরঃ হায়দোকপিখো ঐ হৌজিক লুহোংবা ঙম্লোই।

বাবুঃ ইপানা হায়বা ইল্লুদা ইপাগী ইবুংঙো হায়রল্লগা ফুগ হৌগৎলগা মপাল্লোমদা থোকখি।

প্রমোদিনীঃ তামো কদায়দনো চৎলিবদো চাক চাদনা ? হৌজিক্কী মতমগা থায়নগী মতমগা য়াম্না খেন্নে। থায়না হায়বদি চহি ৭০ মুক্কী মমাংদদি অহন্‌জ-লমন্না হায়বা পুম্নমক ইল্লম্মী, হৌজিক মতম অসিদদি মখোয় মখোয়না হায়বদো অদুনা অফবনি খন্নবেদো। অদুবু মতম মতমগী অসিসু চৎতবা য়াদেদো। মবা লৌদে হায়বা য়াদেদো মতমগী চৎনবীনিনা মতম অদুগী চৎনবীদো তোকপা য়াদে অদু চৎপা তাই। অদুগা ঐনা চৎনবীদো চৎলরোই হায়বা তারবদি ঐসে ঙাওরবনি হায়নখিগনি মীয়ামগী চৎনবী অদু মুথৎতুবা অনৌবা অমা পুথোক্লবা অদুগা মীপুম খুদিং চৎহনবা ঙন্নবদি ঐদি ঙাওদ্রে, অফবা অমা ওইরে মীপুম খুদিংনা শিংথারক্লগনি। য়াম্না লুই অহোংবা হায়বসে অহোংবা লাক্লবদি অহোংবা অদুগী মতুংইন্না য়ানবা চৎপা তাবনি। ঙস্মী হায়দুনা পংতৌ তৌরবসু তুংদা খুদোংথী নিঙাই ওইরোইদ্রা ?

অহিং নুংথিল নাইদনা জাতিশ্বরগী থম্মোয়দা খঞ্জবা তোম্বীমচাগী ব্রাখলনা মাগী মনাক্তা অদুমক চৎনিংই। চৎলবসু বা অমত্তা হায়ঙমদে। নুমিদাংগী মতম অসিদসু লাক্কী।

জাতিশ্বরঃ তোম্বীমচা ঐনা নং উন্ননিংদুনা ঙাইরকপসে য়াম্না কুইরে, নং কদায়দা লোৎলুবগে ?

তোম্বীমচাঃ তামোনা লুহোংদ্রিঙৈদা পৃথিবীগী ব্রাংমদা চৎকে হায়দুনা হোৎনজরুবনি।

জাতিশ্বরঃ ঐসে নংগীদমক্তনী কনাগীসু নৎতে, করিসু ব্রারুনু ঐসে কনা অমগী ওইবা য়ারোই ঐগীনি নংসে, নংগীনী ঐসে।

তোম্বীমচাঃ তামো নংনা ঙাংলীবা তৌরীবদো অদুনা অচুম্বা ওইরবদি নচান্দি শর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবগুম্না নুংঙাইগনিকো। অদুবু ঐগী থম্মোয়নদি য়ানিংবা খবা ব্রাৎলী ।

জাতিশ্বরঃ করিগী?

তোম্বীমচাঃ মতম পুম্বদা অহল-লমন্না হায়বা ইন্দুনা লৈরকপনিদো তামোদি।

জাতিশ্বরঃ ইবেম্মা নং ৱাগনু ঐসে নংগীনী ঐনা নংবু নুংশি।

তোম্বীমচাঃ করম্না নুংশিবা হায়য়ুনে?

জাতিশ্বরঃ নুংশিবদি থম্মোয়দগী হৌরকপনি হায়নৈ, অশেংবা নুংশিবনা অহোংবা পুরকপা ঙম্মী, অয়া-অপুন য়াওদনা হিংবা ঙম্মী, নুংশিবা ঙম্নবদি অতোপ্পা অমগী ৱারেপ্তো লৌজবা ঙম্মী, নুংশিবা হায়বসে ঈশ্বরনা পীথোরকপনি খনগনী ঐনা নুংশিবা হায়বসে ঈশ্বরনা পীথোরকপনি। খনগনি। ঐনা নুংশিবদো মানসু ঐবু নুংশিবী, ঈশ্বরনা নুংশিবা পীরকপদো ঐনসু মীপুমদা নুংশিবা য়েন্থোক্কনী, ঐগী থম্মোয়দা য়াওরিবা নুংশিবদো কৈদৌনুংদসু মুৎলরোই নং চৎপা মফমদা ঐ চৎকনী নংনা লৈবা মফমদা ঐ লৈগনী, কনানসু থিংবা ঙম্লোই, নংগীনি ঐসে, ঐসে নংগীনী।

তোম্বীমচাঃ তামো নং-ঐ নুংশিবগী ৱারিসে ...।

জাতিশ্বরঃ মখা তারক্লো কৈদৌরে লেপশ্লবদি...

তোম্বীমচাঃ ঙরাংদগী নৎতেকো মতম শাংনা লৈনরক্ক বা মবিনীকো।

জাতিশ্বরঃ চুম্মীদা নঙ ঐতা নৎতনা হৌরিবা উরি-ৱারিশিং অসিসু খংলমগনি তোম্বীমচা, ঐঙোন্দা কনা-অমত্তনা চেম্থরক্লিবা নুংশি-ইচেল অসি থীংবা ঙম্লোই, ঐগী নাক্তা নংবু থমনিংই Love is greater than of death নুংশিবসে অঙকপা সংসারনী।

তোম্বীমচাঃ তামো শিবা শিবা হায়না ঙাইহাক লৈতনা পল্লিবদো করিগীনো, শিবা য়াবোইকো ঐ থাদোক্কুনা তামো নং চৎখিবা য়ারোইকো।

জাতিশ্বরঃ তোম্বীমচা নংননে চৎনিংবা কয়া চৎলুরো অদুগা নংনা হল্লকপা মতম ঐ নংবু ঙাইদুনা অদুম লৈরমগনীকো।

তোম্বীমচাঃ তামোগী নাক্তগী থাপতোক্লবগী পাঙ্গল লৈজদেকো।

জাতিশ্বরঃ য়েংউ তোম্বীমচা নংবু উবদা উপাল ব্রাপাল ময়াম অসে হায়না হুম্মা মোমোন মোমোন নোকচদুনা নংবু য়েংলিবসে।

তোম্বীমচাঃ তামো কোকিল অমসু খোংলক্লে তামোগী নুংশিবগী মরমদা নুংশিবা করিনো হায়দুনা শৈথাদুনা ঙাংথোরকপা ব্রাঙাং ফজবা অদুতবু লোন্না উথক্তগী য়েংলক্লগা। নুংশিবা স্বরদা কুউ-কুউ হায়না শেংলবা সুরদা খোংলক্লিবসি কয়াদা নুংশিপ্লবনো ।

জাতিশ্বরঃ হন্দক মপোক্তা নংতনা মপোক মপোক খুদিংমক্তা অদুম উন্নসিকো।

তোম্বীমচাঃ তামো ইমানা চৈরমলগনি ঐ হান্না চংলমলগে ।

জাতিশ্বরঃ চৎলো চৎলো।

থানখিবা লুহোংবগী নুমীৎ অদু ঙসিনি। য়াইফরবা হিয়াঙ্গেগী ১৫ নি পানবা নুমীৎ। অদুবু জাতিশ্বরগী থম্মোয়দা পেন্দবা কয়ানা হৈনীংদনা হিপ্তুনা লৈবদুদা মীয়াম্মা মাবু ঙাইনরী।

বাবুঃ বর জত্রা তৌগদৌরে পুং তাশিল্লক্লে, জাতিশ্বর কদায় চঙখ্রে নখোয়বো ?

শখিঃ মশা শেংদোক্কনী হায়দুনা বাথরুমদা চংখিবনী।

বাবুঃ অসুক কুইবা অসিবু থোরক্ত্রিবা করিগীনো ?

প্রমোদিনীঃ ইমা তামোদি মকোক ঙাওই হায়দুনা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরে। ডাক্তর কৌরুরো বাবা খরা থুবিদ্রবদি ব্রা থোক্লরনিনে। মাগী মনাক্তা লোইনা

চংশিন্নদুনা য়েংনররে। তৌফম খণ্ডনদে মরাং মরাং মরক্তুদা উপাই লৈত্রদুনা ফোনদা ডাক্তর কৌখি।

বাবুঃ মখোং মখুৎসে লোয়না ইংলেনে, করিনো তৌরীসিবো বাটর বেগ অমত্তা থুনা পুরকউ। টেলিফোনদা ডাক্তরবুদি কৌগ্রবনি তাঙ্গা অসিদা ডাক্তর লাক্তুনা শখিনা তরাম্না ওকই।

শখিঃ ডাক্তর বাবু ! অসোমদা লেংসনবীরকউ। ঙাইহাক য়েংলবা তুংদা ডাক্তর বা পাক ঙাংদে অদুদৈ হংলকই।

বাবুঃ ডাক্তর করম তৌরে ?

ডাক্তরঃ মসিদি য়াররোই, খরা ঙল্লা তাকপিরক্লন্নবদি ফরমগদবনি খরা থেংমনখ্রে। ঙাইহাক্তা পোখাহল্লসি তপ্না তপ্না মথবাক্তা নাম্বুবিয়ু, নর্সনা নাম্বুবীরে, স্বর হোম্বুরক্লে।

শখিঃ ডা: করি লায়নানো তৌরীবসিবু"।

ডাক্তরঃ মসিগী লায়নাসে নীংবসে অসুম থুংলক্তবা পেন্দবা কয়া লৈরকপা অদুদগী ব্রাম্বুবকপনি, মঙোন্দা অব্রাবা অমত্তা পীবিগনু নুংঙাইহল্লু। মতমদুদা cure ওইবা ঙমগনি। লুহোংবদুনা করমতৌবা হায়দোকপা তারেদো।

জাতিশ্বরঃ মদুগী অব্রাবা পুন্নমক লাপ্না থমখ্রো ইবেন্মা ! নবুং পুন্সিগী ওইনা লুহোংলরোই।

প্রমোঃ তামো পোখাও-পোখাও। তামোনা য়াদবদো করি অমা তৌহল্লরোই, নচল ঐ লৈরিবা অসিদি।

— — — —

# ১২ শুবা পন্দুপ

তোম্বীমচানা জাতিশ্বর লাইয়েংশঙদা পুম্রে হায়বা তাবদা অমুক্তং চৎকে হায়না খঞ্জদুনা লৈবা নুমিৎ হুমনি শুরে, অদুবু মহাক্তী মীনুংশি চাওবী মীগীদমক্তা হিংবী মীগী অফবা উরগা মহাক্না থোইনা হেন্না নুংঙাইজবা, মহাক্কী থোইনা হেন্না খন্দবনা মতম পুম্বদা মৈশাদা অকিবা পোকখিদে, অদুনা ঙসিসু মীয়ামগীদমক্তা খম্ভদুনা মীয়ামগীদমক্তা হিংবা মীশক অমা ওইবা মরম্না করিসু থোইদোকপা খন্দবা জাতিশ্বর নাবা ফরবরা হায়দুনা য়েংবা লাকপনী। মহাক অসি মীনুংশিগী অচৌবা থম্মোয় পাল্লী অদুবু মহাক্তী মহাক্না থম্মোয় শেংনা নুংশিজবদো মহাক অদুনী মতম পুম্নমক্তা অচম্বা ফিজোলনা লৈতেংদুনা লৈজবী তোম্বীমচানি । ঙসিদি মহাক্কী অকে-অমৌগী ৱাখল থাদোকখ্রে । শমলাংনা ঋাই ঋাই তারবা মাইথোংদা চেজেৎ পুনসনখিরম্লে । তোম্বীমচাগী তনৌরবা মাইথোংদা য়েংজবা ফংলবা মীওইদি ঙাইহাক অৱাবা পোত্থাবা ফংই, অৱাংবা চীংদোলদগী চাইথরকপা লুরবা লাইজনা চেম্ভরকপা উবদা হকচাং নুঙাইবা পোকপগুম্না তোম্বীমচাগী মাইথোংতবু মীপুম্না মীতারে । ফজবা পোৎপু উরগা য়েংনিংদবা কনানো? ফজে হায়দুনা লংলবা নুমিৎপু কনানা য়েংবা ঙমগনি । তোম্বীমচাবু খোইমু কয়ানা কোইইন ইন্নদবা য়াওবগে। মথোৎ কারকপী তোম্বীমচা মহৌশা খুৎশেমনা মহাক্কী সুমহৎনিঙাই ওইবা মাইথোং, মপুং ফানা শাৎকাইরক্লবা থম্বালগী চেংলৌ শকফম অদুদগী হেনগদ্রা খল্লিবা মাইথোংনি সনানা ফুদোংলবা মপুং ফারকপগী শকফমদো কয়াগী মতিক নিংথিজে। কনাগুম্বা খোয়মুশিংনা মীতাবতা মঙাইরবা মনাক নকচবদি ফংজদবী তোংগা নাইবী তিংদা য়াংদা নিংথিবী। কালেনগী নুংশানা

য়াক্তুনা চাকথেক্লবা মতমদা উনা পুংবা মরুমদা পোখ্বাবা ফংবদা ঙাইহাক অব্বাবা কোকথোকপগুম্না মহাক্কী য়াশি লৈবী মাইথোং উরুবদা পোখ্বানিঙাই ওইবা অদুগুম্না ঙাইহাক্কী পোখ্বাবা ফংই। অদুগুমলবা পুম্নমক্তগী হেল্লবী থাজনসু হেনঙমদ্রবী তোম্বীমচাদো অমকপা ফিজোল লৈতেংলগা, মম্নিং মমাই ইথক থকনা জাতিশ্বরবু ডাক্তরনা করি হায়রকপগে, ঙাইদুনা লৈজরীবী নুজাদো য়েংবদা মীপুম্না থম্মোয় কাইনিংঙাই ওইরি। মহাক্কী মাইথোং মকসিল্লে, অঙাওবীগা পাংখক ওইখ্রে, ব্বারগদুম হেন্না লৈতেং অমা হাপকৎপগুম্না রাসিনা পুংয়োম শেমখরে। মথোৎ কারকপদা ঙাইরিবী তোম্বীমচা মহৌশা খুৎশেমনা মহাক্কী তনৌরবা চিনবান্দুনা ব্বা ঙাংনিংবগী মওংদা মতোম্নতা কাংখৎনিংবগী অমদি মিৎস্না থম্বাল মানবা অদুনা তথক-তথক্তুনা কনাদা হংগনী কনাদা পাওদমজগনি হায়দুনা থম্মোয় অমগী পাওদম অদুগীদমক্তা লৈরিবা ফিভম অদুদি স্বগগী অপসরানসু হেল্লরোই।

— — — —

# ১৩ শুবা পন্দুপ

বাবুঃ হায় মমা ! মমা ! কদায়দা চৎখরে ?

কামিনীঃ করি হায়বগে ঐ লাকচরে।

বাবুঃ লুহোংবদো মার্চকী তাং ২ তারে।

কামিনীঃ ফরে ফরে মোই পাবুংনা ফনবা অদুম তৌবীষু, ঐখোয় অদুম ইনজরক্কে।

বাবুঃ নং অসিদি ব্বাহে খুদিং কোচি থাংইদকো।

কামিনীঃ করিনো, কোচি থাংবা হায়ববো ! মোই পাবুংনা তৌবা থবক পুম্নমক ঐখোয়না য়াদবা য়াওব্রো ?

বাবুঃ হৈগ্রদকো নওসে । ঐনা তৌরিবা পুম্বসে পুম্নমক্কী য়াইফনবনিনে।

কামিনীঃ য়াইফনবা তৌবদা নুংঙাইবে, নুংঙাইরে । নচানুপা অমখক য়াওবসিসু ঙাওরেদনা।

বাবুঃ মাগী ফনবনিনে ঐনা তৌহল্লিবসে । ডাক্তব তমহল্লে, আর.এম.সি.দা থবক চঙহল্লে । পুম্নমকসে লোইরগা নুপী থিদবা য়াব্রোও?

কামিনীঃ ঐনা হায়বদি ঐখোয় ইমুংসিদা লৈবীবা খুদিংমক্কা পুন্না তান্নমিন্নরগা মসিনা ফৈ অসিনা ফত্তে খন্নবগা নচানুপাগী লুহোংবসিবু কয়ামুক য়াম্না কাইবা লৈবগে?

বাবুঃ অদু মাগী মচাদু লৌগে হায়দুনা হায়জিল্লুরে । অদুবু হোংদবা য়ারিদ্র হায়বা ?

তালক অদুদা প্রমোদিনী চংলকই, অদুগা হংলকই, করিনো ইমাগা ববাগা য়েংনদুনা খন্নদুনা অদুম লৈরীবদো । লোয়শিল্লো, লোয়শিল্লো হোংননবা তৌবসি।

লুহোংনবগীদমক্তা নুপী ময়ুমদা পুননবা ফিগে ফনেক, মুগা ফি সনা লিকফাং পুম্নমক শেম-শাবা লোইখ্রে । কবোক, লৈবাকহল্লাই, য়ুবী অসিনচিংবা মখল মথেল কয়া লুহোংবদা য়েন্নবগীদমক ২৭০০ মুক শেম শাবা লোয়রে ।

বর যাত্রাগীদমক জাতিশ্বরদু শেম-শাবা লোয়রে । বাবুনা ববগী মমাংদা ফম্লগা বামোননা হায়বা ব্রাহ্মেশিংদো ইল্লগা মচাগী মঙ্গল ওইনবগীদমক শোনবা হৌখ্রে । লাইগী মফমদা মচাগী মঙ্গলগীদমক থৌনিজখ্রে । থবক পুম্নমক লোয়রদুনা বোরদো গাড়ী মথক্তা কাখৎহনখ্রে। বজাই বেঙ্গুল খোংলদুনা গাড়ী থৌদোরক্লে । ইংনা তপ্না চিং-লেম্না গাড়ী অদু থৌদুনা চৎলি । য়ৌশিল্লক্লে কৈন্যাগী য়ুমদো, অদুদগী কুমথখ্রে লৈমাইদা। গাড়ীদগী কুমথরকপগা ডিউটি ওকই, তপ্না তপ্না খোঙথাং তানগা লোয়ননা চংশিল্লি বরদো, ফমথৈ বরগী ফিরাংজি-ফিদা মথক্তা, মাংদা শকয়েং মিংশেল অমা থম্মী, বরদি ব্রাখল অতোপ অমদা তাওদুনা লৈ হায়বদো বরগী মতেংগীদমক লাক্লিবা ময়াম অদুনা চিংনৈ য়েংজৈ বর অদুদা । বরগী মীৎ অদু অয়েংবা অমদা অদুম য়েংদুনা মিৎ কুপ্তুনা লৈ । মীৎ কুপ্তুনা মফম অমদা অদুম য়েংদুনা লৈবা হায়বসে ব্রেন্দা অনাবা অমা পক্লবনি মসি অখঙবা মীগী পাওতাক্লি ।

লুহোংবা লোইরে নুপী থিল্লক্লে, পোলোয় হোংদোক্লে মপান্দা লুহোংবদা চংলিবা মীয়াম থিল্লক্লিবা নুপী ময়ুমগী কৈন্যা য়েংবা লেংবীরকপা

পুন্নমক্লা মপান্দা মরাং মরাং তৌরী অদুগা ইমুংদল মখোয় মশেল অমনা অমা তৌরি। পার্টিগী হায়না তৌরীবদু মহাক্কদি ইচান চান্নদবা মওংগী অদুনা কনামত্তা উদনবা তুমিন লৈরীবনি জাতিশ্বর তাল্লক্কুনা প্রমোদিনি চংলক্কুনা।

প্রমোদিনীঃ তামো চাক লোইরে লাক্লো পুং তারক্লগনি।

কামিনীঃ ইবুংঙো লাক্লো থেংলেনে মতমসি

জাতিশ্বরঃ ঐদি চাক-লামদে ঈশিং খরা থক্লগা চংলগে" ।

কামিনীঃ খরদি চাশিল্লুদনা তৌহেদে, ঙসিদি লুহোংবনি। নংনা চাবা লোইবগা ঐখোয় চাদোইনি।

জাতিশ্বরঃ নখোয় ননি নমৌ চামিন্নরো, ঐদি লামদ্রে।

কামিনীঃ য়াদে, য়াদে তৌহেদে ঙসিদি !

————

## ১৪ শুবা পন্দুপ

জাতিস্মরগী যুমনি ময়াম চাক চান্নবা লোইরগা হৌগৎনগ্রে, মৌনা মনেমবোক হৌগৎপা ঙাইরগা মনেমনা মমৌগী মতেং পাংনবা হোৎনরকই।

রুহিনীঃ ইমা ঐখোয়না তৌজরগে, ঐদি যুমদগী অদুম নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা নোমদুনা, ইমুং মাংগোল পুম্নমক নাননবা হোৎনদুনা লৈরকপনিনা, নোমদনা লৈবা অসি য়াম্না ৱাই। ঐদি ইমা নোমজরগা থবক শুজরগা অদুম লেনবা পাম্মী, ইমা খুৎ হাম্মদোকপীরো, নচা ঐ লোইশিনজরগে ।

কামিনীঃ লোইশিল্লো লোইশিল্লো ইবেম্মা, অদুগা ঙাইহাক পোখাজরুরো"।

রুহিনীঃ ইমা, ঐখোয় তাম্মোদো চাক চাদনা হোস্পিটাল চৎখিবদো করিগীনো ? মহাক্না চাক চাদনা চৎখ্রিবদুবো ? অদো য়াম্না তপ্নী, মোং হাদে তহা-তহাদে ঈংনা চিক্না ৱা ঙাংই । মানা নীংবা অমা লৈবদৌনা উংদুনা লৈবগুম তৌই । মসিবু করিগীনো ইমাদি খঙবীরম্বসু য়াই ।

কামিনীঃ খঙদেদা ইবেম্মা, ঐগী ইচাসে য়াম্না ফবনি । মচননুপী প্রমোদিনীবুসু য়াম্না লুনা তৌজবনি । মপালমদা মহে মশিং তমহন্দুনা ডাক্তর ওইননবা হোৎনরুবদগী জ্ঞান তাবা হেনমনখিদুনা তৌরিব্রা খঙদ্রেনে।

রুহিনীঃ খঙদে ইমা, তুমীন্না অসুম উং-উঙদুনা লৈ। য়া ভাঙলুরবসু অদুম খুমদি খুম্মী। অদুবু ইমা ঐঙোন্দদি চীংনবা নুংঙাইতবা অমা লৈয়ে ইমা!

কামিনীঃ ইবেম্মা, ফজনা নবান্নী তান্নরগা মোইরাং থাংজিং খুরুম্বা চৎমীন্নরুচো। অফবা বোর নীদুনা য়ুম ফজনা পানবা ঙম্নবা পীনবীয়ু হায়দুনা নীজরুচো।

রুহিনীঃ ফরে ইমা, হোরেল হেক হল্লকপগা হায়রগে।

কামিনীঃ মোই পাবুং ঙসিদি স্কুল য়াম্না থেংলকইদা।

বাবুঃ ঙসিদি থেংদোকত্রে।

কামিনীঃ সে সিদা খুদৈসু তাউয়েলসু লৈরবনি। মসি হোংদোকপিয়ু। মোই ববা ঐ ঙসিদি করিনোমতা হায়জগে। ইচানুপা জাতিশ্বরসে মতম চুপ্পদা উংদুনা লৈবসে কোক্লনবা নিংথিজত্রবা মফমশিংদু ইমৌনুপীসিগা লোয়ননা মখোয় অনি কোয়হনগ্রসিরা? ববা য়াররো?

বাবুঃ নঙনা হায়রিবদু ফরিবনি। মখোয় অনি মফমদুদা চৎলুরবদি অরাবা য়াখলসু কোক্লনি।

জাতিশ্বরঃ ওফিস কুমকএ।

রুহিনীঃ মোই তামো য়ারম্লনি চংবিরকউ। পোত্থাবীরো হায়রম্লগা চা গ্লাস অনি পুথোরকই। অমনা মপুরোইবদা পী অদুগা অমদুনা মানা থকই। মোই তামো ওফিসতো ছুতি পীয়ু হায়বা য়ারোইদ্রা। থা অমত্তং ছুতি নিথোক্লগা মাইন্দসি খজিক্তং পোত্থানবা তৌসি। উত্তিদো য়াম্না ফজে হায়। সিনেমা ফিল্মকসু য়াম্না নম্মী হায়না তাই। অদু মতম খরা

কোইথোকউবনা ফরোইদ্রা। ইমাখোয় ববাখোয়নসু নখোয় অনি লুহোংবা লোয়রগা কোইবা চৎলু হায়। অদুদা চৎলুসিকো।

জাতিশ্বরঃ য়ারে, ছুতি লৌরক্লবা তৌরগে। অদুগা ইবানী চৎলসি।

মখোয় অনি ইমুংদা চংখ্রে। নোংঙাল্লকপদা উস্তি চৎনবা পোৎ-চৈ য়োমশিন খোংচিল্লে। চৎনবা টয়ারি লোইরে মমা অমদি মপানা বস ষ্টেন্দ ফাওবা থিন্দোক্লে। গাড়ী থৌরে মমা মপাবু বাই বাই তৌনরে। মখোয় উস্তিগী খোংশানখ্রে। মহিশুরদগী অহিং অমগী খোঙচৎতা উস্তি য়ৌখ্রে।

-----

# ১৫ শুবা পন্দুপ

ঙসিগী ফজবসিদি শিংথানবদা লোইবা নাইররোই অসুক্কী মতিক ফজে। চীংদুনা লোইরোই লোইরোই ঙমথখিবা য়েংবগী পেনবা নাইদে। খরা কাখৎলগা ফজত্রবা লৈতেম মান্নবা ইপাক অদুদা ফজত্রবা উ পাম্বী পিক্তক পিক্তক তৌহৌরি হৌরিবা পাম্বীশিং অদুদগী নুংশিরবা উচেক্কী স্বর তাবা ফংলক্নে, মহাক্কী অয়োৌবী সুরদা খোংলক্নে অতৎপা লৈতনা, অযুক্কী নুমিৎনা পুমঙাল ঙাল্লবা ফজত্রবা লম্পাক অদুগী ফিরাংজিগুম থাবা ফিদা মথক অদুদা কয়াগী মতিক ফজবা, নুংশিত্রবা খোঞ্জেল তনৌরবা উচেক মখোল অদুতবু তাজবা মীপুম খুদিংগী থম্মোয় সুমহৎপা ঙম্মী । মতম খরগী মতুংদা খরা কাখৎলগা হৌরম্লি লৈরাং কয়া মখল মথেলগী মচু-পুম্বনা লৈতেংলবা লৈখন শুবা লৈরাংশিং য়েংবদা মখোয়না নোক্লা নোক্লা মঙক অদুনা নখোয় অনিবু লাক্লীবরা ? মোমোন মোনোন নোক্লদুনা খুৎলাম তোইনা তোইনা কৌরকই । চুথেক মরি অদু য়েংথোকখিবদা মীৎতা তথক তথক্লা উরিবা হৈকোল লৈকোলগা চাংদম্নবদা মদুনা হেল্লগদরা খল্লি। ফজবা হায়বা অসিদি অদুম ফজদুনা লৈরগদ্রা হায়না খল্লি । উত্তিগী ফজবা অদুবু কনানা শীংথাবদা লোইগনি, লোইবা নাইররোই ।

রুহিনীঃ তামো ঙসি ইবানিনা য়েংবা লাক্লীবা অসি ঐগী থম্মোয়দা অসুক্কী মতীক নুংঙাইজবা অমা পোকই, তামোগী পুক্লীংদা করি ফাওবীবগে ?

জাতিশ্বরঃ ইবেম্মা নংনা নুংঙাইবা অদুদা ঐসু অদুম য়াওই লাকমিন্নরবনিনা নংগী নুংঙাইবদো ঐসু য়াওদবা য়াদে ।

রুহিনীঃ তামোগী নুংঙাইতবা উংদুনতা, মতম পুম্বদা লৈবা অদু ননাই ওইবী নংগীদি অশেংবা লোইনবীনী খনবীদুনা অমুক্তা চিনবান কাংথোকপীরকউবা।

জাতিশ্বরঃ ঐসে নংঙোন্দা করি হায়গদৌরিবনো ?

রুহিনীঃ হায়দোকপদা করি কাইবা লৈবগে, ঐদি ডাক্তর কমলগী উপন্যাস হায়বা বারি অদুদা মাধবী হায়বী অদুনা, মহাক্কী মতম কুইনদগী নুংশিজরকপা বীরেনদো উরিলৈদা পীথোকখিবা ওম্বা মীগী উপাইদা তৌদুনা লৈজবা, হৈবোক চীংগী মনুংদা লোংতুনা ফংতবা হুরান চিনথী পুন্নমক্লা মীওইববু মাংহন্নবা হোংনরকপা মতমদা মাধবীনা লাইরেম্বী শাদুনা লাউ-খোংলগা মীওইবা গতি লৈজদ্রবা মীয়াম অমা কনবিখিবা, মাগী নুংশিজবা ফাওবা মীঙোন্দা পীথোকপা ওম্বদো অদুগী পুকচেল চেন্দবা নংতে ঐসে। ডাক্তর কমলনা থাবা শৈথাবনি মাধবী নংগী থৌনা থম্বাল চাম্মনিপালদগী হেন্না থোংলবা মাধবী নংগী থম্মোয়দা ব্রজদগী হেন্না কল্লবা থৌনাসু লৈকো।

অদুনা শাবি ইবুংঙো নুংশিবা শাবি মাঙ্গা পাম্মুবা ঐগী থম্মোয় শেংনা নুংশিবদো কনাগুম্বা অমগী মফমদা কংথোকপা ঙমজগনীয়ে ।

জাতিশ্বরঃ ঐ খাংবা ওম্বগী বাংমদা লৈরে, ঐ কোকসে অসুম অসুম ঙাওসিল্লক্লে, লম কোইরগা ইবান্নী চংমিন্নরগা ঐগী অব্বাবা কোকদ্র হায়রগা হেন্নদুম মৈচাক হাপচিনবীরক্লে ইবেম্মা নুংশিবী নংনা, ঐ পৃথিবী অসিদা লৈনিংলক্তরে । অঙাং ওইরীঙৈদা ইমাগী খোমলাং

থক্লীগৈদা খোমলাং তিলহানদুনা শিরমলবদি থোইনা হেন্না নুংঙাইরমগনি ।

রুহিনীঃ তামো করি অমত্তা খল্লুনুদা পেম্থোকউ, পেন্দবা হায়বসে মীনাই ওইনা শিজিন্নৌ হায়না অফাওবা মীনা হায়নৈ, পেন্দবা থমলুনু, তামোগীদমক্তা ননাও ঐ লৈরিবসিদি । তাইবংগী মপু ওইবা অচৎ-চৎতা পুম্নসু শেম্নীরিবা, পৃথিবীগী জিবশিংগী য়াইফনবা মশামকসু হন্না হন্না অৱাবা চৈথেং কয়া খাংদুনা লৈবা ঙম্বা অমত্তা ঙাইবা ধর্ম্মসু মীপুম খুদিংমক্তা য়েম্থোকপীরবা জগৎকী মীওইবা কয়াবু মমা মপা শক্লা য়োকপীরিবা শ্রীহরিগী নামতবু শোন্দুনা মতম পুম্নদা ইবানী য়ুমদা চৎলগা লৈরুরসি । ইমা ইপা ইচল অনিমক্কী সেবা তৌদুনা মতম শাংনা লৈমিন্নরুরসি ।

জাতিশ্বরঃ ফরে নং হায়বা পুম্বা য়ারে চৎলসি।

রুহিনীঃ হয়েং টিকেট কক্লসিবা য়ুমচৎনবা, বাবা, ইমাখোয়না মখোয়গী হোনি মুন অসিদি থুনা লাকইদা করিগী হায়দুনা পাখৎলোইদরা ?

জাতিশ্বরঃ লম কোয়বা হৈনদদুনা তৌবা ওইরমগনিদা হায়দুনা অদুম খল্লমগনীদা।

রুহিনীঃ লম য়াম্না য়েংলক্লে কোইরক্লে অদুম হায়বসি, য়েংলেদনা অদুক য়াম্না ইবান্নী য়েংমিন্নদুনা ফম্মীন্নদুনা য়েংমিন্নরবা অসিদি।

জাতিশ্ববঃ ঐখোয় অনিনা ঙসি ফাওবা উত্তিগী ফজ-ফজবা মফমশিং য়েংলকইবসে ঐদি ভাব অমা তাদে, করিনো হায়বদো ।

রুহিনীঃ করিনো তৌবীবসিবো তামোসু মুকম সোল্লি, ঐবু সুমনা থওইদে, ঐ ভাব অমা তাদ্রে, য়ুমদা হলহৌবনা ফগদবা মাল্লি ।

ইমা, বাবা, ইচননুপী মখোয়নদি ঐবু লুনা তৌই। করিনো ঐনা তৌদৌরিবসিবু ইম্ফাল থুংবদা মংঙাইরী রুহিনীদুনা মনেম, মকু অনিদো খুরুম্লে, পুরকপা পুম্বা ইমাগী বাবাগী ইচনগী হায়দুনা পীরে, অচা-অথক পুম্নমক চামিন্নরে, চৎলুবা উরকপা হোনি মুন অমগী খোঙচৎতা লোইনা চীথদনা তম্লে, জাতিশ্বরদি ফমুংদা চংদুনা তুমথখ্রে, নোকমিন্নরে হ্রাওহল্লে ইমুংগী মীপুম খুদিংমক, চাকতো মৌ রুহিনীনা থোংদোক্লগা লোইনা কৌসন্দুনা চামিন্নরে হাওনা। জাতিশ্বরসু মানা থেমদুনা ফমুংদগী হৌদোকপীদুনা লোইনা চারে। মখোয় ইমুংগী মীপুম্বা হ্রাওরে নুংঙাইরে রুহিনীদি মৌ ওইজবগী মমিংতা ঙাইরবনি, মহাক্কী অশেংবা লৈশাবী ওইরিবনি, মাগী নিংঙমদবদো করিনো খংলকপদগী মহাক মাধবী ওল্লগে হায়না খনখিবদো ঙসিদি ইম্ফালদা মপুং ফারে খোং থাংদোক্লগে খন্দুনা পুম্নমক তুমহল্লন্নগা মপুরোইবা লাইনি খঞ্জবা অদুবু তুমহল্লন্নগা, চিঠি অমা ইদুনা থনম্নগা মপামদা লোম্না চৎখ্রে" ।

চিঠি ঐগী নুংশিজরবা, ঐগীদমক্তা মতম পুম্বদা ফনবতা খন্দুনা লৈরক্লিবা ইমা, ববা, ইচল, তামো নখোয় খুদিংমকপু ঙসিদগী হন্দোক্লমদুনা ঐ য়ুমদা চৎলে। ঐ অমুক হন্না য়ুম অদুদা খোংদাররোই, কনাগুম্বা অমনা তামো জাতিশ্বরগী সেবা তৌদবা য়ারোই হায়দুনা অকনবা শক্তি শিজিন্নরবা তারবসু ঐগী পুন্সিনা লৈরিবমখৈ অমুক হন্না খোংদাবা হায়বদো লোইরে । ঐবু লান্না লৌবীগনু নুপী অমা ওইরুবগী থৌনা লিংজেল অদুতবু ঐনা লৌজবনি ।

নখোয়গী রুহিনি।

শখিঃ ইবেম্মা বিমোলা নং লাক্লীবরা লাক্লো নচেদি মমান্নবা লাক্কুনা চা-নুং থকমিন্নরগা থিন্দোকপা চৎখিবনি, হল্লক্লনি। চাকসু লোইরবনি চানবা তৌরসি ।

বিমোলাঃ ইমা ঐখোয় ইচেসে করিনো মানা অসুম য়ুমদা লৈরিবা অসিবু চহিংদি য়ামশিল্লক্রনি।

শখিঃ খংদে খংদে ময়ুম-মকে পাল্লরোই মীয়ামগী সেবা তৌদুনা মণিপুরগী য়াইফনবা লৈরনী হায়, নহাক্নদসু "থুমখোংদা মণিপুরদগী নুপা নুপী ময়াম অমা বস অমা য়াইরগা থিজনবা য়েংবা চৎলুবনি ।

বিমোলাঃ থুমখোংনা কৈদৌদৌরিবা, মদুনা য়ারনী হায়ববা ? করিসু কান্নদবা থবক ঙাক্তা তৌদুনা লৈবিবা। "তোম্বীমচা চংলক্লে" বিমোলা নং চাকখুমদা চংলো চাক্তো লোইদি লোইরবনি অদুবু নংনা চানিংবা করিনো অমুক থোংগেরা ঙৌগেবা তৌরো, কংলায়েলগা উচিমনাগা লৈরিবদো তিংথোক্লবনি । নংনা তৌনিংবা মওংদা তৌবো মখোয় অনি অসিদি হকচাংদা উনশাগী থবক ফজনা তৌবনি।

মথং মথং চাকখুমদা চংলক্লুনা চাক চামিন্নরে, নুংঙাইনা চাকলেন্দো মখোয় পুন্না চামিন্নরে।

বিমোলাঃ ইচে নংনা ওর্গনাইজেসনগী নুপা নুপী ময়াম অমা পুদুনা থুমখোং য়েংবা চৎলি হায়বদো করিগীনো ঐসু খংনিংই।

তোম্বীমচাঃ ঐখোয় মণিপুর হায়রিবা লমসে পীক্লবসু পিক্লা থবক অদুম সুবনি, য়েংসনবীদবগী য়ানি থুম থোকফমদো সেমজন শাজল্লুনবা য়েংবা চৎলুবনিদা ।

বিনোলাঃ গাড়ী অমা পিক থন্নি হায় কনা কনানো হায়বনি ?

তোম্বীমচাঃ ঐখোয় ওফিসকী বিমোলা মচা, চন-চন, একাশিনী, চম্পা, পৃয়াশখি, অসিনচিংবা কুকিসু য়াম্না য়াওই, নুপাশিংদি মঙামুক শুই" ।

বিনোলাঃ করি থন্নরক্রে ?

তোম্বীমচাঃ ঐখোয়না থন্নবা হায়নবু, অহানবদা মখোয়না তৌরন্নিবশিংদো য়েংলে, ঐখোয়গী থুম থোকফমদো য়াম্না পাক চাওই, অদুবু ইকোই কোইনা গুহাগী মওংদা কোইশিল্লগা ঈশিংগী মওংদা পিক থল্লি, কল্লিবগী থোকপা লোইবা নাইদে। মখোয়না ঈশিংদো কল্লগা থাংগুম্না পাত্র অমদা লৈরং মথক অদুদা থাংগৎলে অদুগা থুমগী ঈশিংদো হৈরে অদুগা লোল্লি। ঐখোয়না হৌজিক চান্নিবা থুম অদু য়ামদনা থরা থাকচল্লে অদুগা মৈতে থুম ময়াম অমা ওল্লক্লে। মখোয়গী থোংফম থাকফম অদুগী লৈরংদি য়াম্মী অদুনা য়াম্না থুনা থুম ময়াম অমা পুথোকপা ঙম্মী।

বিনোলাঃ ইচে অদুদি ঐখোয়গী পোৎথোক ওইননবা হোৎনবা ফৈ।

ঐখোয় মীওইবগী হিংবদা থুম য়াওদবা য়াদে, থুমসিগী থোনি অসি ঐখোয় মণিপুরদা মতম কুইনগী মমাংদগী থোক্লবনি, মসিগী মফম অসি চাওনা ওফিস অমা শাননবা সরকারগা তান্নদুনা শাগৎনবগী মরমদা থন্নবা করম্না তৌশিগে হায়দুনা হোৎনবদা ঐখোয়গী মাংজবা ওইবোই অফবা নৎতনা।

ঐখোয়না করিগুম্বদসু থৌওইদ্রবদি করম্না চাওখৎপা ওইরক্কদৌরিবা, মীগী লমদদি কোইনা চৎতুনা করি লৈ করি লৈ হায়দুনা কোইনা থীদুনা পুথোক্লবা চাং য়েংই, ঐখোয়গীদি লৈরবা পোৎতো করি অমত্তা থওইনা তৌবীদ্রে, মসি পুম্নমক হৌপ্রবা ঙাইহাক্তনী মতুংদদি য়ারিবমখৈ, থবক তৌগদবা মীওইশিং অদুনা ওফিস অদুদা লৈরগা থবক পুম্নমক মওং তানা মথং মনাও নাইনা তৌবা মতমদা য়াম্না থুনা এক্সপোর্ট তৌবসু য়াগনি, অদু ওইরবদি থুংদা নমদা লৈরিবা ইরমদম মীগী লৈবাক্তা মান্নবদা মতম শাংথররোই থুনা চাওখৎপা থাক্তা লাকপদা অথিংবা

লৈরম্লোই" ঐখোয়গী ওফিসনা মওং তানা থুমখোং অসি শেমগৎলগনী, শিক্লবসু শিক্লা পোখোক অদুম লৈরনি। থিজিনবা ম্রাংপন্দগী করি অমত্তা লৈতবদৌনা থম্লে।

শখিঃ তোম্বীমচা নখোয় ওফিসতুগী সেক্রেটরি, প্রসিদেন্ট অদু য়াম্না ফৈকো মখোয়গী থবক্তো য়াম্না থাগৎনীংঙাইগী মশক্রী।

তোম্বীমচাঃ ইমা মখোয়দি হেক পোকথোক্লকপদগী হৌনা অফবা থবক তৌরগা মানা পোক্লীবা মরমদম অসি শেমগৎনীংবগী ম্রাখল্লোনদো য়াওনা পোক্লকপনিদা।

বিনোলাঃ মাগী থবক থুমখোং য়েংসন্নবা হোৎনরকপদা অদুম তৌসি অদুম তৌসি হায়দুনা পুথোক্লিবা মীওইদো ঐদি খংনিংই।

তোম্বীমচাঃ দিল্লিদা লৈবা মারিয়া মাংতে হায়বা অদুনা মণিপুরগী য়াইফনবা থবক থৌরম ময়াম অমা তৌনবা শিল্লকপনি।

বিনোলাঃ দিল্লিদা পোকপরা?

তোম্বীমচাঃ নৎতেদা মণিপুরগী নোংপোকলোমদা লৈবা লম শগোলমাংদা পোকপনে।

মমা মপাদি য়াম্না ফরমগনি শখিনা হায়রকই মতমদুদা তোম্বীমচানা হায়থরকই - মপাদি এভেঞ্জলিসনী ধর্ম্ম শন্দোকপা য়াম্না ফবনি, মমানা নর্স ওইবনি মীওইবা অবা অনাগী সেবা তৌবনি, অদুনা মচাদো লৈবাক সেম্বগী ম্রাখল খল্লিবনী।

বিমোলাঃ মেরিনা দিল্লিদা লৈরগা থবক তৌ হায়রকপনিনা মণিপুরগী মদুগী প্রসিদেন্ট কনানা ওইবগে?

তোম্বীমচাঃ য়াম্লেম মেঘা হায়বা ব্রাংখৈদগী খরা চৎলগা লৈবা বামোনকম্পু হায়বা লমদুদগীনি। মহাক্না ওর্গনাইজেসন অদুগী প্রসিদেন্টনি ঐখোয় ২০ মুক্না মহাক ওইহনসি, মেঘনা ওইবা ঐখোয় পামজে হায়দুনা ওইহনবনি। মহাক থবক য়াম্না ফজনা তৌবনি মীয়ামগীনি মহাক্কী মীগী মপুক নাগদবা থবক অমত্তা তৌদে, পুম্নমক্কী পেন্নবা তৌই। থবক য়াম্না ফজনা তৌই। মেঘদি তাইবং মী অমগী চপ-চাবা গুন চেল্লি।

বিমোলাঃ ফরে ফরে ইচে নংদি মীয়ামগী কান্নবা অদুম তৌদুনা লৈরোকো, নপুন্সিদো অদুম কৎথোকচরেনে মীয়ামদা"।

তোম্বীমচাঃ বিমোলা নং চৎনবা তৌরো থেংখরে, ইমা বিমোলাগী করি করিনো খরা হাপ্পিবরা? শে বিমোলা সে গাড়ী তোংখিনবা লুপা ১০০ সি পাইশিল্লো।

বিমোলা চৎখ্রগা তোম্বীমচা জাতিশ্বরগী ব্রাখন্দা খন্দুনা মাবু করম তৌরমগদবগে, করম্বা মতমদা মাগা উন্নবা ফংগনি খন্দুনা ফমুংদা হিপথখিরম্মী, ফৈজুপ চীংখৎলম্মী।

জাতিশ্বরনা নোংমা পুং ১০ মুক তাবা মতম অদুব্রাইদা য়ামা অমা তোংলগা থৌদুনা তোম্বীমচাখোয়গী কোম্লোংগী লম্বী অদুদা তপলপ্না তুংলোমদা হন্না হন্না য়েংদুনা থৌখিবদো তোম্বীমচানা উহৌরে, কৌবদি নংহৌদ্রে, থম্মোয়দা তকশি শোন্দুনা য়াম্না নুংঙাইতনা নুমিৎতো লৈহৌই, মসিবু করম্বা ঈশ্বরগী লিলানো? তোম্বীমচা অমদি জাতিশ্বরগী মালেমদা শান্নরিবা লিলাসে অসুক্কী মতিক থম্মোয়শিংনা নুংশিজবা, য়াম্না তোংবদুগী ইংগী অদুদগী তোম্বীমচাগী মমিৎতগী নৌহৌননা মপি শিন্থরক্লি, চৎখিবা মাইকৈ অদুদা য়েংদুনা অব্রা মৈচাক খাংজরি খোয়হি পাম্বা খোইমুনা ঙাওরবা, খোইমুগী ঙংবা খোঞ্জেল তাবদা, অকিবগী

মশক ফংনা ঙংলকপদো অদুদা নৌরিবী লৈরাং কনানা লৈকা ফন্না শাংতোক্লকপা হায়বসে মতম মতমদুগী সেমলকপা ঙাক্তনী। খোয়মুনা করি হায়রি, লৈরাংনা করি তৌরী লৈরাংদি লৈকা ফন্না শাৎচরি, খোয়মুদি ঙং- ঙংদুনা পাইরি । ব্রাহে অমত্তা হায়রমদে । তৎতনা হৌরক্লিবা নুংশি ইচেল অসিবু করম্না থিংবা ঙমগনী। ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈতে। অসিরা নুংশিবা হায়বদো! অতোপ্পা তোঙানবা পুক্সিগী খোঙচৎতো ঙসিদি নকশল্লক্লবা ওইনা থঞ্জল্লক্লে, অদুবু লোইদ্রি তোম্বীমচা ঐগী খোঙচৎ মতম অসিগী তোৰ্ব্বান্দা লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈহৌরীবা অসিনী । য়েংনা য়েংনা অসুম খংহৌদে চংখি, নুংশিবদি উবা ফংই মপাওদি তাবা ফংদে । থম্মোয়শে ওমচাক্লদুনা অদুম লেনবা তারবরা ?" নৈহংপিরবা, নৈথেকপীরবা মতমগী ইচেন্না, নমখাইরবা তোৰ্ব্বান করম্না খাংবা ঙমগনি, খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরক্ত্রবদা লৈশাং তমজরিবী লৈরাং নৌনা লৈমাইথক্তা কেনবরা?

———

# ১৬ শুবা পন্দুপ

শখিঃ ইবেম্মা তোম্বীমচা নমান্নবশিং বিমোলামচাখোয় লাক্লে। তোম্বীমচা মকশিল্লবা মাইথোং লোংশিল্লগা, মকা লাম্না মোমোন নোক্লদুনা ফম্বীয়ু চংবিরকউ হায়না ফিদা থারি ।

বিমোলামচাঃ কৈদৌঙেনো ঐখোয়গী গৌহাটি চংনবা মীতিং অমা তৌনী হায়দো।

একাশিনীঃ অদুনে ঐখোয়না অরেপ্পা তারিক্তো খংবা পাম্মী মরমদি থবক থানা পুম্নমক মথং মথং লোইশন্নবগীদমক্তা ।

তোম্বীমচাঃ ঐখোয় চনচনসে, বিমোলামচানে একাশিনিনে, চম্পা, পৃয়শখিনে ঐখোয়না মীয়াম অমা পুদুনা চংকদৌরিবনি । অদু মীটিংসি হংচিং নোংমাইজিং অসিদা তৌনবা হোংনরসি ওফিসতা তৌশি। য়েংঙোয় নখোয়ননে লাকপা মীওইশিংদা মথং মথং খুঙ্গংগী মীওইশিং লোইনা লাক্লবা হোংনসিকো । মী খরা য়াম্না চংনবা তৌসি হন্দক্কীসিদা, নহালমুক্তী মী ইয়াম য়ামদে। য়ারিবমখৈ মী পুম্নমক জ্ঞান লোইনা তাহনবা ফৈ ।

একাশিনীঃ ইচেম্মা মীশি য়াম্মীবমখৈ অদুম কান্নগদ্রা ?

তোম্বীমচাঃ পঞ্চায়েটী রাজগী মরমদা তৌগদৌরিবনা খুঙ্গং খুঙ্গংদা চংতুনা মণিপুরগী মফম খুদিংমক্তা তম্বী তাকপীরুগদবনীনা মখোয় খরা য়াম্না পুবিবা দবকার ওই । "হোয়নু"সু নং খরা হৌবীরকউ, মহাক্তী

হৌজিক গর্ভনরগী মনিংদা লৈবনি । মহাক্তী মারিয়া মাংতেং" গসু য়াম্না খংনবনি, হোয়নুদো য়াম্না ফবা মীনি, মহাক্না হায়রকই নোংমা মখোযদা মিটিং তৌসি চাকসু চান্নসি মেম্বরশিং অদুগী লোইনা চানবা লাংগে হায়না মেঘগা ঐগা চৎপদা হায়রকই, মাগী ব্বারি অদুনা কোন্না কোনগী তৌবা য়াই, অদু মা গৌহাটিদা ময়াম চৎকদৌরিবা অসি য়াওনবা একাশিনি খরা হৌবীরুচো।

একাশিনীঃ ইচে তোম্বীমচা ঐ হয়েং শোইদনা চৎলুরগে।

তোম্বীমচাঃ মাগী মনাওনুপী রিংবোই কৌবী অমা লৈবনি মহাক্তী থবক অসিগী মরমদা থব্রাই য়াওজগ্রবনি, মনাওনুপীদো ঐখোয়গী ওর্গনাইজেসন অসিগী সেক্রেটরি নুপী ওইবী ওইনা হাপ্পবা হায়দুনা ব্বারেপ লৌনবা লোইরবনী মহাক মশাসু য়াহৌরবনি।

একাশিনীঃ ইচে ফৈ মখোয় থৌনা মরিংজেল লৈবা নুপীনা অসিগুম্বা নোপথরবা ষ্টেট অমগী থবক অসিদা থব্রাই য়াওনা চোংথোরক্কুনা অফবা কয়া তৌগনী, মতেং পাংগনি হায়দুনা মখোয়গী অপাম্বা ফোংদোক্কুনা ইচে তোম্বীমচাগী মতেং পাংগনী খল্লক্লীবসি, মহাক্তো মপুংফারবা মীশক অমনি।

বিমোলামচাঃ ইচে তোম্বীমচা নুমিৎ কয়ানীনো মীটিং অদু তৌদৌরীবদো ।

তোম্বীমচাঃ নুমিৎ হুম্নি খক্তনিদা ঐখোয়দা খংনবা তাকপীরক্কদৌরিবদো। মখোয়না তাকপীরিঙৈ মরক অদুদা খংদবশিং অদু হংবা য়াই অদুম ফজনা হন্না তাক্লক্কনী, অথং অথংবা অতোপ্পা ষ্টেটশিংদগী লাকইবা মীওইশিং অদুনা খংনবা ঙাংথরক্কদৌরিবনি, মওং তাখ্রবনিদা মীগী অহে অশিংশিং অদুদি ।

শখিঃ সে সে ইমানা ইচাশিংগী চা লোনবীরবনী।

একাশিনীঃ ইমা নচা লৌজরগে ইমানা ৱানবা তৌবীরুরিবা অসিবু।

বিমোলামচাঃ ঐখোয় ইমাসিদি চাননবসু ওম্ছোক্লা য়াম্লা পুরক্কে। মখোয় ময়াম চা থকমীন্নরে, ৱা ৱা নোকমীন্নবে, ত্রেনিং চৎমিন্ননবা খন্নরে, নুমিৎ হুমনি লৈক্নগদবা মফম খন্নরে, মফম অদুদা লৈবা চাবা থকপা পুম্ন মক লোইনা মখোয়না খরস তৌজগদবা পুম্বা তান্নরে। ত্রেনিং অদু চৎলুরগা খংজল্লক্লবা মতুংদা মীয়ামদা অমুক মীটিং তৌদুনা খংহন্নবা পুম্নমক লোইনা নৈনবা লোইরে। য়ুম য়ুমদা চৎনবা হৌগৎনরক্কে।

তোম্বীমচাঃ ফরে নখোয় চৎলোকো শোয়দা ঙাযদনা য়ুম য়ুম য়ৌরোকো নখোয় লোইনা অনা-অয়েক য়াওদনা তাং ৬ তদি পুং ৭ দা অৱাং বি.ও.সি.দা থুংলুরাউকো।

শখিঃ ইচাশা নখোয় চৎলব্রা? চৎলো চৎলো নখোয় নচেগা তিন্নরবদি লমদি চৎলনিদা,নচেনা চৎতবা লম লৈত্রবনি। থবক অদুগীনি অদাগীনি হায়দুনা মীয়াম অমা পুদুনা পংচৎতা চৎপনি, করি তৌদৌরিবনো খংদ্রে, ইমাদি ঙাওরে।

হোয়নুঃ ইমা ৱারুরনু ইচে তোম্বীদি মীয়ামগী ফনবত্তা হোৎনদুনা লৈজরবনি। ইমা ৱাবিরুরনু ইচেগীদমক্তদি।

———

# ১৭ শুবা পন্দুপ

জাতিশ্বরঃ ইমা ঐ ঙসিদি চাক চাররোই ইমান্নগী মঙ্গুমদা চারক্লে।

কামিনীঃ করিনো ইমাগী ইবুংঙো নংনা হায়রিবা অসিবো চাক চারোই চারোই হায়দুনতা লৈবসিবো, নঙাংসু নোংমা নোংমগী কংসিল্লক্লে।

জাতিশ্বরঃ খংদেদা ইমা নচাসে ৱারেদা পুলিসে, অৱাবনা পিক থল্লে। ইমানা নুংঙাইহন্নবদি খরা চারগে" চাক চারে মঙাসু নুংঙাইহরে । মশা বাবুদি য়াম্না কম্নদি নাদবা নারি শারি তৌদুনা চাবোই চদবোই তৌদুনা ফমুংদগী হৌগংপদা খরা ৱানা থোক্লে ।

জাতিশ্বরনা চাক চারবা মতুংদা ফমুংলোমদা চংশিন্দুনা তুমস্লে । ফজগ্রবা লৈকোল অদু য়েংলি জাতিশ্বরনা, থাবলসু মপুং ফানা ফবনী, ফজগ্রবা লৈকোল অদুদা মনা পুংলবা উপাল পরেং পরেংসু হৌরি, মরক অদুদা উরি-ৱারিনা উপাল অদু তম্না য়েংকদবগী লাল্লি, নোংজু-পাম্থা য়ৌরকপগী মতুংইন্না অতিয়াগী মকোইদা লৈচিন মতুম মতুমনা পরেং পরেং পাইদুনা শান্নরী ফজগ্রবা থাজদো লৈচিন্না অমুক অমুক কুপসনবা লাক্লরি, তাঞ্জা অসিদা মালংবা কৌবা নামিবদুনা লিরি লিরি শিংলক্লি, ফজগ্রবা মফম অদুদা মমী শামী তৌবা তোম্বীমচা লাক্লে হায়দুনা ফমলম্বা সিরি অদুদগী হৌগংলগা মনাক্তা তপ্না তপ্না চংশিল্লি ।

অসুম অসুম চংথোকখি, লৈকোল অদুদা তোম্বীমচানা নোক্ল নোক্লদুনা তামো তামো হায়না তোইনা তোইনা কৌদুনা কোইচেন

চেন্নম্মী। জাতিস্বরনা কোইত্তান তান্নরম্মী জাতিস্বরগী মমিংতা উরিবা তোম্বীমচাদা ফিজোল লৈতেং অহোংবা লৈতেংলম্মী। সগগী অপসরাগী মওং মান্না মখোং লৈবাক তাদবদৌনা কোইনা পাইরী কোইনা চেন্নী, তীংদা মাংদা চুম্বী য়েংখি য়েংখিবা খুদিংদা মিংফম হোংনিংবগী বাখল মাওন্রবা খোং নৌরবী ইবেম্মা নংতনিকো ঐগী অশেংবা হায়দুনা মনাক নকশান্নি শং হেক লাপথোকখি। জাতিস্বর উপাই লৈতে করম তৌনি, তোম্বীমচা ঐগী নিংবা অসি অমুক্তা থুংহন্নু অমুক্তং য়েংজগে, য়েংজরুগা পেনজগে নংবু লাওরকপদা মংফাওনদুনা মপাবুং বাবুনা হায় ইবুংঙো! ইবুংঙো জাতিস্বর হায়দুনা হৌদোক শীরে । জ্ঞান তারকপা মতমদা ফমুংদা নুংঙাইনা খুরু খুদক কুন্দুনা লৈরন্নে।

শখিঃ হায় হায় ইবুংঙো করিনো নংনা তৌরীবা অদুবু তুমলিবনি হায়দুনা ফজনা তুমগেদি হায়দ্রদুনা খুরু খুদক কুন্দুনা তুন্নিবা অদুবু ফজনা হিপথৌনে নখোংদো তিংথোকউ হায়দুনা হায়রে । ফজনা তুমথরে হায়না মমা ফমুংদা চংশ্ররে ।

জাতিস্বরদো থম্মোয়দগী হৌরকপা তোম্বীমচাবু নুংশিজবা অদুনা লাম্মে চাকপগী মওংদা কনবা ঙমদবমখৈ কন্না চান্নকপনা, কনবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈরে । মতোমতা হায়জরক্লী নুংশিবা হায়বা অসিবু করম্বা অমদি করম হায়না শেমলক্লিবনো হায়দুনা মমিং অনিমক্তা পিরাংনা অরোই অখম নাইদবমখৈ অহিং অদুনা নোংঙানখিবা খংহৌদে ।

বাবুঃ হায় নখোয়বু তারিবরা ! ঐ কোক ঙাওইনে। তাবরা জাতিস্বর অমুক্তা লাওহে ।

জাতিশবিরঃ করি তৌরে বাবা করিসু তৌরোইদা মিং উইসনবীয়ু, খংহৌদে স্বর হোনবা খরা কাইরকপদা মমা মচল কৌসন্নি, লোইনা

চংলক্লগা বাবা কৈদৌরে হায়দুনা মচল প্রমোনা বাবা কৌই, জাতিশ্বর ইনজেক্সন অমা মপাগী পাম্বোমদা কাপশিল্লে ঙাইহাক হম্বৰদৌনা তৌরে, অদুবু মিনিট অনিগী মতুংদা বাবুগী অরোইবা য়াহিপ তানখ্রে ।

শিবা হায়বসে, অদুম মীওইবনা পোকপদগী লোইনদুনা লাক্লবনী পৃথিবীদা অমুক পোকপা অমুক শিবা মসিদি অমত্তা ঙাইবা ঈশ্বর অদুনা শিরক্লবা খুদোললনি। পোক্লবদি শিবা তাবনি, মসি অনৌবা নংতে তাইবংদা খোঙদারুরো অদুগা অমুক হল্লকউ মফমসিদা হায়দুনা থারকপনি ঈশ্বরনা।

কামিনী থম্মোয় কাই, প্রমোদিনী য়াম্বে, জাতিশ্বর হায়ফম খংদনা করি তৌগনি খংদনা মপাগী মমায় অমুক হাংদোক অমুক খুমজন তৌদুনা মিনিট অনিমুক উংদুনা লৈরগা জ্ঞান তারক্লুনা, মীপোং কৌদুনা সংস্কার তৌনবা শেম শাখরে ।

বাবু লাই লৈবাক তানখ্রে, মাইকৈ মরিমত্তগী কপ্পা লাওবগী খোঞ্জেল্লা শুমনিল নিনখরে । তাইবং পানবা অসিদি লৈবদা লৈহেন্ত্রবা লমদমনি মোংফম ঙাক্তনী মরুভুমী লৈকংলানি, কপ্পুনতা-য়াদুনঅ লৈয়ু হায়বা মফমনি। পৃথিবী অসিদা মোংফম নংতবা মফম কদাইদা লৈ, পৃথিবী অসিদা মোংফম ঙাইহাক্তনী । অদুবু খাংখি মখোয়গুম্বা অরা-অনাতনা থল্লবা তাইবংসিদা ঐখোয়তগী নংতেকো অরাবসে হায়না খন্দুনা কপ্পা লাওবা তোকখোক্তুনা বাবুগী অরোইবা খোঙচংকী থৌদোক পুম্বা লোইনা মখৌ পাংথোকখরে। বাবুদি মহাক্কী নুপী নুংশিবা ইম্বোকপিরম্লে, মতম পুম্বদা জাতিশ্বরগীতা খ দুনা মহাক্কীদমক্তা যুম্বাল কৈবালগী মরমদা খুদোংচাবা পীদুনা হোংনজরম্বদো নুংশিরবা জাতিশ্বর থাদোক্লমদুনা চংখ্রেদো ঙসিদি মচানুপী অতোনবী অদুবু থাদোক্তুনা । অসিনি তাইবংপাল হায়বসে । নুংশিব্রবপোংনি ঙাইহাক লৈরম্বনি তাইবংগী মপুগী সিঙ্খা মতুংইন্না অমুক মপু মনাক অমুক হল্লক্তবা

য়াদবনীনা ইনবা তাবনি। ঈশ্বরগী য়াথং হিজোকপা য়াদে। ঈশ্বরগী য়াথং অদুবু অমত্তা হিজোত্তনা ইনবা ওন্নবা মীওই অদুতনি পৃথিবীদা মীকোক থোংবা ওন্নিবসি। মপু মহাক্তবু থাজরবদি পুন্সি মহে য়ানবা ফংলবনি।

জাতিশ্বরনা মপাগী থবক থৌরম তৌবা পুম্নমক লোইরে। মানা তৌজবা পুম্বা লোইরে, ঈশ্বরগী মফমদা মপাগী কংকদবা পুম্নমক লোইরে। মপাগী লমন তোক্ত্রে লোইরে হায়না খল্লে।

প্রমোদিনীনা তামো পোষ্টগী চিঠি অমা থুংলরে, তামোগী মরুপশিং ডাক্তর তম্মীন্নখিবা অদুনা থারকপা ওইরমগনি হায়দুনা পাউ তম্মী জাতিশ্বরসু হায়রিবদু অদুম খল্লি। চিঠি সেতোকই লৌথোকই পাবা হৌই, উংই মানা উরিবা অকোইবা অদু পুম্নমক মমখি সেকেন্দ অমরোমদা, মথংদা ভ্রান তারকই, মচনদা হায়রকই, মানি নানি ইমান্নবনা থারকপা চিঠিনী।

চিঠি—

করম তৌবীরীবগে নুংঙাইতে বাবা লৈখিদবদো, ঐদি য়ুমদা অদুম কপ্তুনা লৈ। কনাদসু লাঞ্জদবা মীশকনী, মাগী মতমদো য়ৌরকপদগী চংখ্রেদো ঈশ্বরগী নাক্তা। থোইনা ৱাবিরুনু ঐখোয়না থিংবা ঙম্বা হৌনদে। মীওইবগী মতমসি লোইশিল্লক্লবদা কনানা থিংবা ঙমগনি। মতম মতমগী লিলানি অদুবু হায়রিবা ঐসে অদুম নুংঙাইতবা পোকই, অদুবু থৌশাদবনী খল্লি ৱারৌবীবা য়াদে।

নোংমা পুং ১২ মুক তাশিল্লক্লবা মতমদা আর.এম.সি.দগী য়ুম পাংনা গাড়ী থৌরকপা মতমদুদা নিরমলা হোটেলদগী নুপা অনিখক্তা তোম্বীমচাগী মমান্নবা অমগা কুমথরকবা ঐনা উরে ঐগা ফনা য়াম্না নকসন্ননা উবনি, ঐনা গাড়ী থামগে তৌবনী, মখোয়নসু ঐবু সোইদনা উরমগনি খল্লি, অদুবু ঐবু উদবদৌনা অদুম চংখি। নির্মলা হোটেলদগী খরা চংলগা কোনার

অমদা লৈবা অচৌবা হোটেল অদুদা চংখি। ঐসু চংলে, উন্নবদি উন্নদে মখোয়না মথক থংবা কারোমদা চংখিবদৌনা ঐনা খল্লি, ঐনা অমরোমদা, চাগী গ্লাস অমা থক্লগা খোরক্লে, মখোয়বু ঙাইদুনা গাড়ী মনাক্তা হুনগং-হুন্দা চংতুনা লৈ । মতম খরা কুইনা হুনগং-হুন্দা চংতুনা লৈবা অদুদা ঐনা মাই ওল্হোক্লুনা চংখিবা মতমদুদা মখোয় থোকখিরম্বা য়াই লাপ্লা উবগুম তৌই । অদুগা নিরমলা হোটেল মনাক্তা থারিবা কার অদুদা তোংখংখরে, থৌখরে । ঐনা অসুম খনবদা মখোয়গী সেক্রেটরি অমদি প্রসিদেন্ট অদু ওইরমগনি হায়না খল্লি । তোম্বীমচাগী মমান্নবী অদুনা কলেজগী ওজা ওইবী মখোয় ওর্গনাইজেসন অদুগী নুপী অইংগী প্রসিদেন্ট অদু মাল্লি । অদুবু করি অমত্তা হায়বা নংহৌদনা গাড়ী থৌদুনা মখা পাংনা চংখরে । ঐসু ইশাগী গাড়ী অদু থৌরগা ওফিসলোমদা থৌরে। ঐনা খল্লি তোম্বীমচাখোয়গী ওফিসতি নিরমলা হোটেলদনী ।

জাতিশ্বরনা করিনো ঐনা তৌরীবা অসিবু ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবনী, ঐনা তৌজবা পুম্নমক লোইনা অমংবা নোংগুম ওইরে তাদি তারক্তবা অদুম মংদুনা অদুম লৈরীঙৈদো নর্স নুপী তনৌরিবী জাতিশ্বরবু মতম পুন্বদা মিতাদুনা লৈজরীবী প্রানেশ্বরী কৌবী অদুনা ওজা পেসেন্ট অমা লাক্লে, জাতিশ্বরনা ফুক হৌগৎলগা অনাবা লায়েংবগী কাদুদা চংই লায়েংবা হৌই । খুৎলাই থাদুনা য়েংবা মতমদা ব্রাখল নুংঙাইতদুনা নাবা লায়না ওইরম্লে । হিদাক লাংথক চাগদবশিং ইবিরে ভিটামিনগা লোয়ননা অদুগা ইবেম্মা ব্রাখল নুংঙাইথোকউ, অব্রাবা থোইনা খল্লুনু, খরা খরা শিন্নরি ফজ-ফজবা য়েংবিয়ু, হিদাক অসি নম্বর ১ গীসিনা চাক চাবা তোক্লগা চাবিয়ু, সেকেন্দগীসিনা তুল্লমদায়দা চাবিয়ু, মরাইনা ফজত্রনী হায়না থাদোরক্লে। রিক্সো তোংলগা হল্লক্লে। ময়ুমদা ঙাইহাক পোখারে। চিঠি অমা ইরে ... ।

## চিঠি

ঐগী পুক্সিদা ঙকইকো নংসে। নংগীদমক্তনীকো ঐনা ৱানা লেল্লিবা পুক্সিসে অদুবু কনামত্তনা খংবীবা লৈতনা অসুম লোইখিবা তারবা? লোইসনখিবা তারবসু ঐগী নুংশিবদি তোপ তোপ্না মুৎপা নাইদনা লৈহৌরগনিদো, ঐনা ফোংদোকপা ঙমদনা নংবু নুংশিবদো অদুম লৈরবসু, ফোংদোক্তবা নুংশিবা অদো নুংশিদে হায়না লৌবা য়াবরা? নোংম নোংমগী মৈচাক হেল্লকই খাংবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈশল্লক্তরে। নংবু নুংশিবনা হৌজিক মৈরিথোক্লা মৈচাক হেনগংলক্লে, মৈরি অসি মুখৎপিনবা কনা লৈরোই তাইবংদা নহাক নংতনা। মতম কুইনদগী নুংশিজরক্লবা, নুংশিবা করিনো হায়বা খংদ্রিঙৈদগী হৌনা নংতবু মুন্না-মুন্না য়েংদুনা অয়ুক নুংথিল খাক্তনা লৈজরক্লীবা নংগী তামোনিকো ইবেম্মা, অদুবু নুংশিবী নংনা ঐঙোন্দা অমুক্তা য়েংবীরক্লরোইদরা, অমুক্তদি হন্না য়েংথরিবকউকো চান্নবি, নংগী নুংশিবা ৱাহৈ-ৱাতা নুংশিবদো অদুতবু মথং মনাউ নাইনা থম্মোয়গী কাচিন্দা থুপচন্দুনা পৈদুনা লৈরেনে নুংশিবী। মতম অসিমক্তদা নংগা ঐগা ৱারি অমত্তং শান্নবা ফংজরবদি নুংঙাইবদো ঐগী অয়ৌবী ওইগনি, খঞ্জরুবা ৱাখল পুম্মমক অরেম্বদো মংলান পাউজেনবা ওইনা থোকহনবীগনুকো চান্নবী। অশেংবা ঐনা নংবু নুংশিবদো কনানসু খংবী উবীদনা লৈখিবা তারবসু ঐগী থম্মোয়না তোম্বীমচাবু নুংশিবদি পৃথিবীনা লৈরিবমখৈ অদুম লেংদনা লৈরে হায়না নংনা কাওদবা ওইয়ুকো চান্নবী। পীগে হায়দুনা চিঠিদো পুরগা চৎলি, উন্নবা ফংদে তোম্বীমচাগা ওফিসতা মানা লৈরমগদবা মফমদো চৎলি, চৎথোকখিবা মতাং হেক্তা থোকই, নোংমসু অয়ুক অঙনবদা তোম্বীমচাখোয়গী মাগুবকী মনাক লাইশং মনিংগী অদুদা চংলকই, মহাকপু ঙাইদুনা মতম কুইনা লৈরুরে মহাক্তী থোরকপা লৈতে। নোংমনা গোর্ভাধোনগী উ পরেং শানা হৌরিবা মফম

অদুদা অমুক চংদুনা হায়রগ খোরকপরা য়েংদুনা ঙাইদুনা লৈরুই মদুদসু খোরকপা লৈতে নুংশিবীদো, থম্মোয় লাংতক্লে, মিহুল দং দং চোংলকই, অঙাংমচাসু নংত্তবনিনা ডা: অমা ওইদুনা মীওইবগী সেবা তৌদুনা লৈরিবনি, মীনসু থাক অৱাংবদা থম্নীরিবনি, অদুবু নুংশিবা হায়বা সংসার অসিদি অঙকপা সংসার অমনি, কনানবু মাবু থিংগদৌরিবীনো । চিঠি অসিমতা পীগে হায়দুনা ঙাইরকপা অসি চহি কুমজা কয়া ফারক্লে । নুশি চিঠি অদু মনসল্লক্লে, অমুক শিন্দোকত্রবদি য়াররোই পীবা ইকাইরে । মতম কুইনা অতোপ্পা ৱাখল খক্তং নৈনদুনা লৈবা, খুদোংচাবা ফংদবা অদুনা ঙসিদি চিঠি অদু জাতিশ্বরগী ফুরিং খাওদা অদুম মী উখিগনি, মী উখ্রবদি য়াররোই খঞ্জনদুনা লিংলিবা ফুরিংখাও খুদিংগী মনুংদা অদুম মখুংনা মমাই খুমজিন্দুনা লোংতুনা লৈখরে । মাগী পুন্সিগী ওইনা ফুরিংখাওদা অদুম পুন্সি লোইদ্রিবা ফাওবা য়াতাদুনা লৈখরে । তোপ্নীমচানা উন্নগে চংলি উন্নবা ফংদে, জাতিশ্বরনা উন্নগে চংলি খুদোংচাবা ফংদে, চখোকখিবা লৈরমদবা থোকই ।

অসুম্না থম্মোয়দদি অনিমক নুংশি মমিনা তারকপা নুমিংতগী অমনা অমবু থম্মোয়দা চেজেংনা কোন্দুনা থমজিল্লী । অমনা অমগী ৱাখলদা তাইবংদা হিংলি । অমনসু অমগী ৱাখন্দা তাইবংদা হিংনরি, কনানসু মুথংপা ঙম্নরোই । অদুবু উন্নদুনা ৱারি ৱাতাই শানবদি ফংখিদে চহি কুমজা কয়া হৌখরে । উন্নদবদি নংতে মফম অমদা হেক থেংনৈ থবক্তি অচিনবা ঙাক্তনীনা ৱারেপ্লবা য়াদে নুংশিবদো অসিরা ?

———

# ১৮ শুবা পন্দুপ

তোম্বীমচাঃ ইমা ঐ য়াম্লা ব্বারে।

শখিঃ কৈদৌরবগে ইমাগী ইবেম্মা।

ঐ হৌজিক দিল্লিদা চৎপা তারে তোম্বীমচানা হায়রকই। শখি করিনোনে হায়রিবা অদুবু হয়েং হংচিৎনী হায়বা ওইরবদি ফৈ গুসি হায়রিসিবো পুং কয়ানোনে, নখোয়গী থবক অসিদি ওস্থোকপনিদকো, মীনা পুবা থাংবা ওস্থপোৎ নত্তেকো।

তোম্বীমচাঃ ওরাংবুদি ঐখোয় তান্নবনি অদুদা তৌগদৌরিবা ফঙ্কসনদো হয়েং ওইরম্লে, অদু অসি প্রসিদেন্টনা ফোন তৌরকপদা গুসি পুং ২ দা প্লেন তোংবা তারে হায়রকপনীদা করি অমত্তা ব্বারুনু ইমা, হয়েং ফঙ্কসন অদু য়াওরুরগা হংচিং হেক্তা অমুক পাইরকনীদা।

শখিঃ অদুদি ইমা চাক খোংলুরগে নং থবক লোইসল্লমলো।

তোম্বীমচাঃ ফরে ইমা।

শখিঃ ইবেম্মা চাক লোইরে লাক্লো চাররো।

ইন্দ্রঃ ইবেম্ম নমানা হায়রিবা অসি চুম্বরা নং হৌজিক চৎকদৌরীবরা?

তোম্বীমচাঃ চুম্মী পাবুং।

ইন্দ্রঃ নখোয় ওফিসকী থবক অসিদি ওস্থোক্লা য়ামখ্রেদকো।

হায় মমা নংবু তারিবরা অঙাংগী থবক ময়াম লোইনবীরববা ?

শখিঃ লোইরে লোইরে, রাবীরন্নুদা মখোয় ওফিসকী গাড়ী লাক্লগা লৌরনি হায়বনি এলোদ্রোম ফাওবা থীনগনি। তোম্বীমচানা মফি মরোল লোইসল্লে চৎননবা গাড়ী ঙাইহিরি।

জাতিশ্বরগী ফোটো অদু মুন্না য়েংলদুনা মুরুম মুরুম শোল্লকই তামো পুন্সি অসি অকনবা লানফমনী হায়রবা হন্দক্কী খংলে মতম পুম্নমক্তা নংগীতা খঙ্গদুনা অসুক কুইবা মতম অসি লেল্লকপনিদকো ইমা ইপাগী মফমদা নুমিৎ চুপ্পগী তাইনদুনা নিঙাইদনা লেল্লকপনি করম্বা মতমদা তামোগী সেবা তৌবা ফংগদগে ? অমুক্তদি সেবা তৌহনবীয়ুকো হায়রগা বেগ মনুংদা হাপচনম্রে অমুকসু লৌথোকই, পুন্সিগী অহানবমক্তদা অপাম নুংশি তৌবগী লানফমদা তাওথহনখিবনিকে। তামো নংনা, ঐগী থম্মোয়গী থুপলবা কাচিন্দা মতম পুম্বদা লোৎতুনা থমজবনীকো হৌজিক্তী ঐগী নুংশি ইচেল হেনগৎলে চেম্ব্রেদো, অদুবু ঐগী পুন্সিনা লৈরিবমখৈ তামো নংবুদি থাদোকপা ঙম্লোইকো ফোটোদো বেগ মনুংদা অমুক হাপচনম্রে।

শখিঃ তোম্বীমচা নখোয় ওফিসার লাক্লদ্রা ?

তোম্বীমচাঃ পুং খরা রাৎলি পুং অমমুক লৈববদি লাক্লনি।

"বিমোলা লাকই মচে দিল্লিদা চৎকনী হায়বদো ঙসিবা হায়দুনা" শখিঃ মনিগী গাড়ী লাক্কনী হায়দুনা ঙাইহিরিবনী বিমোলা।

বিমোলাঃ চৎলুরো ইচে কয়াম কুইরক্কনী ?

তোম্বীমচাঃ পংকুই কুইরোইদা থুনা লাক্কনী মারিয়া মাংতেনা থবক পুম্নমক শিন্দুনা লৈরম্লনি। ঐখোয়দি অদু ঐখোয় ওর্গনাইজেসনগী মী

খরা চৎতবা য়াদদুনা চৎকদৌরিবনি। মারিয়া মাংতদো ঐখোয় হুন্দক্কী খোঙচৎ অসি চৎলুরগা থবক পুম্নমক লোইশল্লল্লগা, ঐখোয় খোঙচৎ অসিনা ইম্ফাললোমদা লাক্লবনি। মারি মাংতেংনা ইউ.এন.ও.দা চৎখ্রনী।

বিমোলাঃ ইচে হয়েং নখোয়না খোরক্লগা মণিপুরদা চাওখৎ থৌরম কয়া তৌদৌরিবদো বেগপু শারে ফিবু শারে তৌগদৌরিবদো ঐসু হুন্দক্কী য়াওগেকো।

তোম্বীমচাঃ নংসু চৎলবদি ফগদবনীদো, মীয়াম অমা চৎলিবসে ট্রেনিংনি, মীনা তৌরীবা ময়াম অমা য়েংদুনা হৈনবা তম্লক্কদৌরীবনি।

বিমোলাঃ মদু ইচে মথংগীদা চৎপা য়াওরগে।

ইচে তোম্বীমচা থ্রি দেজ ট্রেনর্স ট্রেনিং ওন পঞ্চায়েটগী গৌহাটিদা চৎলুবদো অদুগী মরমদা খরা শল্লনা হায়বীরকউ ঐ খংনিংই ” ।

তোম্বীমচাঃ মণিপুরদা ট্রাইবেল বেলফেয়র সোসাইটিসিনা তৌখিবা এক্তিভিটিশিংগী মরমদা মীয়ামদা খংহনবগীদমক্তনী ।

বিমোলাঃ মদুদা করি করি কান্নবা পিনবা তৌরীবনো ?

তোম্বীমচাঃ অদুবুরা ইবেম্মা মীওইবগী দরকার ওইবা পোৎলমশিং লৈজদবশিং অদুদা সোসাইটি অসিনা রিলিব রার্কস তৌদুনা নিদি পিপলশিংদো শেৎননবা ফিরোল চান্নবা ফিরোল অসিনচিংবা পিদুনা হিংনবা লম্বী পীবীবনিদা ।

বিমোলাঃ ইচে তোম্বীমচা অদুগা মখোয় মীয়ামগী শেম্হোক লম্বীদি তাকলক্তবা ।

তোম্বীমচাঃ মখোয়গী শেম্বোক লম্বী লৈননবা ভোকেসনেল ট্রেনিংগী অমসুং ফোর্মেল এজুকেসন অমদি লিগেল এৱার্দ প্রোগ্রামসু পী।

বিমোলাঃ ইচে তোম্বীমচা মদুদি য়াম্না নুংঙাইবা ট্রেনিংনিদা, অদু ইচেখোয়না মদু খুঙ্গংশিংদা চৎলগা করম্না তাকপিবশিং অদু তানিংই।

তোম্বীমচাঃ অদুবুরা ট্রেনিং তৌবা অদু চৎলুরবা মতুং খুঙ্গং খুঙ্গংদা চৎলগা করম্না ইনকম লাক্কনী হায়াবনচিংবা থন্ন-নৈনদুনা থবক থৌরম কয়া তান্না খোংনখি।

বিমোলাঃ পৈশা লাক্লবদি করম্না তৌগনি।

তোম্বীমচাঃ অদুবুরা এন.জি.ও. লিংখৎতুনা মীওইবগী হকপু কন্ননবা থবক থৌরম কয়াময়ুম তৌনবা হায়দুনা সোসাইটি অসিনা হোৎনখি।

বিমোলাঃ ইচে তোম্বীমচা নংনা চৎলুবা ট্রেনিং চৎলুবদো মীওই ২০ মুক অদু করম্না লৈরকই, কদায়না থুংই, করি তৌরকই, নুমিৎ কয়ানি চৎপনো খংনিংই।

তোম্বীমচাঃ তাং ২৭ দগী তাং ২৯ দিসেম্বর ২০০০ দনি মফমদি গৌরি সাদাম, গৌহাটি অসাম দনি ওর্গনাইজ বাই টি.দব্লীয়ু.এস ন্যু দিল্লি, নেটৱার্ক গৌহাটি অমসুং রিজার্ব গৌহাটি, মসিগী ট্রেনিং অসিদা শরুক য়ারুবনি। ২৯ দগী ২৯ দা মখোয়না ব্রিকফাষ্ট অমসুং দিনর পি। ট্রেনিং খুদিংমক্তা অয়ুক্তা নুংথিলদা চাক য়াওই অসিদি য়াম্না কায়ে। পোৱার টু দি পিপল হায়বা অসিগী মরমদা ফজনা, এৱারনে ওইহল্লী ৎ জষ্টিস, লিভরটি, ইকালিটি গী মরমদগী ট্রেনিশিংবু জ্ঞান তাহল্লী।

গাড়ী লাক্লে। চংকদৌরিবা ট্রেনিং তৌরকদৌরীবা মীওই লোইনা সুনা লাক্লে, গাড়ীদো থাম্বগা মেঘা, বিমোলামচাগা কুমথরকুনা তোম্বী মচাগী পোংচৈ অদু গাড়ীদা হাপথংখরে। তোম্বীমচাসু তোংখংকদৌবগী মভাংদা ইমা, পাবুং বিমোলা, ঐ চংলুখিগেকো হায়দুনা মমা মপাবু খুরুম্লে, বিমোলাদা লুপা ১০০ পীসে নংগী ভারা ওইয়ুসে । গাড়ী কাখংখরে তোম্বীমচা, দিল্লিগী খোঙচং থৌবা হৌখরে ।

মেঘাঃ হন্দক্কী দিল্লিদা প্রাইম মিনিষ্টরগা উন্নরক্কনী, হন্দক্কী খোঙচংতি অয়ৌবীনী, নখোয় ময়াম মন্ত্রি উন্নবা লোইনা চংগদবনীকো।

তোম্বীমচাঃ তৌসি হায়রবদি ঙম্নবা তৌবা তাই হন্দক্কী খোঙচং অসিদা মন্ত্রিনা সোই তৌরক্কবদি য়াম্না নুংঙাইরনি, ঐখোয় লোয়না মণিপূরদা অচৌবা ওফিস অমা শারনী, মী পুম্নমক লোইনা থবক ইনখাং অমমম চংবা ওস্লনিকো । অদুদি ঐখোয় নোপথরীবা ইমা লৈবাক অসি থরমখৈ নুংঙাইনা লৈবা ফংলনিকো ।

মেঘাঃ নখোয় অমত্তা না-য়েক্কনু মণিপুর অসি অমুক্তা নুংঙাইহনখিসি, ঐখোয়সু য়াওগদৌরিবনি ।

দিল্লি য়ৌরে য়াসপ সারায়দা ঐখোয় লোইনা থুংলরে, মফম অদুদা মারিয়া মাংতেসু লৈরম্লে, য়াম্না নুংঙাইরে নোংঙাল্লগা থবক হৌরে। ভান অমা তোংলগা থবক পুম্নমক থুংনবা চংথরে, উন্নবা য়াবা অচৌ অশাং থবক অসিগা মরি-লৈনবা পুম্বা উন্নরে, মারিয়া মাংতেনা লুচিংলগা ঐখোয় মীয়াম্নু ইন্দ্রোদ্যুস তৌরে বাহং পাওখুম তৌনরে । ঐখোয় মীয়াম্না মণিপুরদা তৌগদৌরিবা চাওখং থৌরম পুম্বা ঙাংনরে, ওফিসনা তৌগদবা পুম্নমক লোইনা তাকপী তম্বীরে, মীপুম খুদিংনা থবাই য়াওনা তম্বনিনা লোইনা সকসেস ওইরে। ঐখোয়না থুংলুরিবা মফম অদুদা ফিশানবা উগী ফিসাকোল,

ফি হৌনবা মেচিনগী, লংচাক চাক্লবা তরেং। ফি হৌগ্রাক মশিং অমত্তা ঝাংতনা লৈরমদুনা পুন্নমক লোইনা তম্বীরে হৈহল্লক্লে । মওং মওংগী ফি শাবা লোইবা মচু-মচু লোনবা খুংনা মওং তাবা ফিরোল ময়াম অমা লৈরিবদো লোইনা তম্বীরক্লে । ঐখোয়না খুংশা হৈবগী মরমদা এমব্রোইদরি লোল্লগা পুথোক্লক্লিবা ময়াম অমদো কয়াদা ফজখ্রবা হায়বদো য়েংবদা হায়নিংঙাই লৈতনা ফজবদো করম্না শিংথানগনি । ঐখোয়দা তম্বীরীবা খুংলোনশিংদোগা মান্নবা অরোইবা ফি ময়াম অমদু য়েংবদা অঙকপা ফংনা ফজে ।

একাশিনীঃ ইচে তোম্বীমচা অসি কয়া পীবগে হংলগা মবি মঙাদং লৈখিবা য়ারোইদরা ?

তোম্বীমচাঃ করিগী য়াদনী লৈখ্রগা লোইরে।

বিমোলামচাঃ ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইবা নুমিৎনী ঐখোয়না ট্রেনিং তৌবা লাক্লীবসে।

চনচনঃ হাপ থাবে, অসোমদা চান-থক্লবা তৌরসি হায়না হায়রক্লে। ময়াম থোক্লসি চা নুং থকলুবসি।

চম্পাঃ ইচে তোম্বীমচা গাড়ী লাক্লে ঐখোয় ঙসি কোইরগা মফম মফম য়েংবা চৎকনী হায়বদো ঐখোয়গী জ্ঞান লৌশিং ওইনবনিকো।

মেঘাঃ চৎসি চৎসি লাকও নখোয় লোইরবা ? মথং মথং কাখৎপিরো।

মণিপুরগী খোঙচৎ অসিদি হুন্দক্তী ট্রেন্দ্রা চৎলসিকো মেঘানা হাইরকই ফরে ফবে মদুনা ফরনী হায়দুনা ট্রেন টিকেট কক্লে, ট্রেনগী খোঙচৎ চৎলক্লে ।

শক্তিবুগী চৈরাওবা মতম য়ৌশিল্লকপদা জাতিশ্বরগী মমা ইবেম্মা কামিনীনা মচানুপাদা হায়রকই ইবুংঙো জাতিশ্বর নংগী মমাগা নচেগদা

ফি থিল্লুচো, চৈরাওবা মতম য়ৌরক্লে, ইমাদি চৎকে খনবনি অদুবু হকচাং অসি খরা নুংঙাইতে । ইমা ফিদু য়েংগেনে করি করিনো, মমানা ফি পুথোক্লগা মচাদা তিংথোক্লগা য়েংহল্লে । নং মাম্মগীনা মোইরাংফি চনবা খুঁদে অসি পীরো, অদুগা ননে কৈন্যাহনবীগীনা অসিনা পক্কনী হায়দুনা ইমানা হংগাম মপাল মচুগী অঙাংবনা মোইরাং ফিজন ওইবা অসি লৈরকপনি । সে নং থিন্দোকউরো নচন প্রমোদিনী মনিংদা নপহল্লো মাসু মনেখোয় খুরুমজনবা প্রমোদিনীনা ফরে ঐসু লাক্লগে হায়দুনা মফি মরোল মওং তানা হোংদোক্লগা থোরক্লে, মাগী তামো জাতিশ্বরগী গাড়ী মনিংদা তোংখৎখরে ।

কৈন্যাহম্বীঃ হৈমা ইবুংঙো প্রমো নখোয় অনি লাক্লীবরা ? করিনো নখোয়না য়োমদুনা পুরক্লীবদো ?

প্রমোদিনীঃ ইনেবেম্মা মাম্মোদি ?

কৈন্যাহম্বীঃ নখোয় মাম্মোদো বাজার ফাওবদা চৎলুগে হায়দুনা চৎখি, লাক্লনী ঙাইহাক ঙাইরসি লাক্লো। ইবুংঙো লাক্লো ফমসি চা লোল্লুখিগে।

জাতিশ্বরঃ মাম্মো লাক্লে।

ভৈগোঃ জাতিশ্বর লাক্লীবরা, হৈমা প্রমোসু লাকইনে নবান্নী লাকপসে ফরে, ঐ অমুক্তা উন্ননিংদুনা লৈরিবনী, নখোয়দা লাক্লে তৌরল্লিবনী।

প্রমোদিনীঃ মাম্মো ইমানা তামোগনে চৎলগা মামোগা ইনেগা খুরুমলুচো বর নিরুচো চৈরাওবগী হায়দুনা ফি থিনবা লাক্লিবনী, মামোগা ইনেবেম্মগা লৈবিরো ঐখোয় খুরুমজরগে ।

পরেং ফমদুনা লৈরিবা অদুদা ফি অদু পুথোক্লগা মমাংদা থল্লগা মামোদা অমুক হল্লা খুরুম্লে, মথংদা অমুক মনেদা খুরুম্লে মনেগা মাম্মগা অনিনা বর পীরক্লে ।

ভৈগোঃ জাতিশ্বর মৌ রুহিনীদো অমুক কৌরুবদা করি অকাইবা লৈবগে?

জাতিশ্বর তুমিন্না মরু লুকথদুনা লৈ, অদুগা তপ্লা খুল্লকই- "মাম্ম ঐগী পুল্লিনা লৈরিবমখৈ মাবু কৌরুবা হায়বদো করিসু কাইদে অদুবু"।

ভৈগোঃ হায়রকউনে মখা তাগেনে, তান্নবা য়াবমখৈ তান্নসি।

জাতিশ্বরঃ রুহীনীদো য়াম্না থৌনা লৈবী নুপী অমনি, মহাক্তী লাইরেম্বীনি, মীওইনা পোকপদুদা মী ওইরবোই নিংবনী মহাক্তী থাংগৈশেংনা লাইপোক্লী, মাবু ঐনা লৌবা ইতিক নংতে মাম্ম।

কৈন্যাহন্বীঃ ফরে ফরে কমদৌনী ঈশ্বরগী নোংদম হায়বদুনী, অফবা ফংতবা পুম্নমক ঈশ্বর মহাক্কী থৌজাল ওাইহাক্তনী, ইবুংঙো মহাক্তী পুম্ন মক লোইনা উরিবনি ।

প্রমোদিনীঃ তামো ঐখোয় চংনবা তৌরসি।

জাতিশ্বরঃ অং চংলসি।

কৈন্যাহন্বীঃ ফরে ফরে চংলো কোমলা অসি পুথোসে, ইচেগা ইবাইগা চাননবা, ফরে ঐখোয় চংলসি জাতিশ্বরনা গাড়ী ইষ্টোকই ইস্তাং তৌই প্রমোদিনী মবুংগী গাড়ী মনিংদা কাখংলি বাই বাই হায়নরগা গাড়ী চাং অমদা য়ুম তান্না থৌরকই । খুরাইদগী খুয়াথোং তান্না থৌরকপদো পংকুই কুইদে, অদুম লেপ্তনা থৌরকপনিনা থুনা য়ৌরকই । ইমা ইমা হায়না কৌরকই, মমানা নখোয় লাক্লত্রা হায়না কৌরম্মী । ইমা ববা লৈতবা

অসিদি নুংঙাইতে, চৈরাওবা মতম য়ৌরকপসিদা থম্মোয় অসি তনিক তনিকই।

ভৈগোঃ নং ববাদো মথব্রাই নুংঙাইতদুনা ঙন্না চৎস্রবনি, মা হৌজিক লৈজরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইগনি, নিংঙমলক্তেদা । ফরে ফরে চৎলো কৈদৌনী ঈশ্বরগী লিলানি ঐখোয়না খংবা ঙম্বা নৎতে ।

জাতিশ্বর অহিং অমা তুম্বা য়াদদুনা তোম্বীমচাগী ব্রাখন্দা উংদুনা তাওদুনা লৈরি । মমিৎ অদু উইসনলুবদা তোম্বীমচাদুতা উদুনা লৈরে, উইসনবা য়াদ্রে । ঐনা মহাক্কবু অদুম মিতাদুনা মতম অসি লেপ্লক্লে । ইথন্তা ইকাইবা অমা পোক্লক্লে । শাংগ্রবা অহিং অদো, কয়াদা ব্রানা খাংলক্লিবা, জাতিশ্বরদি ইচম চমজবা মীশক অমনি, তুম্বা য়াদদুনা অহিং পুং কয়া তারবগে য়েংলুবদা পুং ৩ তারম্লে, কান্নদে নোংঙানগদৌরে, হৌগৎলগে হায়দুনা হৌগৎলে। তোম্বীমচা মখোয়গী মমাংদা পিক্তক তৌবা পুম্ব্রি অমা লৈশু কয়া পরেং শানা পুম্ব্রিগী অকোইবদা হৌরম্মী । লৈ অদুগী মখোংদা তুমীন্না ফমলদুনা মতম ঙাইহাক লৈরম্মী । হৌরিবা হৈরাং লৈরাংশিংগী মরক্তগী হুমলকপা হৈনম লৈনম চুরবা মালংনা লিরি লিরি হুমজিল্লক্লি, পোখাফম খংদদুনা ব্রানা খাংলি । ঐগী থম্মোয়গী মবেম্মা তোম্বীমচা ঐঙোন্দগী নাম্থোকখিবা তারবদি কমদৌবা হায়দুনা মুরুম মুরুম শোনলি । মতমগী থৌদোক থোকখিবা থৌদোকশিংদো নিংশিংলকই । খংহৌদনা অয়েংপা থৌদোক ময়াম অমা খংহৌদনা থোকখিবদো, অসিরা পুন্সি হায়বদো ? অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু তোম্বীমচা উন্নদবা শুকয়া য়াদে। ফুমদুনা লৈবা মতম নৎত্রে, থেংমল্লে। নোংঙানফুং ঙানফুং তৌরক্লে, চীংখৈ ফিদুপ ওল্লক্লে, ঙঙান্নরবা মচুনা নোংপোক মাইকৈদা ফাওগৎলক্লে, য়েংবদা পুক্লীং হুরে । ফমলম্বদগী জাতিশ্বর হৌগৎলে, খল্লে তোম্বীমচা উন্নরুগে লাক্লে চংলক্লে কোম্থোং

মপা য়ৌরে, মমলম্বদগী পুমঙান ঙাম্ভোরক্লে, অদুবু মখোয়গী ইংখোল মনুংদদি মী লৈবা উদে, মীচিক মীরাও তাখিদে অদুবু হৌজিক্তা ধুপ থারম্বগী মৈখুদি অদুম কারি, মনম অদুসু য়াম্না নুংশিনা নম্লি । ঐ লাকনী হায়বসু মাদি খংলম্লোই, করম্না চংগনি হায়দুনা খঙ্দুনা লাইবক য়েংলগে হায়না খল্লে । থম্মোয়নুংদগী পাখৎপগী ইহৌ অমা হৌরকই । স্নব চনিং-চমাং শম্নদনা মীহুৎ চোংলকই । মীপাইবা অমসু পোক্লকই । অদুবু খল্লি নুংশিমৈনা চাক্লবা কনা অমনা মতেং পাংবিনবা লৈত্রবা ঐহাকপু করিগী ইতেং পাংজবা লাকপদা পাখৎলিবনো হায়দুনা ইতোমতা ঐগী থম্মোয়বু ৱারকচে । চংশিল্লি লেপ্তুনা অদুবু মনিংলোমদা শাউম অমা তাবা ফংই, ইকাইসিরা হায়দুনা খঙ্গানদুনা লৈ, অহলদো থোরকই মাঙ্গোল্লোমদা, কৌরকই ইবুংঙো জাতিশ্বর নৎত্রা নং লাকইবরা ? ঐ অসুম ৱার্কিং চৎলুবদগী চংজরকলীবনি ।

শখিঃ ইবুংঙো নংদি উদবা কুইরেদা ।

জাতিশ্বরঃ ইমা ঐদি ওফিস কানবা তোৎনবদা সংবা লৈত্রে, তোম্বীমচাখোয়দি ?

শখিঃ ইবুংঙো মাদি মীয়ামগী থবকসে য়াম্মন্দুনা শংবা কৌবা লৈত্রে। ঙসিদি খরা শংই হায়দুনা ৱার্কিং চৎলুনী হায়দুনা চৎখিবা কুইরে । মাগী ৱার্কিংসিদি মীয়াম উন্নবা চৎপা ওইরমগনি। তাং ১২ দসু আ মোইরাংদা মিটিং অমা তৌবা চৎকনী হায়বনী ।

জাতিশ্বরঃ করি মীটিংনী হায়বগে ইমা ?

শখিঃ মীটিংদুদা অনাবগী হিদাক কাপনবনী হায়নে, করিনো খংদে।

জাতিশ্বরঃ করি হিদাকনী হায়বগে ইমা ?

শখিঃ হেয়া থোয়ক্লে হায়য়ে, অনাবদো সুক্লা নায়মদনা মী খংহন্দনা হেক্তা হাংপা মহিক অদু চংদনবা মী খুদিংমক্তা কাপকদৌরীবনি হায়য়ে।

জাতিশ্বরঃ ইমা সাইলেন কিল্লর হায়বা মহিক হেপেটাইটিশ কৌবা মহিক অমা থোয়ক্লবনি মদু ওইয়ল্লগনি ইমা।

শখিঃ খংদে খংদে ইবুংঙো নংগী নচন্নুপী অসিদি ঐখোয়না ঙাংবা তাদে, মযুম মকে পান্নবা তৌরসি হায়বা য়াদে। মীয়ামগীনি হায়দুনা লৈরে হায়বা য়াদে মীয়ামগীনি হায়দুনা অদুম চংতুনা লৈ। খংদে ইবুংঙো খুঙ্গং খুদিংগী চং চংতুনা ত্রেনিং তৌবা চংলীবনী হায়দুনা অদুম চংতুনা লৈ। করম তৌগদৌরীবনো খংদে ইমাদি নখোয়দি ডাক্তরনীনা খংলমগনি।

জাতিশ্বরঃ অদুবু ইমা মসিগী মহিক অসে মণিপুরদসু মীওই খরা শিগ্রবনি, ঐইচ, আই, ভি, হায়রীবা মহিক অদুনা নাবা মতমদদি খরা লায়েংবা হিদাক লাংথক চাবা, অদুগা মতম খরা শাংদোক্লা হিংবা ঙম্নবগী উপাই লৈদো।

শখিঃ মসিগী মহিক অসিদি করম তৌবগে ?

জাতিশ্বরঃ অদুবুরা ইমা মসিদি হেক চংখিবগা সুক্লা হেক নাদনা শিবনি। "সাইলেন কিল্লর" হায়নরিবসে, কনাগুম্বা অমনা মসিগী মহিক অসি হেক চংখিবগা, চংলিবা মী অদুনা বোন শান্নবদা হুমাং সৌবদা বোন অদুদা হুমাংদো তৈরবা অদু মী অতোপ্পা অমদা পীবদা হুমাং অদুনা মঙোন্দগী অতোপ্পা অমদুদা থুনা অদুম চংখি। হুমাংদগী লৌনৈ। মসিদি য়াম্না অকিবগী মশক ওইবা মহিক্নি।

শখিঃ অদুদি য়াম্না ফবা জাংনীনা নচননুপীখোয়না তৌরীবা হায়বদি হিদাক কাপ্পা চংলিবদো, য়াম্না কান্নগ্রবা জাংনিদনা।

জাতিশ্বরঃ ইমা ঐ চংলগে।

শখিঃ ফরে ফরে চংলো চংলো ইমা লৈহৌরগে।

জাতিশ্বরনা চংশ্রবা মিনিট ১০গী মতুংদা তোম্বীমচা লাক্লে । ইমা ওসিদি ঐ চাক চাররোই, মোইরাংদা চাক চাকরনী মিটিং লোইরগা, নখোয় মী কয়া চংকদৌরীবনো, ঐখোয় ১০ খক্তনীদা, হিদাক কাপ্পনা কৈদৌঙৈ চংকদৌরীবা মমানা হংলকই, অদুবুরা ওসি মিটিং তৌরগা নুমিৎতো লেপকদৌরীবনি তোম্বীমচানা হায়রকই ।

শখিঃ হায় তোম্বীমচা ডা: জাতিশ্বরদো লাক্লম্বনী অমুক য়াম্না ওন্না, ব্রার্কিং চংপদগী হন্নকপা মাল্লি।

তোম্বীমচাঃ করি হায়রম্মী ?

শখিঃ নংবু হংলম্মী।

তোম্বীমচাঃ করি খুমখি ইমা ?

শখিঃ মাদি ওন্না ব্রার্কিং চংখি হায়খিবনী।

তোম্বীমচাঃ করি করি ব্রারি শাখি ?

শখিঃ মোইরাংদা হিদাক কাপ্পা চংকনী হায়খিবনি । হিদাক তুগী মরমদা মানা ঐঙোন্দা তাকপিরম্মী । ঐখোয় ইমুংসু কাপথোকশিদনা ইবেম্মা ।

তোম্বীমচাঃ কাপ্পবা তৌসি ইমা হন্দক অমুক কাপ্পগী অদুগা থা-খরা লৈরগা অমুক কাপ্পকনী মী অমদা অনিরক হিদাক অসি কাপকনি। অহলগা অঙাংগসু হিদাক্কী মমল মান্নদে । অহলগীনা লুপা ৭০ অঙাংগীনা লুপা ৩০নি । মথোং মরম খংদনা হেক শিবা হায়বসে ফংতে হায়দুনা থিজিনলুবনি ।

শখিঃ ইবেম্মা নখোয় পাবুংসি ঐদি থুনা কাপহল্লনিংই, মাদি ইশোল শোনবসিদা। দিল্লিদগী লৌরুরিবনি ঐখোয় ওফিসকী প্রসিদেন্টনা মারিয়া মাংতেনা থুনা লাক্কো হায়দুনা টেলিফোন তৌরকপদগী হিদাক লৌরুরে। হায়না তোম্বীমচানা মমাদা হায়রকই।

তোম্বীমচাদো তুম্বা য়াদদুনা পুং ১১ মুক তাবা অদুদা হৌগংলগা চিঠি অমা ইরমগে খন্দুনা ঙাইহাক উংদুনা লৈরে। ঘড়ী অদুনা তেক তেক তৌদুনা লৈবা অদুদা মুন্না য়েংলগা, নুংশিদা হে মতম নোংমা নোংমগী হৌখিদুনা পুন্সি অসি লোইসল্লকপাগী মতমদো য়ৌরকপা ঙাইদুনা অদুম লৈবা তারবরা, নুংশিদা মতমদো, জাতিশ্বরগী তিংদা য়াংদা চুম্বা নোম নোমদুনা চংপা, হায়রপনা মমিংতুনা য়েংথোরকপা, মহাক্কী শকওং সদা অদু হায়রপ য়েংবদা হকচাং পুম্নমক তেখৎলকপা, কোয়তক তৌবা মমিং অদুনা য়েংথোরকপা মতমদা অৱা অনা অপুম্বা লোইনা খংহৌদনা মাংখিবা, ইতুং তপ্না তপ্না ইঞ্জরকপা, ঐনা হায়রপ য়েংথোকখিবদা খোংথাং অমুক তপথবা, অমুক্কী খোঙথাংদনা মানা লাকপগী মনিল ফংবা, কলেজগী গেট য়ৌসল্লক্রবা মতাংদা লেপ্তুনা হায়রপ লৈহৌবা নংগী মপাল নাইদনা ফজবদো ঐনা কাওবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈত্রে। করম্বা মতমদা অমুক্তং উন্নবা ফংগদবগেনে নুংশিবা, মসিবু নুংশিবা হায়বদুরা? মীওইবগী পুন্সিদা খুদোংচাবা হায়বসে মতম পুম্নমক্তা হন্না হন্না লাক্তে, নুংশিবা হায়বসে অঙকপা সংসার অমনি।

নুংশিবদি অদুম হোংবা নাইদনা লৈরগনিদো অঙাং নৱা ওইরিঙৈদগী হৌনা মনিংলোমদা মাই ওল্লে, মাবু অদুম উই, মমাংলোমদা মাই ওল্লে মানা ঐখোয়গী কোম্মোংদা অদুম চংলম্মী। খাংবদা ৱারে থম্মোয়সে। অহিং অদুমা মাদি তুম্বা য়াদরে, মমাই খরা হায়গৎলি, তাখি উচেক্লা খোংবা মখোল, ঙাইহাক খরগী মতুংদা চরোই তেতু

খোংলক্লে ক্লাককী লানপাউ পীরক্লে নোংঙাল্লে হৌরো হায়দুনা মীপুম খুদিংগী যুমগী মাইকৈ য়েংদুনা হৌরো হৌরো হায়দুনা খোংলকপা তারক্লে । পাঙ্গল শোনবী নুপীগী মপোক্তা পোক্লুরবি তোম্বীমচাদো ফমলম্বদগী হৌগৎলি, থোংগী পৌরোন হাংলে থোংবা নামা হাংদোক্লে, মশাবী ইবুংঙো নুংশিবগী ব্রাখন্দা, মাঙ্গোলগী থোংজিন কাম্বোরক্লে। তপ্না তপ্না খোংথাংদুনা সিরি থাক কুমথজরক্লে, ফজবদি অয়েংবা মীনা মী তাদবা য়াওদে। নুজা ওইবীগী শক্তম, নোম নোম থাংবা নুজাগী খোঙথাং থাজনা ফাওবা ইকাইদুনা লৈচিন মরক্তা লোৎলি মপুং ফাজদ্রিবী থাজনা, কোইরাওনবী নুজাগী মীম্নাদো য়েংজবা ঙমখিদে থাজনা। ফজব্রেদা নিংথীব্রেদা নুজাগী শক্তম অয়ুক্তা শাৎপি সিংগারৈনা কেল্লমদাইগী মতমদা খুৎলাম তোইনা কৌরকই তোম্বীমচাবু চংলকউ পাক্তা অমুক্তা হায়না পুম্রি মপালগী লৈতেম মান্নবা লৈমাই থক অদুদা, চংশিল্লি নুজা শকহেনবী অদুনা মোং হাদনা পাম্মুবা লাক্লম্বরা হায়না শিংগারৈ মশাদুদা পাইরদুনা হংজখি । মতারোই মতম কুইনা তিন্নরকপা অদুদা অদুম খঙখি মতারোই শিংগারৈনা । লাক্লম্মী করম্না হায়গনি, লাক্লমদে করম্না হায়গনি, কেল্লমদাইগী মতাং য়ৌসল্লক্লবা মতারোইনা। শিংগারৈনা ঈশিংদা তোপ তোপ তাবা অদু উবদা থম্মোয় মহি চেল্লকই নৌজরীবী নুজানা । অপাকপা ঈশিংগী ইমাই চোনবা অদুবু য়েংজরগা মীৎতা পিরাং ইহৌই, অসিরা তাইবং হায়বদো, শিংগারৈনা মনুং মতম চাদনা অয়ুক্কী মতমদা লৈমাইদা তোপ তোপ কেনবদো, অসিগা পাংখক ওইরেদো মীওইবা । নুংশি মৈশা খাংজবদা ব্রাজরবী, তনিকচরবী ঐগী থম্মোয়, উবিদ্রবোইদো পাম্মুবা নংদি, নংতগীনি ঐনা মতম লেঙ্গরিবা অসি, নংতগীনি ঐনা হিংলিবসি, খংবীনবা উবীনবা কনা লৈত্তনা অদুম খাংঙুথক্তা মাংবা তারবরনে নুংশিবা, পাম্মু ননাক্তা মতম খরদং লেঙ্গনিংবনি অদুবু বিথিনা তম্বীদ্রমানে ? মমানা, ইবেম্মা তোম্বীমচা

পুম্রি মপান্দা করি য়েংলিবনো লাক্লো লাক্লো থেংখ্রনী নমান্নবা হৌবা লাক্লগনি, খুঙ্গং খুঙ্গংদা চংকনী ত্রেনিং তম্বীরুনী হায়বদায়নে, লাক্লো লাক্লো থেংখ্রনি।

তোম্বীমচাঃ ইমা ঐ হকচাংসে য়াম্না নুংঙাইতে ঙসিদি ।

শখিঃ ঙাইহাক্তং হিপথৌ মিনিট ১০ মুক্তং মরাইনা ফজখিনী । হেক হিপথরে, অদুগা ফরে ইমা হায়দুনা হৌগংলক্লে।

তোম্বীমচানা ইরুজগে হায়দুনা বাথ রুমদা হেক চংখিবগা বিমোলামচা লাক্লে, ইমা ইচে তোম্বীদি হংলন্নগা থোঙ্গালদা অমুক থোকখিরম্মী । ঙাইহাক লৈরগা তোম্বীমচানা ইরুজবা লোইরদুনা মী লাক্লনি হায়দুনা থুনা হোবে হোবে থোরকপা মতমদা বিমোলা মচাগা মখোয় চংকদৌবা মীওইশিং অমদি হিদাক কাপ্নবা নর্স মরিগা লোয়ননা চংলক্লে। তোম্বীমচানা য়ারিবমখৈ থুনা লোইশিল্লক্লে ।

তোম্বীমচাঃ চৎলসি চৎলসি, ঙাইহাক্তা ফমবিয়ু গাড়ী লাক্লনী হায়রিঙৈ তাঙ্গা অদুদা গাড়ী লাক্লে।

মেঘাঃ কাখৎপিরক্লো শোম সাইটতা নুপাশিং ফম্বীরো, শোম সাইটতনা নুপী ফমলসি।

তামোঃ মোইরাংদা ঙসি কাপ্পা নংগদরা ?

মেঘাঃ মী লিশিং ১০ মুক্লী নংনী থাজদে, ঙসি লোইবা ঙমদ্রগনা হয়েং অমুক হল্লক্লসি।

বিমোলামচাঃ মীয়ামগী সেবা তৌনী হায়না তৌরুরবনিনা হয়েং অমুক হল্লকপা তারেদনা, তামোনা হায়রীবসে ফরবনি।

মোইরাংগী চাওরবা ক্লব অমদা ঐখোয় লোইনা থুংলে, মীসু ক্লব অদুগী চাওরবা কম অদুদা শিক থল্লা লৈরম্লে। হিদাক কাপ্পা হৌরিঙৈদো, তেম্বীমচা, করম্না পুথোরকপা, মীওইবদা হিদাক অসিনা কয়া য়াম্না মতেং পাংবগে হায়বা অদু ঙাংঙু হায়দুনা মেখানা হায়রকপদগী তেম্বীমচানা লেকচর তৌই। মী পুম্নমক মমিং কুলতবমখৈ তারম্মী। হিদাক কাম্না হৌরে, নর্স অমনা অঙাং নুপামচা নুপীমচা মখৈ কাম্নি। নর্স অমনা অহল থরা ওইরকপশিং কাপ্পী, নর্স অমনা নুপী মখৈ কাপ্পী, অসুম্না মীওই অঙন্নমখৈ কাপ্লে, অসুমনা হিদাক কাপ্পিঙৈদো নুমিৎ অশিল্লক্লে। অরাংপমখৈ হয়েং পুং ১০ দা লাকচরগে হায়রল্লগা গাড়ীদা হিদাক লাংথক পুম্নমক হাপচিল্লগা, মহৈ মহৈ গাড়ীদা তেংথংলগা মোইরাং থাদোক্লল্লগা ইম্ফাললোমদা গাড়ী থৌরক্লে। গাড়ীনা মথং মথং ময়ুম ময়ুমদা থাদরল্লগা অরোইবদা তেম্বীখোয়গী থোঙ্গালদা তেম্বীমচা থাদরম্লে।

গাড়ীদগী তোম্বীমচানা কুমথরকপা মতম অদুদা জাতিশ্বরদো ওফিসতকী ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা তোম্বীমচাবু উবা অদুমক্তদা স্বাই লাউই কৌগে তৌবা মতম অদুদা হায়রপ থুনা ময়ুমদা সৎ লাওনা থুনা চংখিবা অদুদা কৌবা নংহৌদ্রদুনা থম্মোয়দা নুংনাংদুনা থম্মোয় মহি চেল্লে। পরপ পরপ তান্নবা য়াবনি, অদুবু মীওইবা হায়বসে মতম খরা তোম্বীমচাবু নাথৈদুনা মতম খরা থম্বীরম্বা অদুগী মতোমতা জাতিশ্বরগী মথমোয় অদু হংগোয়জবা অমা পোকখিবা অদুনা কৌহৌবা ঙমহৌদবনী। কবিগুম্বা কৌরকপা তারবদি তোম্বীমচাগী থম্মোয় অদু পুমনৌ নৌখিদুনা ওমচাক্লবা থম্মোয়দা ময়াম অমা লৈরিবদো কোক্লমগদবনী। অদুবু অঙকপনি মীওইবগী বাখল, খরা খরা খেন্নবা লৈরমম্রবদি পুম্নমক লোইনমখৈ শেংদোক্লরমগদবনী, অদুবু মসি পুম্নমক খরা খরা অদুম নিংঙমহৌদবা অসি থোক্লবা থম্মোয় থম্মোয়না অরাং অনেম লৈবা মরম্না অদুম থোকহনবনি।

তাইবং মীওইবগী ওসি ওসি চংনরীবা লৈনরিবা নুংশিবা হায়বা তাইবংগী লিলা অসি কনানসু শৈথাবা ঙম্লরোই, শৈথাদুনসু লোইবা থম্বা নাইরম্রোই, অরোই অথম নাইদবা নুংশিবা হায়বা অসি অঙকপা সংসার অমনি ।

"অহিং অদু য়াম্না নুংঙাইনা তুম্লে, মীওই খরা অনা অয়েক লৈতনবা হিদাক লাংথক খরা পিরুবা অদুদা তোম্বীমচাদি মথবাই নুংঙাইরে । নোংমদু মাদি নুংঙাইনা পোথারে"।

# ১৯ শুবা পন্দুপ

"পুং ২ তারকপা অদুদা ওকেন্দ্রোদো ইম্ফালদা অবাং বিওসিদা থুংলরে গাড়ীদগী কুমথরগা ওক্তো অমা বাইরগা ময়ুমদা থৌজল্লক্লে। মমা শখিনা ইচা লাক্লে হায়দুনা ঙাইখো হায়দুনা খাল্লে"।

শখিঃ ইবুংঙো ওকেন্দ্রো শে শে মৈ অসিদা কাম্থোক্লো হায়দুনা মৈখেৎনা খবর খরা পুথোক্লগা মৈ হৌগৎলে। ওকেন্দ্রোনা মৈ কাম্থোক্লগা ইমুং চংখরে।

ইন্দ্রঃ ওকেন নংগী সার্টিফিকেটকদো কয়ম্বা কান্দা থারক্কনী হায়বগে?

ওকেন্দ্রোঃ পাবুং মখোয়গী লমদো য়াম্লা চাওখৎলি, অমুক তপথদে, পরিক্ষা হায়দোকপা নুমিৎ ৬নিশুবা নুমিৎতা ঐনা ইউনিভর্সিটিদা অদুম লৌরুই অদুম মী পুম্বগী পীরকই।

ইন্দ্রঃ ফরে ফরে, ইরুজ মাইথরো, ঙাইহাক পোখানবা তৌরো।

শখিঃ নচেসু লাক্লে, সে সে নংগী চানবা কবোক মোরি থাওদা তাওবীরকপনি।

তোম্বীমচাঃ ওকেন নং করিসু খুদোংথিবা য়াওরক্কেকো?

ওকেন্দ্রোঃ থোইনদি য়াওরক্তে অদুবু ঐনা থোরকপগী পাওদো অমগে ইচে - ঐনা তোংলক্লিবা ট্রেন্দো য়াম্লা চিল্লি, মীনা অমা অমুক কাখৎলক মথং মথং চংফম ফাওবা লৈতরে। ঐগীদি রিজার্ভেসননি অদুবু ঐগীনি চংথোকউ হায়রুবা য়াদে মরমদি মরোল ইরোন তিন্নদবা মীওই ঙাইহাক্তনীনা য়াম্লা বাই,

তুম্ফম চাফম খংদনা অসুম লাকপদা উচিন নাচিননা ডিমাপুর য়ৌরক্লে। ডিমাপুরদী হবা গাড়ীনা অমুক মণিপুররোমদা থৌরক্লে, ডিমাপুরগী লম্বী অসিদি অকিবা ফংইগ্না থেক কোইনকোই অদুদা কিবসু অদুম য়াওই। নাগালেন্দ লাম্থোরকপা অদুদগীদি শিরোই নাররোইদৌবা মাল্লক্লে। মহৌশাগী ফজবা মিশ্যাশিং উরগা, চোকথরবা থবাই হকচাং পুম্নমক অদুম তেথংলি। ইমা লৈবাক য়ৌরে খনবদা থবাইসি কয়া নুংঙাইবা পোকই।

"মমাগী মতম্বাক্তা য়াতাজবা মচা কনানা নুংঙাইবা ফাওরোইদ- বগে? ইচে ঐসু কয়াম নুংঙাইবা ফাওই। মথং মথং অসুম অসুম থৌরক পদুনা কোহিমা, মাও ফাওরতুনা থৌরকপা অদুদি কয়াম নুংঙাই, মাওদা গাড়ীদো খাল্লে অদুদা মী কুমথরগা অলু লৈবসু য়াওই। ঐসু কুমথরে অদুগা ইংচেগা ইমা পাবুংখোয় চানবা হায়দুনা "মৌশুবী" লৈরক্লিবা অসিনী। মচেনা মৌপ্পানা পুরকপা মৌশুবী হায়বা চম্প্রদো খোক্লগা চামিন্নরে। মপাবুং মমা অনিমকসু হাওনা চামিন্নরে।

ইন্দ্রঃ ওকেন্দ্রো নং দি.এম. কলেজদা লেকচরর ওইনবা ফোর্ম থাজনখ্রবনি, ইন্টরবিয়ু তৌনবা খবরদা ফোংলক্লগনি।

ওকেন্দ্রোঃ ফরে ফরে পাবুংনা হায়বা ইল্লকপদগী ওসি ঐ অসি অসিগী ফিভম অসি য়ৌবা ওল্লিবনী। পাবুংনা হায়বা ইল্লমদ্রবদি মসিগী থাক অসি য়ৌরমলোইদবনি।

ইন্দ্রঃ ঐগ্যা চন্দ্রকুমারদা করম্বা মতমদা ইন্টরবিয়ু তৌগদৌরিবনো ঐ হয়েং অমুক হংলুগে।

নুংদাং পুং ৯ রোম তারক্লে চাক ঈশিং চানবা তৌবসি হায়দুনা মামা শখিনা ইমুং-মনুংগী মীওই পুম্নমক কৌসল্লে, চাক চামিন্নরে, লোইনা পোখারে, তুমপ্লে।

———

# ২০ শুবা পন্দুপ

মতম মতমগী খোঙচং অসি কনানা থিংবা ঙম্মগনী, ইন্দ্রনা মচানুপা, নুপী অনিগী মরক্তা য়াওজবা ওকেন্দ্রোদো মমাম্নবা ময়ামগী মরক্তা মীওইবা ওম্বা অমা ওইহনিংদুনা ডাক্তর ওম্নবা অমুক থাই, লাইবক থিবদগী ডাক্তর তম্বা তোক্লে, অমুক মতম হেনখিদুনা এজুকেসন সবজেক্টতা এম.এ. ফাষ্ট ক্লাস ফার্ষ্ট ফংলক্তুনা দি.এম. কলেজদা লেকচরর ওইহল্লে ।

ওকেন্দ্রোঃ ইমা ইচেদি ইচে বিমোলামচা লাক্লে ইচেবু হংলিয়ে ।

শখিঃ ইবেম্মা লাও লাও চংলকউ নচে থোরক্লগনি।

বিমোলামচাঃ ইবুংঙো ওকেন্দ্রো নং কলেজ চংতৌরীবরা ?

ওকেন্দ্রোঃ বিমোলামচা নং লাক্লিবরা করি তৌসিগে তান্নসি।

বিমোলামচাঃ ইচে তোম্বীমচা ঐদি ইচেনা নাহাল দিসেম্বরদা এবার্দ লৌবা চংল্লবদো অদুগী মরম খংনিংদুনা লাকইবনি।

তোম্বীমচাঃ নোংমা ২০০৫ কী নভেম্বরগী তাং ২ দা পোষ্টমেন অমনা চিঠি অমা পুরগা লাকই । মদু ফাকতোক্লুনা য়েংলে মদুদা ডা: অবেদকরগী ইন্টরনেসনেল এবার্ড লৌবা লোইরগা মহারাষ্ট্র ষ্টেটতা লাকউ হায়না এদ্রেস ইদুনা থারক্লম্মে ।

বিমোলামচাঃ এবার্দ লৌবদি কদায় মফমদা লৌরুবগে ?

তোম্বীমচাঃ টালকোটরা ইন্দোর ষ্টেদিয়ম ন্যু দিল্লি হায়বা মফম অদুদা লৌরুই ।

বিমোলামচাঃ শোক কয়াদা লৌরুবগে ?

তোম্বীমচাঃ শোক ২০০5 দিসেম্বরদা লৌরুবনি।

লোক্তাক ট্রেভেলদা ভোংই। ঐখোয় মীওই ২০ মুক তোংমিন্নে, য়াম্না নুংঙাইনা বস তোংলগা চৎমিন্নে। অদু খরা থৌরবা মতুংদা হোটেল অমদা চাক চামিন্নরে অদুগা, ঐখোয়না চাবা চাক্কুগী পৈশা পিদে ফ্রিনী, য়াম্না নুংঙাইবা খোঙচৎনি । হোটেল অদুদা গ্র, চাক শুনবা ওক্লবা পিজরকই । চানিং চানিংবা চারম্মী । গাড়ীদো ডিমাপুরগী লম্বীদু থৌবদি য়েৎলোমদা অমুক লৈশিন, ওইরোমদা অমুক লৈশিন তৌদুনা কোক ঙাওগে ঙাওগে তৌদুনা অদুম চৎলি । অদুদগী ডিমাপুর য়ৌরে । মতুংদগী গৌহাটি য়ৌবা ফাওবা চৎপগী লম্বীদুদি চুম্না অদুম লমশাংদো থৌদুনা চৎলি। অহিং অদুনা অদুম থৌই । য়েৎলোমদা য়েংথোকুই দুকান অদুম ফম্মী, ওইরোমদা য়েংবদসু দুকান অদুম পোৎয়োল্লি, মখোয়দি অহিং তুমদে থবক অদুম শুদুনা লৈ । মসি মখোয়গী হৌনবি ওইরমাল্লে ।

নোংঙাল্লে, গৌহাটিগী ট্রেন ষ্টেসন য়ৌরে, ঐখোয় কুমথরে । ট্রেন ষ্টেসনদা ঐখোয় লোয়না পোৎয়োমশিং অদু থাংলদুনা ট্রেন ঙাইদুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগা ট্রেন অমা লাক্লে, ট্রেন অদু লাকপদা চিল্লম্বা মীয়াম অদু লোইনা কাখৎখরে । ঐখোয় খরদা ঙাইহৌরে, মতম খরগী মতুংদা মীয়াম অমুক হাথু হাথু লাক্কুনা ষ্টেসন্দো পিক থল্লে । ঐখোয়না তোংগদবা নোর্থ ইষ্ট ট্রেন অদো থারম্বা অদুদা কাখৎলে । দাবা অদুদা ঐখোয় ৬ ফল্লে, ইবেয়াইমা, সুবদনী রাধারামনী, তিকেন, চন্দ্রা, ঐখোয় ফল্লে ঙাইহাক লৈরগা লৈশাবী জগোয় খুৎথেক ত্রৌরুগদবা মৈতৈনুপী ৬ লাক্লে, মখোয়না ঐখোয়গা ফম্মীন্নরে নুংঙাইরে দিল্লিগী খোঙচৎ অসি । ঐনা ডাঃ অম্বেদকরগী লাইফকী হিষ্টরিগী লাইরিক অমা ট্রেন ষ্টেসন্দগী লৈরক্লে। ঐনা অহানবদা লৈগে হায়দুনা পাইরুবা লাইরিক্তো মমল লুপা ৩০২

ওইরম্লে য়াম্না থাই, পামদি য়াম্না পাম্মী, অদুবু মমলগী য়েংদুনা অপাবা লুপা ৭০ পিবা অমা লৈরে। মদুগী লাইরিক অদু অদুম ঙাইহাক ঙাইহাক ফাক্তোকুনা য়েংই। চৎমিন্নরিবা ত্রেন্দা তোংমীন্নরিবা লৈশাবী জগোয় শাক্লগদবশিং অদুদা ঐনা ঈশৈগী কমপিতিসন অমা তৌসি হায়বদা মখোয়না য়ারে।

———

## ২১ শুবা পন্দুপ

ঈশৈ অমমম শক্লসি হায়দুনা হায়নবদা য়ান্নরে শক্লরসি মরমদি লম্বীনা শাংবনিনা অহিং তুমদুনা চংপা খোঙচং ওইবনা (১) অহানবদা মাইবম জয়শ্রী হিংয়াংলম লাইপাংবনা ঈশৈ অহানবা ওইনা শক্লে, তাবদা য়াম্না নুংঙাই খোম্থাং স্বর চান্নবা শকই। ঈশৈ ময়েকসু অদুম তাবদা ঐখোয়গী খোঙচংতুগা চান্নে। (২) থৌনাওজম প্রেন্মীলা দেবী লাংমৈদোং মনিং অৱাং লৈকাই। প্রেন্মীলানা শক্লীবা ঈশৈসিদি মীপুম পুম্নমক্কা মমিং উইসন্দুনা তানগা লোয়ননা নুংঙাইনা তারম্মী। পুমনিন নিল্লম্বা-ত্রেন দবাদো পুমচিক চিকই। (৩) ইরেংবম রাধাগী হিয়াংলম ময়াই লৈকাই রাধারানীনা শুর অমা স্বর চানা তানগা লোয়ননা শক্লকপা অদুদি করিদা প্রমান তৌগনী লাতামঙ্গেসকারনা কৈদৌনী। অৱাং অনেমগী শুর তাম্থা অমম্ভা ৱাংতে। (৪) যুম্নাম বেভারনী দেবী লাংমৈদোং মনিং অৱাং লৈকাইগী ঈশৈদি অসুক্কী মতিক নিংথীজখি। তাবা মীপুম্ন থাগংনখি রাধারানীনা ইচে তোম্বীমচা বেভারনীগী ঈশৈসি মওং তাই হায়রকই। ঐনসু ফজে হায়না খুন্মী। (৫) ইলাংবম লুভিসিনী দেবী হিয়াংলম নিউ বাজার হায়রীবী লৈশাবী নুপী অসিনা শক্লিবা শৈশক অসিদি তানগা অদুম মতম পুম্বদা হায়বদি শক্লীঙৈগী মতমদো চপ চানবা খোম্থোক্লি। মখোয় খুদিংমক ইশৈ নোংমাইদা ৱংতনা জগোয় শাথেক পুম্বদা মীথোই মীহেং দুনা লৈরগনি হায়বসি ঐগী ৱাঙ্কলনি।

বিমোলাঃ ইচে তোম্বীমচা দিল্লিগী এৱার্দ লৌবা চংপা খোঙচং অসিদি য়াম্না নুংঙাইবা ৱানিনা।

তোম্বীমচাঃ অদো নংসু এৱার্দ লৌনবা লাইরিক য়াম্না ইরো, ৱারেং শৈরেং, নোভেল, ৱারিমচা কয়া ইরো, এৱার্দ লৌনবা । থবক অফবা কয়া তৌরো মীথোই মীহেনবা ওইরো।

বিমোলাঃ ইচে তোম্বীমচা অমবেদকরগী এৱার্দ পীরিবা অসি করিগীনো ঐদি তানিংই।

তোম্বীমচাঃ অমবেদকরদি লো কাষ্টতা পোক্লবসু মীনা শোক্লবা শম্নবা য়াদে হায়দুনা নাখৈদুনা থম্বীরবসু মাদি তৌবা ঙম্বগী শক্তী অদু পুথোক্কুনা মীপুম খুদিংগী ফনবা তৌরী । ভারত্তা নংতনা লৈবাক মঙাময়ক্তসু মাগী কন্সটিট্যুসন অদু চংহল্লী । মাদি ফাদর ওফ দি নেসনেল কন্সটিট্যুসন হায়নরি । মীপুম্না মাগী মতৌ তম্বা দরকার ওই । এৱার্দ পীথোরকপা হায়বসে । এৱার্দ ফংলিবা মীশক্তো অমবেদকরগুম্বা মীশক ওইরগদবনী ।

গৌহাটিদগী অদুম লেপ্তুনা তোংলকপদুনা ন্যু দিল্লি য়ৌরে । টালকোটারা ষ্টেদিয়মদা থুংলে । অহিং অদুমা ধর্ম্মসলাদা লেক্লে অদুগা দিসেম্বর তাং ১২ দা এৱার্দ লৌরে । তাং ১৩ দা এন্তরটেনমেন্ট প্রোগ্রাম তৌরে, অদুগা তাং ১৪ দা দিল্লি থাদোক্লরে ।

মহারাষ্ট্রগী ফঙ্কসন অদু য়াওননবা হায়দুনা চৎনবা টিকেট কক্লে । দিল্লিদগী থোরক্লে মেত্রো ত্রেন তোংলে টিকেনগা ঐগা কুমথরগা ত্রেন ষ্টেসন য়ৌরে । ষ্টেসন্দা মতম খরা ঙাইদুনা লৈরে মীয়ামদো মরেং মরেং চৎতুনা য়েংবদা য়াম্না ৱাই । মরমদি ভারত অসিদি মীশিং য়াম্বনিনা চংফম ফাওবা লৈতে । খংহৌদনা ত্রেন অমা থৌজল্লকই । থাম্মী ঐখোয়গী মপাদা য়েংই করি ত্রেন্নো হায়দুনা কেরেলা এক্সপ্রেস হায়না থারম্বদগী তোংলসিরা হায়দুনা তোংলমদায়দা য়েংলুবদা কাফম অদুদা টিকেনগা ইবান্নী

মীং ইদুনা থেৎলম্নে । ফরে মীং ইরে হায়দুনা কাখৎলে ইবান্নী । তোংলে অহিং অমা চাক চাগদ্রা হংই হেক কাখৎপগীতনী হায়খি । চাকতি সুংপু পুরক্কে, পুংদি অসুম অসুম চৎখি ।

টিকেন চাক পুরক্কে করি চাসিগে খন্নদুনা বেরাগুম্বা চাসিরা হংই টিকেননা থবি চাসি হায়দুনা থবী লৈরে চারে । মখোয় থবী অদু য়াম্না ফৈ থুনা পুং ১ মুক তাবা মতমদা চাক পুরক্কে চারে, লুপা ৩০ তারম্নে চাকতো মখোয় কেরেলা এক্সপ্রেসকিদি চাকসে খরা পুরক্কন্দবা মালে, মখোয় তোংলিবা মীয়ামদো মশা মশানা পুরকপা তন লৌথোক্লগা লোইনা চারম্মী। অসুম্না নাগপুর ষ্টেসন য়ৌরক্কে হায়দুনা মী লোইনা কুমথনম্নে । ঐখোয় অনিশু কুমথরে । বস ষ্টেসন কদায়দা লৈ হায়দুনা থিরে । বস তোংলে লুপা ১০০ লৌখরে, অদুগা য়ৌরে । মফম অদুদগী অমুক বস অমা রালেগোন ফাওবা চৎনবা তোংলে লম্বীদো থেককোই থেককোই লৈতে য়াম্না চুমদ্রিং চৎলি পুং ১ রোম তোংলগা য়ৌরে মসিদা চংলো হায়দুনা ড্রাইভর অদুনা থম্বীরম্নে, মী অনিগী লুপা ৮০ লৌখরে । খোংনা অসুম চংলে মফম অদু তান্না ।

তাইবঙ মীওইবনা থবক অফবা অসি য়াম্না তৌনিংবসু লৈতবা নংতে। অফবা থবক অসি তৌবা পামজবগী সংস্কৃতি সম্বোদান কন্যা বিদ্যালয়গী প্রিন্সিপাল নুপী অদু ঙাইদুনা লৈরম্নে । বেলকম তৌরে পিজ পিথক্কে । ফজনা পোখাহল্লে । হয়েং পুং ১১ দা ফঙ্কসন অদু তৌরসি হায়নরে ।

নোংঙাল্লে চাক ঈশিং চান্নরে, পুং ১১ মুক তারে মীটিং হৌরে । অচৌবা কা অমদা মহেরোই ২০০ মুক হেন্না ফম্নে । তেবল অহুম থারে চৌক্রি ১০ মুক থারে মথং মথং কৌখৎলে, মখোয়গী মী অচৌ অশাং লোয়না ফমম্নিরে । গভর্নমেন্ট স্কুলগী প্রিন্সিপাল নুপী অদু য়াম্না শিংবা

মীশক অমনি হায়বসি অদুম ঐখোয়না খংবা ঙম্মী। মীদি পিক্তক তৌই। মশাসু য়াম্না নাল্লি। ঐখোয়না ফন্নিবা কা অদুদগী ফক্লাং অদুদা ফোটো ফ্রিদম ফাইটর ১০ মুক থেংলম্মী। ডা: অম্বেকর, সুভাচন্দ্র বোস, অসিনচিংবা মীওই লাইগুম্লবা ময়াম অমা থেংলম্মী। বিমোলামচা "ইচে তোম্বীমচা মখোয়না করি হায়রকই ?

তোম্বীমচাঃ মখোয়না ছাত্রিশিংদা ডা: অম্বেদকরগী লাইফ হিষ্ট্রি অদু অমুক্তা ঙাংবীয়ু হায়রকই।

বিমোলাঃ ইচেনা করি ময়োলনা ঙাংই।

তোম্বীমচাঃ ইংলিস ময়োলনা মতেক মতেক ঙাইহাক ঙাইহাক, সিলেবল নাইনা ঙাংই। ডা: অম্বেদকরগী ৱারি অদু ঙাংবা লোইরগা। অঙাংশিং অদুনা ৱাহং খরা হংলকই। A brief account of Dr. BR Ambedkar হায়না লাইরিক অমা ইরিবসি করি মরমদগী ইবনো হায়না ঐঙোন্দা হংলকই। ঐদি তাইবং মীওইবা অসি অমতনি, অচৌ- পিশক নাইবা অসি য়ানিংদে। ঈশ্বর অমত্তা ঙাইবা অদুনা ঐখোয় তাইবং অসি চপ মান্নলা শেম্লকপনি। Ones of mankind, World is one family mankind is its citizen হায়বা বাহাই ফেটকী পাওতাক্তো ঐদি খেন্নবা লৈতে হায়দুনা খনবদগী লাইরিক অসি ইজখিবনী।

— অঙাংশিংদা পাওতাক খরা পীবিরম্মু।

তোম্বীমচাঃ সংস্কৃত, সামবোদোন, কন্যা বিদ্যালয়গী ছাত্রিশিংনা নখোয়দা ঐগী ৱাহৈ অফবা খরদং পিজগে মহারাষ্ট্রবু থুনা চাওখংহনগে হায়রবদি নুপী লাইরিক হৈত্তবা য়াদে, এজুকেসন মঙাল ফংদবা য়াদে।

এজুকেসনগী খাইদগী মরু ওই। লাইরিক মতম চানা পাও, লাইরিক্তা থৱাই য়াও। লাইরিক্তা মরুনী। ওঝানা তাকপা পারা মুন্না

তাও, মুন্না খংজিল্লু। পারা নুত্তিগী পারকউ। লাইরিক পাবা তনগনু। অতোপ-অতোপ্পা আউতবুকসু অশং অশংবদা পাশিল্লু। পৃথিবীগী লাইরিক ময়াম অসি লোইনা পৈশিল্লবদি হিমালয় চীং অদুদগী হেন্না ৱাংগনি। মী লমগী আমেরিকা, ইংলন্দ, জাপানচিংবগী লাইরিক খুদিংমক খরা খরা পারবদি নখোয় সোইদনা অফাওবশিংগী মরক্তা অমা ওইবা ঙমগনি। লাইরিক্তা মরুপ ওইয়ু হায়না অফাওবা মীনা হায়রম্বনি। লাইরিক পাদ্রবদি লাইরিক ইবা অমা ওইবা য়াদে হায়বসে অফাওবা অমনা হায়রম্বনি। য়ারিবমখৈ লাইরিক পাও।

— অফাওবা মীওই কয়াগী লাইরিক ফোংবীবগে ?

তোম্বীমচাঃ নেতাজি সুভাসচন্দ্র, মহাত্মা গান্ধি অসিনচিংবা ভারতকী অচৌবা মীওই কয়াগী হিষ্ট্রি তৌবা ঙম্বা শক্তি কয়া পাউ চেনা তৎতনা ই। মুসলীমগী অফাওবা নুপী টাহেরীনচিংবসু ইখি।

মণিপুরগীদি থৌনা ফবী মৈতৈ নুপী ব্রাইবেল নুপীশিং য়াওনা ১০০ মুকী মরমদা ইবা লাইরিক ফোংখ্রে। মণিপুরগী অফাওবী থবক ফজনা তৌবী মীংচৎ নাইবী নুপীশিং লাইরিক ওইনা মখোয়গী লাইফ হিষ্ট্রি ইবা ফোংই।

বিমোলামচা মখোয়না সার্টিফিকেট অমা পীরক্লে। অদুগা ইম্ফালগী বসতা যত্রা তৌরক্লে। গীতাঞ্জলীগী ট্রেন ষ্টেসন য়ৌরে কলকটা ফাওবা তোংলক্লে। কলকটাদগী ট্রেন অমা সিন্নবা হায়দুনা কুমথরে, মখোয় ওফিস অদুগী ওফিস অমগা লোইনবা মীওই মাথুরা হায়না কৌবা মীওই অনিনা থবক অমা কলকটাদা লৈ চৎমিন্নরসি হায়দুনা লাকমিন্নরে। ষ্টেসন কুমথরগা পাসমিয়া হায়বা সাল অমা ইন্নিংদুনা লৈরে। অদুগা গৌহাটি য়ৌবা কামারুপ ট্রেন অমা লাক্কুনা পুং অমরোম লৈরগা ট্রেন তোংখৎলক্লে। ঙসাই লাকমিন্নবা

ওফিসর নুপী অনিদুগা বাই বাই তৌমিন্নরে, নুঙাইতনা লৈহৌরে ঐখোয় অনিতোংবা ত্রেন থৌবা হৌরে। গৌহাটিগী ত্রেন মনুংদা য়ুমদা য়ৌদৌরে হায়দুনা ত্রেন মনুংদা য়োল্লল্লিবা অঙাংগী শান্ন- পোৎশিং অদু ৫মুক লৈরে। ত্রেন্দো গৌহাটি ষ্টেসন য়ৌরে, মণিপুরী মচাশিংনা ঐগী বসতা তোংবীয়ু হায়দুনা পোং ফাওবা থাংবীরে। য়ারে হায়দুনা বস তোংদুনা ইম্ফাল তম্না লাক্লে। বি ও সিদা থুংলে, ওক্তো অমা তেংদুনা য়ুমদা লাক্লে।

ইমানা ইচা লাকলে হায়দুনা মৈনুং ওক্লবা তুংদা ইমুংদা চংলে। ইমানা চাক ঈশিং চানবা থৌরাং তৌদুনা লোইরে। নোং ঙাল্লগা খরা থেংনা হৌগৎকে হায়দুনা পুং ৯ মুক তাবা ফাওবা তুমলে। নোংঙাল্লে। ইরুজ মাইথরে, চাক চখোম অমমুক চারগা ডাক্তর চৎলুগে হকচাং অসি চেক তৌথোকউগে হায়দুনা আর এম সি হোস্পিটালদা চংলে, ডাক্তর য়ৌরে। তিকেট ককলে ডাক্তর মনুংদা চংলে।

তোম্বীমচাঃ ডাক্তর ঐগী হকচাং অসি অমুক্তা চেক তৌবীয়ু হকচাংসে দিল্লি চৎলুবদগী ইনুং নুংঙাইত্রে ।

ডাক্তরঃ ফনি ফম্বীয়ু করি লমদগী ওইবীরবনো শক অসি খরা খঙজবগুম তৌই। থম্মোয় ইথক ইপোম অমা হৌরকই। অমুক্তা খুম্বীরকউ তাজগে, তাজরগা পেনজগে থম্মোয়সে।

তোম্বীমচাঃ ঐবু সোইদনা মতম অমদা উবিরমলগনি খংজে, অদুবু ঙসিগী থেংনরীবা অসিবু মংলান্দা তৎতনা থেংনবা অদুগা মীকপ হেক খোরকপা মতমদদি উবা হেক্তা ফংদবা অদুরা হায়না চিংনবা পোকই। মতম কুইনদগী থম্মোয় শেংনা নুংশিজবা ডা: অদো ঙসিগী অসিমক ওইরম্লবদি ওছোক্লা নুংঙাইরমগনিদকো, অদুবু অশেংবা ডাক্তরদো ওইরমদ্রবদি নিংবা কাইনা হনখিবা তারেদো।

ডাক্তরঃ য়াম্না ৱারৌবীগনুদা, ৱারৌবদো কোক্লবা হিদাক কাপচগে, মতম অসুক কুইবসি নংগীতবু ওইদুনা লেপ্লকপা জাতিশ্বর অদুনী খনবীদুনা ৱারৌবা পুম্বা ঙসিদগী থাদোকপিরম্লো পুন্না অমুক্তা য়ুম্বানমিন্নরসি।

তোম্বীমচাঃ মতম অসুক কুইবসী নহাক্কী ফোটো অদুতবু লাৎচদুনা ঙাইজরকপা ঙসিদি ঐনা নিংবা থুংলনী হায়না লানদ্রবী ঐনা লৌবা য়ারগদ্রা"?

ডাক্তরঃ থম্মোয় থম্মোয় শিন্নখিবা নুমিৎ অদুদগী ঐদি নংগী অদুম ওইদুনা লৈখ্রে।

তোম্বীমচাঃ তামো ঐগী থম্মোয়সে অসুক্কী মতিক নৌথোক্লে।

ডাক্তরঃ তোম্বীমচা ঐগী পুন্সিসে নংনা অমুক্তা য়োকখৎপীয়ু নত্রবদি ঐদি নৌনা পুন্সি লোইখিবা য়াই।

তোম্বীমচাঃ তামো ঐ চৎলগে হিদাক খরা ইবিরো।

ডাক্তরঃ নং ঐবু ৱারৌরনু। ঙসিদগী খুৎসম্নদুনা চৎমিন্নরসি য়ুম্বাল লম্বীদা। মখুৎ শম্নরগা চৎমিন্নখি নুংশিগী ইপাক্তা, নুংশিগী পম্বুং লম্বীদা।

••• লোইরবা



## BIO - DATA



1. Name — **Smt. Sagolsem Tarunı Leıma**
2. Date of bırth — 9th January, 1934
3. Place of Bırth — Thangmeıband Sınam Leıkaı
4. Present and Permanent Add — Sagolband Mabudhou Mantrı Leıkaı
5. Relıgıon . Hındu, General
6. No of Offsprıngs — Three sons and three daughters
7. Occupatıon — Retd Teacher

### HONORARY POST HELD

| | | |
|---|---|---|
| 1 | Member | Manıpur Veteran Athelatıc Assn (Regd body) 1987 1994 |
| 2 | Executıve Member | The All Manıpur Veteran Atheletes Welfare Assn (Regd body) 1987 1994 |
| 3 | Founder Member | Sagolband Mabudhou Mantrı Leıkaı Women Development Assn 1985 tıll date |
| 4 | Founder Member and Secretary | Sagolband Nupı Marup 1982 tıll date |
| 5 | Member | National Spıritual Assembly of the Bahaı s of faıth Indıa Manıpur Branch (Regd body) 1993 tıll date |
| 6 | Founder Member and President | Generalıst and regular and President Wrıter on different topıc ın Manıpur local paper Health and Education Development Programme |

### IN THE WORLD OF CHILRIAHMENT

1. 'Chayam Pokpı produced a vedıo fılm by S Tarunı Leıma
2. Heroın Mıhatpı a documentary fılm of 45 mınutes on drung Abuse ın Manıpur wrıtten and produced by S Tarunı Leıma dırected by S Rajen
3. "Kuthı Yengba Doctor a comıc audıo cassette wrıtten and produced by S Tarunı Leıma

### BOOKS PUBLISHED

1. ইখেঙলক্তা কংলৈপাক, ২০০৫,
2. শাম্নখোংনবদা তক্নী, ২০০৫
3. মণিপুরগী মথৌনা লৈবী নুপীশিং, ২০০২,
4. শক্লগে তাবো ঈশৈ, ১৯৯৩
5. থম্মোয অমগী পাওদম, ২০০৬
6. A brief Account of Dr B R Ambedkar January 2005
7. শান্তিগী খোংজং, ২০০৬ ফোংগনি।

ভারতীয় দলিত সাহিত্য একাদেমীগী ফোংশ্রবা লাইবিকশিং —

১। ঈহুল, ২০০৪
২। A brief Account of Dr B R Ambedkar January 2004
৩। সনাগী পী, ২০০৪
৪। ঈহুল, ২০০৫
৫। ঈহুল, ২০০৬
৬। যেক তবেং, ২০০৬
৭। থম্মোয অমগী পাউদম, ২০০৬